# জ্ঞান গঙ্গা

( মতম আধ্যাত্মিক রচনা চরেং )

---

বাখল্ মৈয়া চুখংপ, মঙ্গোয়গী মথৌ শঙ্কব, .
লমচং মোংপ শূদোকপ, মুংগী শাক্তম হৌদোকপ,
পুক্নিং থাংনা পুখংপ, য়াওন্ শীব লাইহিকদি।

---

অইব :—
...বাইরাং থেম নিংথৌখোংজাও সিংহ

মমল লুপা ২৷৵০

# জ্ঞান গঙ্গা

( স্বতন্ত্র আধ্যাত্মিক রচনা অরেং )

রাখল্ মৈরা চুখংপ, থম্মোয়গী মথৌ শঙব,
লমচং মোংপ শূদোকপ, মুংগী পাঙল হৌদোকপ,
পূন্সিবু রাংন্ পূখংপ, য়াওন্ পীব লাইরিকনি।



অইব :—
শ্রীযোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহ

মমল লুপা ২৫/০

অফোঙব :—

শ্রীশারুংবম কৃষ্ণদাস সিংহ

আই: ও: সি:, কৈশামপাৎ, ইম্ফাল।

নৌন শেমদোক্লব অমসুং চাউথোকহল্লব থূৎনম

(১৯৯২)



কোপী মশীং :— ১,২০০

সত্ত্ব পুস্তক অইবগীনি

---

নম্বর : মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ পার্কীং, ইম্ফাল।

# হীরম-লামায়

# জ্ঞান গঙ্গা

## ঈশ্বর লৈ

### মঙ্গলা চরণ

"সর্ববেদান্ত সিদ্ধান্তগোচরং তমগোচরম্
গোবিন্দং পরমানন্দং সদগুরুং প্রন:তাস্ম্যহম্"

"খণ্ডঙমদব মহাক ওইহুনসু মপুং কারব বেদান্তগী সিদ্ধান্ত বাকাশিংন খণ্ডনফম ওইব অচুগুম্লব পবমানন্দ স্বরুপ সদগুরুদেব শ্রীগোবিন্দবু ঐন প্রণাম তৌজরি।"

### ঈশ্বর করিনো ?

অচং-চত্ত হেক্ লৈরিব, লেংলি-পাল্লিব সংসার-জগৎ-ব্রহ্ম'গু অপুন্ন অসিবু শেম্ব, য়োকপ, থুগাইব (সৃষ্টি, স্থিতি, প্রলয়) থবক অহুম অসি মাগী খুত্ত লৈব, মনীংতম্ন শাম্নরিব মপু অহুবু ঈশ্বর কৌই ; ইংলিসত মসিবু জি-ও-ডি = গোড (God) হায়নৈ। মসিগী অর্থদি জেনেরেটর (Generator) জগৎ সংসার অসিবু পোক্লকপ, থোকহল্লকপ, ওইহল্লকপ, ওপরেটর (Operator) জগৎপু পুরিব, থৌরিব, লোইরিব অমম্তুং দেষ্ট্রোইয়র (Destro-yer) থুগাইব, মাঙহনব, লোইশিনব থবক অহুম অসিবু তৌরিব মপু হায়বনি। থবক অহুম অসিবু তৌব ঙম্বগী হকু লৈত্তবশিং অহুদি থোইদোকপ শক্তি থম্ন লৈবদগী লাইগী শীংদ চঞবম্ব ঈশ্বর ওইব অমম্তুং কৌব য়াদে। ঈশ্বরদি লাই পুম্নমকীম্ব লাইনি।

## উদ্রগ লৈতে হায়গনু

"আকাশত থরানশিংন লংব অদু মুমিদাংগী মতমদ মতম উই, তৌইগুম্বন্সুং মুমিং থোরকপ মুংথিলগী মতমদদি নডন উদ্রে। অদুগীদমক্ত মুংথিলগী মতমদ আকাশত থরাম্মিচাক লৈতে হায়ব য়াব্রা? অদুগুম্ব হে মীওইব! নডগী অজ্ঞান কূপ্প, অপডবন মুংথিলগী মতমদ শক্তিরেল ওইরব ঈশ্বরবু নডন উব ডমদ্রগ ঈশ্বর লৈতে হায়ন থক হায়গনু"। (শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংস)

ঈশ্বর লৈতে হায়ন থাজব জডবাদী চার্বকুন‌চিংব নাস্তিকশিংন ঈশ্বরবাদপু ককথজ্জুন মখোয়গী অনিশ্বরবাদকী সিদ্ধান্তশিংবু সিদ্ধ ওইননব ডমজব মথৈ হোৎনজুনস্সু মতমগী মন্নুংদ হাযবদি যুগ পুম্নমক্ত পরাজয় নত্তন জয় ওইব ডমগনি হায়বগী আশাদি থকু তৌদব কৈ।

কনাগুম্বন "ঈরৈ পান্দে" হাযব্রবদি "ঈরৈ পান্দে" হাযন ডাডহন খোম্মোক খোকহল্লক্রব অদুমক্ত মরৈ পাল্লি হাযবসি পুম্নমক্ত খঙব ঙম্মী। "ঈশ্বর লৈতে" হায়বশিংন লৈতে হায়ব্রিব মাবুদি "ঐ লৈতে" হায়ব ডমদে। লৈতে হায়ব্রিব মহাক লৈরবনি, মহাকী উপাদান্ অমস্সুং নিমিত্ত কারণ নিময় কর্ত্তা ঈশ্বর শোয়দন লৈ হায়বসি মশান তাজবব অরেপ্পনি। মচা হায়ব অর্থ অসিদ মাবু পোকপ মপাস্সু লৈ হায়ব য়াওদ্রে। মরমদি মপা লৈতব মচা লৈতে! মচা লৈরবদি মাবু পোকপ

মপাম্ভু শোয়দন লৈরমগনি। অসিগুম প্রাণী পুম্নমক্কু অনুভব তৌনরিব 'ঐ লৈ' হায়ব অসিদ ঐখোয়বু শেম্বীরকপ ঐখোয়গী খোয়ককম, পুম্নমক্কী মপু লৈ হায়ব প্রমাণ মশান তৌঙ্গনে। The existence of the doubter himself cannot be doubt চিংনরিব মশামক লৈ হায়বসিদি খক চিংনব য়ারোই, ঈশ্বর লৈবদ থাজদ্রিব, চিংনরিব মহাক লৈরবদি মহাক্কী অরৈবগী খোকফম অদুবুনি ঈশ্বর।

## গোড ইজ নাও হিয়ার

চম্ন তাবদ মুংঙাইব য়াবী মচা অম লৈ' নাস্তিক্ অমগ অস্তিক্ অমগ মরূপ শান্নরম্মী। ঈশ্বর থাজদব নাস্তিক্ অসিন মাগী কাদ অচৌব ময়েক্কু "God is nowhere," (গোড ইজ নোহোয়ার) "কদায়দসু ঈশ্বর লৈতে" হায়না ইডুন থেংলম্মী। ঈশ্বর থাজব মাগী মরূপ অস্তিক্ অদুন মদু উবদ মাগী ময়েকশিং অদু মথং মনাও করি অমত্তা ইকায় কায়হনব তৌদন W ডব্লিউ অমসুং H এইচ কী মরক্তা দ্যাস অমতং পীরগ ঈশ্বর থাজদে হায়রিব মরূপ অদুদ উংতুনা হায়রকই। নত্তন হায়রিব ইরিব অসি চুম্মী মদুদি "God is now-here" "গোড ইজ নাও হিয়ার" হৌজিক ঈশ্বর মফম অসিদ লৈরে।

অসিগুমদুন ঈশ্বর লৈতে হায়রিব মী পুম্নমক্কু জগৎ অসিদ তারি-উরিব কদায়দগুম খব লৈ হায়ব অসিদি য়াদব ঙমলোই, কদায়দগুম খরবু লৈরবদি মদুগী খোয়ককম অম শোয়দন লৈ হায়রবসি, মশান প্রমাণ পীজরবনি। মরমদি :— Something

cannot come out of nothing, Something can come out of something only, করিস্নু ত্তৈক্ল লৈতবদগী করিগুম্ব অরৈব থব থক থোরকপ, ওইরকপ য়াদে। লৈরম্ব করিগুম্ব থবদগী অরৈব থব থোরকপ ওইরকপদি য়াই। অরৈবগী থোরককম অহুবুনি ঈশ্বরবাদীশিংনা ঈশ্বর হায়রিব।

## অনুমান্ন পীব

প্রত্যক্ষ ওইনা মৈ উব ভমত্রবসু লাপ্প মৈখু লিংরি কাব উবন্ন মরম ওইহুন মহুদ মৈ লৈ হায়বসি থগুনব ভমই। মীওইবগী মিং হায়বসিমকতবু করিগুম্ব পোংকী তত্থাইদগী হেন্ন উব ভমদে। উরিব তত্থাই অহুম প্রমাণ পীহুন উদব তত্থাই অহুম লৈ হায়ব থগুনৈ। অহুগুম্ন প্রত্যক্ষ ওইনা উরিব জগৎ অসিন মসিগী রাংমদ মসিবু শেম্ব অয়োনব মপু অম লৈ হায়ব ককপ ওইথোক্রুব অনুমাণ পীহুম চিংনদম থগুহল্লি। ঐন লিংলিব ফুরিং অসি তুরকপ, ইল্লিব ফি অসি শারকপ, পারিব লাইরিক অসি ইরকপ থৌবু অমমম শুকশোই শোয়দন লৈরমক্ষম থোকই। মথমত চোংথোরকপ থক য়ারোই। মহু ঐথোয়ন থগুউব উক্লব ভম্ব অমম্বুং ভমদব য়াই। লৈবদি, শুকশোই শোয়দন লৈরে। অসিগুমহুন থগুব ভম্নবম্নু ভমত্রবসু অগুকপ জগৎ অসিবু শেম্বীরকপ অগুকপ মপু অম শুকশোই শোয়দন লৈ হায়ব অসিদি সত্য অমম্বুং নিত্য ওইরব লেগুত্রব প্রমাণনি। সর্বতন্ত্র সিদ্ধান্তনি। সামান্যতোদৃষ্ট কৌব প্রমাণনি।

ফত্তবগী রাংমদ অকব, অশিবগী রাংমদ শিদব (অময়) অমত্বগী রাংমদ অঙানব মঙাল শোয়দন লৈ।

কনাগুম্ব অয়াপ্প খুঙ্গংদ লৈব অমন নিংথৌবু অমুক্তস্থ উয়মদব য়াই। তৌইগুম্বন্সুং বেবস্থাতস্ত্রন ময়ম ওইদুন নিতি-নিয়ম, রিতি, রিরাজ আইনশিং অদু উয়গ লৈবাক অসিবু সাসন্ তৌরিব কনাগুম্ব মহারাজ অম লৈ হায়ব অসিদি শোয়দন খঙব ঙমগনি। অসিগুম্ব কনাগুম্বন ঈশ্বরবু প্রত্যক্ষ ওইন খুৎকংবন উব ফংত্ত্রবস্থ জগৎ অসিদ কায়ব য়াত্রব রিয়ম অমদি ক্রেম (মগং মনাও নাইব) রিতি রিরাজশিং উরি। শুমিৎ নোংপোক্ত নোংমগী তত্তন থোকপ উরি। মৈ, ঈশিং, নুংশিংনচিংব মাগী মাগী মগুণ থাদোক্তি, চঙি অমদ লৈফম থোকপ ঋতু লৈরি। অময়-অঙান্ লৈরি। অস্তুম মথল কয়াগী রিয়ম পুম্নমক অসিন ময়ম ওইদুন জগৎকী নিয়ম কর্ত্তা ঈশ্বর লৈ হায়বসি শোয়দন খঙব ঙমহল্লি।

## উহস্ত্রগ লৈতে হায়ন শাউগনু

মকুদি নুংথিলগী মঙালদ মমিং উদে। অদুগুম্ব মকু হায়ব উচেক অদুন মঙালবু লৈ হায়ব য়াজসনু নত্রগ য়াদসম্ব মঙালদি শোয়দম লৈ। কনাগুম্ব জ্ঞানবু উব ঙমদব মীন পরমাত্মাবু লৈ হায়ব য়াজসনু নত্রগ য়াজদসনু, পরমেশ্বর মাদি ভুৎ, ভবিষৎ, বর্ত্তমান মতম চুপ্পব অমস্তুং মফম পুম্নমক্ত নিরন্তর ভাসমান্ ওইন লেঙদন লৈ হায়বসি অবেপ্পনি।

মমিং তাঙব মীদ কনানম্নু মচু তাকুন খঙহনব ওইখোক্কে। মনা পঙব মীদ খোঞ্জেলগী ফজব উত্তুন তাকপ ওইখোক্কে। কনাগুম্বন মচুগী ফজব অদু উত্তুন মমিং পান্দব মঙোন্দ উহনব ঙমদবগীদমক্ত, মনা পান্দব মঙোন্দ খোঞ্জেল তাহনব ঙমদবগীদমক্ত, লমছুইন ত্রাক্ষা শীল্লি হায়বগুম মমিং তাঙবশিংন মচু লৈতে হায়ন লাউজসন্নু, মনা পঙবশিংন খোঞ্জেল হায়বসি লৈত্তে হায়ন কম চোংজসন্নু মমিং তাঙদব, মনা পঙদব পূম্নমক্কুদি খঙনরি। ঙমখৈ নাইদব অসিনি হায়কম খঙদব রাহৈম কোঙদোকপ ঙমদব মকম পূম্নমক্ত শীনথুংন লৈব মাবু ঙমখৈ নাইব মীওইবগী বুদ্ধিন শেম্ব সাইন্সগী পীশক পীশক পীকপ লিক্লি অমম্তুং উতোং-নচিংব খম্বন লেবোরেটরি ( Laboratory ) প্রুভ তৌহুন উংলগ খঙহনব ঙমদবগীদমক্ত ঈশ্বর লৈতে হায়ন লোব অসিদগী হেন্ন মম্ব অম থেংনকম্ থোক্লে। ঙমখৈ নাইত্রব সমুত্রগুম্নব ভগবানগী জ্ঞানবু নঙগী খুজ্ঞাইগুম্নব বুদ্ধিদ হাপ্প চন্দ্রগ ঈশ্বর লৈতে হায়ন শাউগন্নু।

## অদুদি অন্ধবিশ্বাস নত্র

রেখাগনিত হায়বদি জ্যামিত্রিদ, প্রমাণদ ওইখোক্লেব সিদ্ধান্ত কয়া থাজবতন চংনরি। জ্যামিত্রিদ "লৈই অচুম্বগী অশাংবদি লৈ, অপাকপদি লৈতে" হায়ন ইরি। বিন্দুগী লৈকমদি লৈ তৌই-গুম্বম্তুং মাগী পাকপ শাংবদি লৈত্তে অম্তম্ন চংনরি। মরাক্ মযুং লৈতব পোং কবিগুম্বদ লৈকম থোকপ্র? অদুগ মরাক্ মযুং লৈতব পোংকী লৈকমবু লৈব হৌনত্র? প্রমাম মপুং কান

উংপ য়াত্রব অসিমকু পাক-চাউব্রব অঙ্ক পুম্নমক্কী য়ুক্ষম ওইরি। ময়ম অসিন ছাত্র পুম্নমকু তুমিন্ন য়াহুন থবক চখরি। মসিদি অন্ধবিশ্বাস নত্র।

সংসারদ হেক লৈরিব মী পুম্নমক্কী মনুংদ কনা অমত্তনম্ভু মপান মাবু পোকপদ উহৌব য়াওদে। মানম্ভু উহৌত্রব অহুদ কবম্ন মান মপান্নি হায়ন য়াগ্রিবনো। মাগী মপা কনানো স্পৃগী মমাতন খণ্ডব নত্র? উহৌদব মঙোঙ্গ মমান তাকপদ থাজহুন কনাগুম্ব নুপা অমবু মপান্নি হায়ন য়াব নত্র? তশেংবদি মান খণ্ডব ওম্বগী মতিক্কি লৈতে। মসিদি অন্ধবিশ্বাস নত্তব্র।

লৈচিন্ন খঞ্জিন্ব মতমদ নুমিৎ উব ফংত্রবম্ভু লৈবদি লৈ। উব ফংত্রবম্ভু ইলেকত্রিক্কী তারাদ মৈ চৎলি হায়বদি থাজদব য়ারোই, সঙ্গোমগী মনুংদ মাখন্ লৈ। চুদ চিনি য়াওরি, উদ মৈ লৈরি, গ্রামোফোন্ রেকোর্ডত ঈশৈ য়াওরি, ঈশিং মনুংদ লৈন্নিব নুংদম্ভু মৈ লৈ। মীওইবদ পুক্নীং য়াওরি। অহুম্ ওইবমক উবদি ঙমদে। ঙমত্রবম্ভু লৈবদি শোয়দে বিশ্বগী পদার্থ পুম্নমক্কী মনুং অমস্থং মপান্দ, উব ঙমত্রবম্ভু ঈশ্বরন শীন্ থুংন লৈরি।

ফিজেংন শাব লাইকদীবী, লৈবাকু শাব মুর্ত্তিগুম্নব, শাদোংগী মপৈ, শক্নগী পোলাং, ঈগী লিক্লিগুম্নব মীওইবগী ভৌতিক শরীরশিং অসিবু মখল কয়াগী জগোই কনান শাহনবনো জগৎ পুম্নমকু কাইদোংকন ওইন্নিব পৃথ্বী অসি কনান ঙসি ফাওব পুবিন্নক্লিবনো? নুংগী মনুংদ লৈব হঙোই ভাংশাংশিংবু কনান মচিঞ্জাক

হুনুবনো ? গর্ভগী মনুংদ থা ১০ চুপ্প অভাংবু কনান শেম্ শাম্বক-পনো ? ঐখোয়ন জ্ঞান্ ত্যাদন তুম্লিঙৈ মতমদ মিহুন্ হুম্বীরম্লিব, খোয় হোম্বীরম্লিব অমদি শিংলিশিংদ ঈচেল চেলহল্লম্লিব কনানো ? খণ্ডমদব শক্তি পুম্নমক্তা তুংনকম ওইব সৃষ্টি, স্থিতি, প্রলয়গী লিলাবু শাম্নরিব লিলা মপু, হকচাং অসিগী সূত্রধার জগৎ কর্ত্তা অম লৈ হায়বসি সর্বসিদ্ধান্তন রেৎনব লৈতন লেপ্লব শাস্ত্র পুম্নমক্ উৎলিব, বেদান্তী পুম্নমক্ খণ্ডলব, ঋষি পুম্নমক্ উরব, ভক্ত পুম্নমক্তা থম্মোয়দ যেক্লুম লৈরিব ককপ ওইখোক্তব ব্রাফমনি ।

কাংও কোব চেক্লাগী মচুবু পশোংকুম্ন ভোইহনবীরম্লিব, তেনবাবুন শংলেন-শংহনবীরম্ব, কোকিলবু থুম্নব খোজেন্দ মুংশিন খোংহল্লিব, বাহোংগী মতুশিংবু পুক্নীং হুন যেক্লম্লিব, কুবাকশিংদ কজবুব ময়েক্তা শারী শেংপীরম্লিব, খুংশেম হৈব আর্টিষ্ট (কলাকার) জগৎকী প্রোপ্রাইটর ঈশ্বর মাতন পুম্নমক ওইহনবনি ।

## ব্রহ্ম, ঈশ্বর, ভগবান

বদন্তি তৎ তত্ত্ববিদস্তত্ত্বং যদ্ জ্ঞানমদ্বয়ম্ ।
ব্রহ্মেতি পরমাত্মেতি ভগবান্ ইতি শব্দ্যতে ॥

তত্ত্ববু খঙলব তত্ত্বজ্ঞানিশিংন অদ্বয় অনিশুব লৈতব জ্ঞানস্বরূপ অদুবু ব্রহ্ম, পরমাত্মা (ঈশ্বর) ভগবান অসুম্ন হায়রিহুন তাকই ।

বেদান্তদ— ঈশ্বরগী মায়াশক্তি অমদি গুণ অমত্ত নপত্রিদৈ, মশাগী হৌনপা অশেংব প্রকৃত স্বরূপ লৌকনা (as it is) ওইরগী

মওংবু নির্গুণ ব্রহ্ম, পরব্রহ্ম কৌই। নির্গুণ ব্রহ্মদি উপাধি লৈতবা নিরুপাধি (Unconditional) নির্বিশেষ (Unspecific) অমসুং নির্গুণ (Unqualified) নি। অদুগ অনাদি মায়ান মরম ওইদুনা শক্তিন তিন্দুনা জগৎ শেম্বনচিংবা গুণশিং লোয়নরবা ব্রহ্মবু তটস্থলক্ষণ (সগুণ ব্রহ্ম,) অপরব্রহ্ম, পরমাত্মা নত্রগ ঈশ্বর কৌই।

সগুণ ব্রহ্ম ঈশ্বর) অসি সগুণ সাকার (গুণগ লোয়নন মশকসু লৈবা) অমসুং সগুণ নিরাকার (ঈশ্বর) (গুণ লোয়নরবসু মশক্তি নাইদবা) অনিথোক্ত তাকই। মশকসু অমসুং মগুণসু লৈবা সগুণ সাকার ব্রহ্মবু ভগবান্ হায়না কৌই।

নির্গুণ ব্রহ্মন আকাশকুসুম প্রমাণ তৌই, সগুণ নিরাকার ঈশ্বরবু মুংশিংক অদুগ সগুণ সাকার ওইরবা ভগবানবু মৈগ চাংদমবা য়াই।

আকাশতগী মুংশিং, মুংশিন্ডগী মৈ ওইরকখি। আকাশকী মশক, মওং, মচু অমসুং মগুণ লৈতে। অদুবু আকাশ লৈতে হায়বা য়ারোই। আকাশ খুৎনা পায়দুনা, মচু য়েংহন্দুনা মনম নত্রগ মহাও ভংহন্দুনা তাকপ য়াত্রবসু মী পুমমক আকাশ লৈ হায়বা খঙনৈ। মতৌ অসিগুম মশক মগুণলৈতবা ওইদুনসু ব্রহ্ম মনম পুম্নমক্ত শীন্দুনা লৈ।

মুংশিন্তদি মশক মওং য়াওত্রবসু মগুন্দি য়াওররে। কনানসু উবদি ভমদে অদুবু মান তৌবা থবকশিংদি খঙনৈ অমসুং উনৈ। মতৌ অসিগুম পরমাত্মা ঈশ্বরগী মশক, মওং লৈত্রবসু জগৎ শেম্বনচিংবা মাগী থবক্তি খঙবা ঙম্মী। অদুগ মৈদি মশকসু উবা ঙমরে অদুগ মাগী তৌবা ভম্ব মগুণ শক্তিমচিংবসু খঙবা উবা ঙম্ব

কোঙদোকপ শক্তম ওইরে। মতৌ অসুম সগুণ নিরাকার ঈশ্বরন পৌথোরক্নন ভক্তশিংগী নুঙাইহন্নবগীদমক মৈগী মতৌগুম সগুণ সাকার ওইব কিভন্সু ভগবান্ হায়ন কৌই। "সাধকানাং হিতার্থায় ব্রহ্মনো রূপ কল্পতাম্" সাধকশিংগী কামহন্নবগীদমক ব্রহ্মন মশক নাইরকই।" ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, রাম, কৃষ্ণনচিংব অবতারনচিংবশিং ভগবাননি।

## ভগবান করিনো।

বিষ্ণু পূরান্দ হায়রি —

ব্রহ্ম হায়বসি বাহৈ অমসুং পূক্নীংন য়োঙম-খঙভমদব জ্ঞানীশিংভগী বিষয় ওইরগনসু উপাসনাগীদমক "ভগবত" শব্দ (বাহৈ) দ হাপ্লুন পুথরকই। হে মৈত্রেয়! মরম পুম্নমক্কী মহাবিভূতি (মপান্ নাইদব শক্তম) ওইব পরব্রহ্মগীদমক "ভগবত" বাহৈন শীজিন্নৈ। (৬।৫।৭২) "ভগবত" বাহৈসিদ 'ভ' কারগী অর্থ অনি লৈ। য়োকখৎ-চাওখৎহনব অমসুং পুম্নমক্কী ভুংনকম ওইবীব; অহুগ "গ" কারগী অর্থন কর্মগী মহৈ ফংহনব, লুপশিন-ভুমশিন্হনব (লয়) অমসুং লৈশেম্লিব। (৭৩)

ঐশ্বর্যস্য সমগ্রস্য ধর্মস্য যশসঃ শ্রিয়ঃ।

জ্ঞানবৈরাগ্যয়োশ্চৈব ষন্নাং ভগ ইতীরণা। ৬।৫।৭৪

ঐশ্বর্য (ভৌঙম শক্তি অপূম্ব), ধর্ম, যশ (মিংচৎ) শ্রী (ফজব মল্), জ্ঞান্ অমসুং বৈরাগ্য তরুক অসিগী মমিং 'ভগ' কৌই। মসি মঙোন্দ লৈব মহাক অহু ভগবান্ কৌই। অহুগুম

পুন্নমক্তী আত্মা ওইব অহুদ জীব পুন্নমক্তী তুংনক্ষম লৈফম ওই-অমস্নুং মা-মশামকস্থু প্রাণী পুন্নমক্তী নুংদ চঙহুন ডাল্লি। মরম অহুদগী ময়েং ভাব লৈভব অব্যয় ওইব পরমাত্মা অহুমকপু খঙনব "র" কাবগী অর্থনি। (৭৫) হে মৈত্রেয়! মতৌ অস্নুম অসিগুন্নব মতিক চাউবব "ভগবান্" শব্দ অসি পরব্রহ্ম স্বরূপ শ্রীবাস্নুদেবগীদমক্ত খঙনব রাহে ওই। অতোপ্পনী নত্তে। (৭৬) পায়কম পূজা তৌনকম ঈরাংনকম ওইরব পোংশিংবু খঙনব লক্ষম তিল্লব অসিগুম্ব "ভগবান" রাহে অসি পরমাত্মাদ শীজিন্নবন মুখ্য মরু ওইব অর্থনি। অহুপ অতৈদ শীজিন্নবদি গৌণ (হস্থব) অর্থদনি। (৭৭) মরমদি—

উৎপত্তিং প্রলয়ঞ্চৈব ভূতানামগতিংগতিম্।
বেত্তি বিদ্যামবিদ্যাঞ্চ স বাচ্যো ভগবানিতি। ৬।৫।৭৮

মহাক অহুন হেক লৈরিব প্রাণী পুন্নমক্তী পোকপ অমস্নুং শিব, লাকপ অমস্নুং চংখিব অমদি বিদ্যা অবিদ্যাবু খঙলিব অহুভবু ভগবান্ হায়বগ খঙনগদব ওই।

থাদোক্কদব ওইব গুণ (অহুম) অমদি মাগী ক্লেশ (অরাব) নচিংববু থাদোক্লগ জ্ঞান্, শক্তি, বল, ঐশ্বর্য, বীর্য অমস্নুং তেজ অসিনচিংব অশেংব সদগুণশিংতগু ভগবত শব্দগী খঙগদব অর্থনি। (৭৯)

## অস্নুম মাবু কৌনখি

ঈশ্বর অসি অচংপ-চঙব লৈম্বিব পুন্নমক্তী অয়েংব, অখঙব ওইবদগী অমদি অজ্ঞান্ পুন্নমকপু ডাম্হোকপীব ওইবগীদমক "সর্বজ্ঞ" কৌই। জীব পুন্নমকপু মখোয়গী কর্মগী মতুং ইন্না কল্

পীবিবগী দমক্ত "সর্বেশ্বর" কৌই। জীব পুম্নমকপু মা-মাগী কর্মদ্র ইনশীন্দুন চঙহনবগীদমক্ত ''সর্বনিয়ন্তা'' কৌই। প্রমাণশিংন ময়ম ওইহ্নন খঙব খক্ উমদব ওইবদগী "অব্যক্ত" কৌই। অহুগ খরায় পানব পূম্বগী থম্মোয়দ লৈরগ মথোয়বু লাকশিন্দুন লৈবগীদমক্ত " অন্তর্যামী " ওই অমদি হেক লৈরিব অচং-চন্ন তাইবঙপুম্বগী বিবর্তগী মওংদ (থৌরিগী মওং শুকহোং হোংদন লিল্ ওইন উহনবগুম ) অধিষ্ঠান্ য়ুম্ফম ওইবগী ময়ম্ন জগংকী কারণ ওই।

ভক্ত উরিব তাইবঙ লিলা অসিগী য়াংমদ, ভৌতিক পরিবর্তন অসিগী য়াংমদ মশক মওং, মচু অমসুং মমি শিং অসিগী মরুমদ খঙলি-উরি-তারিব পুম্নমক অসিগী য়াংমদ মীচঙ শংগল মাইদব অথূপ্প সাক্ষি ওইহ্নন জগৎ কৌব গাড়ী অসিগী ড্রাইভর, অরেপ্প জগৎ গুরু সর্বান্তর্যামী অম লৈরি।

অহুগুম লেঙরব অচুম্ব সর্বসাক্ষি স্বরূপ ওইব মাবু উপনিষদন 'ব্রহ্ম' কৌই। স্মৃতিন 'পরমাত্মা' কৌই। ভগবতন ভগবান্ কৌই। গীতান 'পুরুষোত্তম' কৌই। বেদান্তন 'আত্মা' কৌই। স্পিনোজান 'সারতত্ত্ব' (Substance) কৌই। দার্শনিক কান্টন মাবু 'পদার্থ' (thing in itself) কৌরম্মী। অভোপ্প নোংচুপকী দার্শনিকশিংন ( over soul ) পরমাত্ম কৌনখি। শান্তি, মঙ্গল, সুংঙাইব, প্রেম, শক্তি, জ্ঞান্ মাগী মমিং ভ-কনি। 'একম্ সত বিপ্র বহুধা বদন্তি' অচুম্বদি অমত্তনি অখঙব, ঋষি-শিংন মথল কয়াগী কোলোয়ম লৈতেংহ্নন মিঙ্গৌনৈ।

## তাক্লগ খঙলোই

মমিং তাঙব মীদ মচুগী করব তাকপ ওইখোক্কবগুম, খঙত্রিবশিংঙ্গ ঈশ্বর কয়িনো হায়রগ, ঈশ্বরগী অনুভব তৌবব মীশিংন ব্যাখ্যা তৌহুন তাক্লগ হেক্ত খঙগদব নত্তে, ঈশ্বর অনুভব হায়ব অসিদি Direct knowledge অপরোক্ষানুভূতিনি, ইমেডিয়েটমি, সূপ্রগী রিজন্গী বাংমদ লৈব ইন্টুইসনেল নোলেজ লৈরবতদ তাক্রবস্থু মথস্ত খঙজরক্কদবনি। অথুম্ব অমুক্তস্থু চাত্রিব মীদ চিনিগা মহাওবু রান্নী ওইন তাক্কুন খঙহনব য়াদে। কন তাক্লবস্থু খঙব ঙম্লোই। তাক্ল তাক্লগ হেন্ন চমম্নগনি। চিনিগী মহাও খঙমীংলবদি খঙগদৌরিব মশামক অহুন চিনি চাদুন য়েংব তাই। অহুগুম্ন ঈশ্বরগী মশক খঙমীংলিব মীশিংন জপ, ধ্যান, ধারনা, প্রাণায়ামনচিংব মশামক্ল তৌব তাই। সাধনা অমুক্তস্থ তৌহুন য়েংত্রিব মীশিংন হংনরগ ঈশ্বরদি অচুম্বনি অসিনি, অহুনি হায়ন তাক্লরগ কয়িস্থু খঙব ঙম্নরোই। অয়াম-খৌরাংলব মীগী মমাঙদ অতোপ্পন চাব-থকপগী য়ান্নী শায়গ মবুক থক্ খঙগদব নত্তে, মশামক চাব তাই। অহুগুম্ন মশামক্ল সাধনা তৌব নত্তন রান্নীন থক্ খঙলোই।

## ঈশ্বর মফম পুম্নমক্ত লৈ

মীংন খ্বাইদগী মনাক নকপ মীংকী পা অমস্থুং মীং মশামকপু উজব ঙমদবগুম নকমন্দুন উব ঙমত্রবস্থু ঈশ্বরদি মফম পুম্নমক্ত লৈব মরম্ন খোঙখুং, মীং, নাকোং অমস্থুং হোন্দোক হোঙ্গিন তৌরিব খোঙ্গ অসিদগীস্থু হেন্ন মকশিন্ন লৈ। ইশাবাস্তোপনিষত্কী

অহানব শ্রুতিমক্ত উৎলি, 'ঈশাবাস্যমিদং সর্বম য়তকিঞ্চিৎ জগত্যাং জগত।' ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক্ত অচৎ-চক্ত জড়, চেতন, স্বরূপ ওইন হেক লৈরিব পূম্নমক অসি ঈশ্বরন শীন-থুংন শম্দোক্লুন লৈ। 'বাস্থদেব সর্বমিতি' ঈশ্বর মফম পুম্নমক্ত লৈ, 'সর্ব খল্বিদম ব্রহ্ম' মফম পুম্নমক্ত ব্রহ্ম লৈ। অসিমচিংব বেদভগ-বানগী অশেংব আদেসশিংন তাক্লি ঈশ্বরদি অনাদি অনন্ত হৌরককম লৈতব লোইনাইদবনি। অহিংব অরৈব অমম্বুং শিদব হায়বঞ্জ মথন্তনি পুম্নমক মাগী মখা পোল্লি। মাদি কনাগীস্থ মখা পোন্দে। পুম্নমক মান শেম্বনি মাবুদি কনানস্থ শেমদে। মশক, মও', মচু পুম্নমক মঙেন্দগী পোকপ ওইচ্নস্থ মাগী মশক, মওং মচু লৈতে। ঈশ্বর প্রেমনি, ঈশ্বর সত্যনি, ঈশ্বর জ্ঞানী, ভাবাভাব অরৈব লৈতব পুম্নমক ঈশ্বরনি। ঈশ্বর আনন্দনি, মঙালগী মপৈনি, ঋজবগী তুংনফম থোজ্রালগী সমুদ্রনি। জ্ঞানগী সাগর শান্তিগী ঈপাক্লি, অচুম্বগী মপংনি, প্রেমগী মুর্ত্তিনি। ঈশ্বরদি মথন্ত লৈব, মচেৎ লৈতব মপুং ফাব মনীং তন্ব ময়ামগী মপুনি, ঈশ্বর সত্যম্ শিবম্ স্থন্দরম্লি, সচ্চিদানন্দনি অস্তি, ভাতি প্রিয়নি। ঈশ্বরদি সর্বান্তর্যামী পুম্নমকী থম্মোয়দ শাক্তি ওইচ্নন লৈব সর্বজ্ঞ পুম্নমক খঙব সর্বশক্তিমান্ শক্তিরেন ওইবনি। মাগী আশা য়াওদন এটোম্ এলেক্ট্রোন্নচিংব অমম্ভনস্থ লেঙব ঙম্বগী শক্তি লৈতে। মৈন চাকপ নুংশিংন ইনব অমস্থং ঈশিংন মহী ওইনা চেম্বব ঙম্বগী শক্তি লৈতে। নুমিৎ থান মাগী নিয়মদগী শম্না মকৈ অম

হাইদোকপ ঙমদে। শক্তি পুম্নমক্কী থোরককম অদু মথন্তনি। মাগী য়াথং মতুন পূক্লীংন করিগুম্ব অমত খন্থব ঙমদে, বুদ্ধিন করিগুম্ব অমত খঙজব অমসুং ইন্দ্রিশিংন মাগী বিষয়গী মহাও লৌজব ঙমদে। তিংথৌদগী ব্রহ্মা ফাওব মাগী নিয়মগী মনুংদগী খুবৈ অম হেন্দোকপ ঙম্বগী শক্তি য়াওদে। মাদি ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্কী মিংথৌবেলনি।

## শক্লাইব নাইদব

শক্লাইব ঈশ্বরগী শক্তমবু সাকার কৌই। শক্লাইদববু নিরাকার কৌই। মশক মওং লৈতব মালংব মুংশিংন নোমহন্ হু ইহন্বগী অয়ীনব শক্তন্ লৌবগুম, শক্লাইদব মনিম্ন শক্লাইব ঈশিং অমসুং উন্ ওইবগুম মশক মওং লৈতব শক্লাইদব ব্রহ্মসু শক্তমগ লোয়নন চোংথোকপ ঙম্মী। মশক নাইদব ঈশিংন (Hydrogen) উদজন, অমসুং (Oxygen) প্রাণবায়ুগী মওংদ শক্লাইদব নিরাকার ওইখিব অদুগুম ব্রহ্মসু শক্লাইবদগী শক্লাইদব ওইখিব ঙম্মী। অমুকসু উন্ অমসুং বরফকী মওংদ সাকার ওইবসু ঙমই। ফুরিৎ তুব দর্জীশিংন মীগী ফুরিৎ তুবিবত নতুন দরকার লৈরক্লবদি মশাগীসু নাপ তমদুন তুজব ঙম্মী। অদুগুম্ন জীব পুম্নমক্কী শরীর হকচাংবু শেম্নীরিব ঈশ্বরন মশামক্কীসু শরীর অম শেমজদুন মীয়ক অসিদ পোকপসু ঙম্মী। অদুগুম্ব ঈশ্বরন অমুক অমুক মশাবু শেমজদুন পোকপ অদুবু ঐথোয়ন অবতার কৌই। অবতারশিং অসিগী শরীর

হকচাংসি মৈ, ঈশিং, সুংশিংনচিংব পঞ্চভূট ৫ ম পুম্নুন লাঘ নত্তে। সুপ্পগী জ্ঞান অমস্তুং মঙ্গান্তগী ওইব হকচাংনি। মশক মওং মাইয়বস্তু মৈয়্বী হায়ব পোং অসি খুংলাইন ককপ লোকপ য়াদে। অদুগুম্ব মপুং ফাব্বব অবতারশিং অসিগী দেহেশিং অসিম্ব খুংলাইন করূপ তুপ্প থক য়াদে। শ্রীকৃষ্ণ য়ায়চিংব অবতায়নি। মখোয়গী হকচাংদি মালেম অসিদ থনমদে। শ্রীভগবান কৃষ্ণ পোকপ অমস্তুং শিব লৈতে। মাগী মপা-মমা লৈতে, উদগী মৈ থোকই অদুবু মৈ অসি উন পোকপ উগী মচানি হায়ব য়াদে অমস্তুং মৈ অদু অদুগুম্ব লায়না অমম মারমদুন শিপ্রে হায়নদে, অদুগুম্ব উন মৈগী কায়ণ ভাইহাক্তুং ওইবগুম দেবকী অমস্তুং বসুদেবদ ভগবানগী কায়ণ ওইরুবতনি। ঈশ্বর অসি দেবকী অমস্তুং বসুদেবন পোকপ নত্তে অমস্তুং ম গী অশিব লৈতে। 'ঈশ্বর পরমকৃষ্ণ' কৃষ্ণন অথোইব ঈশ্ববনি, 'কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ং' "পরমেশ্বর পরমাত্মা ভগবান্ অদুমক শ্রীকৃষ্ণ মশামক্তী"।

ঈশ্বরবু মীওইব অমগুম্বগী মওং মতৌ ওইন লৌব মীশিং ( Anthropomorphic ) শিংগী ধারণা হায়বদি রাখলদ ঈশ্বরদ মীগী গুণ ধর্মনচিংব আরোপ তৌই হাপচল্লি মুসলমানশিংগী ইস্লাম ধর্ম হায়বসিস্তু অসিগুম্ব মথলগী মনুংদ অমদি।

ঈশ্বরগী নির্গুণ নিরাকার ওইব মওংবু ব্রহ্ম হায়ন কৌই। অদুবু হর্বর্ত স্পেন্সর্‌ন "অজ্ঞেয়" ( Unknowable ) কৌই। কনাগুম্বশিংন মপুং ফাব্বব শক্লাইদব ( Absolute noumenon ) কৌই স্পিনোজান "সারতত্ত্ব" ( substance ) কৌই।

মুমিংকী মঙালবু লৈচিন্ন খঞ্জিনব শরূক্ত উরুম কৌবগুম মায়াদ তাব ব্রহ্মগী মমি মত্রগ মায়ান খঞ্জিনব ব্রহ্মাগী শরূকপু 'সগুণ ব্রহ্ম' নত্রগ ঈশ্বর কৌই। য়ুথক্ কোটি কয়া চাউরিব মুমিংপু লৈচিল্ খরন খঞ্জিনব ওইথোক্তবনি। খল্লিবদি নুমিংত মত্তে মী পোংনচিংব অহুদনি। অসিগুম মায়ান ব্রহ্মবু খনব ঙম নত্তে। খল্লিবদি জীবদনি। সগুণ সাকার ওইব ব্রহ্মগী মমিং কয়ামরুম লৈ। ঈশ্বর, অল্লা, হরি, জুহোবা, স্বর্গপিতা, শিব অসিনচিংবা।

প্রকৃতি যোগ মায়াগী সত্ব, রজস অমসুং তম-নচিংব গুণশিংন মরম ওইদুনা ঈশ্বর মশামক্ত ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং রুদ্রগী মওং ধারণ তৌদুনা বিশ্ববু শেমগৎপ থুগায়বগী থবক তৌই, ব্রহ্মা বিরাতকী (অন্তরগত) মনুং চল্লি। বিষ্ণু হিরন্যগর্ভগী অহুগ রুদ্র (মহাদেবন) ঈশ্বরগী মনুং চল্লি।

ঈশ্বরগী প্রেমগী শরুম অহু "শ্রীকৃষ্ণনি" ঈশ্বরগী জ্ঞানগী স্বরূপ্ন "শিব" ভগবাননি অমসুং শক্তি স্বরুপীনীন "দেবীনি" ঈশ্বরগী সাকার স্বরুপন "বিরাত বিস্বব্রহ্মাণ্ড" অসিনি ঈশ্বরগী অন্তস্থ স্বরূপ্ন 'হিরণ্যগর্ভনি" ঈশ্বরগী লৈশেম শরুমদি 'ব্রহ্মানি" লৈঙাক শরুমন "শ্রীবিষ্ণুনি" "সংহারক স্বরূপ" মাঙহনবগী শরুম্ন ভগবান্ শিবনি। ভগবান্ শিবগী রুদ্র শক্তিন হনুমানি ঈশ্বরগী ত্রিমূর্ত্তি সংযুক্ত ওইব (ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বরগী অপুনব) শরুম অহু দত্তাত্রেয়নী, সতি অনুসুয় অমসুং অত্রি ঋষিগী মচা ওইন কোংদোকপ ঈশ্বরগী শরুমনি। কায়ব্রহ্ম (হিরণ্যগর্ভ)

হায়বদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিব হায়বদি মহাদেবতন অবতার তৌই। কারণ ব্রহ্ম ( ঈশ্বর ) দি ডাইরেক্ ওইন অবতার তৌদে।

অবতার পুম্নমক ব্রহ্মাদগী নত্রগ বিষ্ণুদগী নত্রগ মহাদেবদগী তৌই। ঈশ্বরদগী ডাইরেক হেক্ত তৌব নত্তে।

কনাগুম্বন ঈশ্বরবু প্রেমগী শক্তম ওইনা অরাধনা তৌব পাম্লবদি শ্রীকৃষ্ণ নীংগদবনি, জ্ঞান্ পাম্বশিংন মহাদেব অদুগ কনাগুম্বন ঈশ্বরবু মমা ওইন নীংনীংলবদি দেবী অরাধনা তৌগনি।

## ঈশ্বর উব শোয়দন ঙম্মী।

মনিন্ন শক্লাই-ঙংনাইদব অমসুং উঙমদব ওইন লৈবগুম পরাৎপর ওইব ভগবান্ন অব্যক্ত ওইব মওংদ, ফোঙদোক্তন মশক মওং লৈতব নিরাকার ওইন থুপতুন লৈ। মশক নাইরমদব মনিল্ অদুন মীওইবগী শীজিন্নবগীদমক্ত মশক মওং নাইব ঈশিং ওইদুন মান মান পামজবীব, পামজদুন পুরক্লিব পাত্রশিং অদুন শোক্কৎপদ হাপ্লু, হাপ্লুবিব পাত্রগী মওং লৌবীবগুম ভক্ত মখল কয়াগী পেলহন্নবগীদমক্ত শক্লাইদব থৌজালগী তুংনফম ওইব ভগবান্ন মাম-মান নীংজরিব অপাম্ব শক্তমশিং অদু লৌদুন থোরকই অমসুং ভক্তশিং অদুগী মতেং পাংদুন ৱারী শানৈ। মিরাবাই, তুলসিদাস, সুরদাস, জ্ঞানদেবনচিংব ভক্ত পুম্নমক থবক ওইন পাঙথোকখ্রবনি মসিদ চিংননীংডাই এটোম অমফাও লৈতে। ঈশ্বরগী সর্ব্বব্যাপী ওইব শক্তমদ করিগুম্ব মহুংশিনব প্রতিমা নত্রগ মূর্ত্তিগী মতেং

করিস্থ লোদন পূজা তৌহুন নীংব মওংবু 'অপ্রতিকালম্বী' কৌই করিগুম্ব প্রতিমা নত্রগ মূর্ত্তিগী মতেং লৌহুন মহুদ জগংকী মপু ভগবানগী ভাব ছাপচিল্লগ ঈশ্বরগী পূজা তৌহুন নীংব মওংবু প্রতিকালম্বী কৌই। প্রতিকালম্বী মখল অনি গুই, (১) দেহালম্বী (২) প্রতিমালম্বী। মাগী হকচাং মন্দির অসিগী মনুংদ ঈশ্বরবু ধ্যান্ তৌহুন নীংলিবশিং অহুবু দেহালম্বী কৌই অমস্থুং কবিগুম্ব মপানগী প্রতিমা নত্রগ মূর্ত্তি অমগী মনুংদ ঈশ্বরবু উবিব অমস্থুং নীংলিব মখোয় অহুবু প্রতিমালম্বী কৌই। মখোয়না কবিগুম্ব মওং অম য়াওদন ভগবানগী কল্পনা তৌব ঙমদে। হিন্দু শাস্ত্রগী মতুং ইন্ন অহানব মখলগী লাইনীং অপ্রতিকালম্বী নিয়ম অসিদ লাই পূম্নমক ঋষি ১০০ গা গন্ধর্ব ১০০ খক্তগী অধিকার লৈ। অনিগুব মখলগী লাইনিং দেহালম্বীগী নিয়ম অসিদ হায়বদি মশাগী মনুংদ আত্মসাধন তৌব অসি অয়াম্ব ঋষিশিংন হোংলৈ। অতৈ লেমহৌরিব হেক লৈরিব সর্বসাধারন ভক্ত পূম্নমক্তি অকোনবগী প্রতিমা লম্বীগী মনুংদ লোইন চল্লি। খঙজদহুন মূর্ত্তি পূজাবু নিন্দ তৌরিব অমস্থুং শাউরিব খৃষ্ট্যান অমস্থুং মোহম্মদনশিংন হেন্ন মূর্ত্তি পূজা তৌই। মূর্ত্তি য়াওদন ধ্যান্ তৌব ঙমবদি ঋষি খরতনি। মখোয় নত্তন সংসারদ হেক লৈরিব জীব পূম্নমক্ত শক্তম য়াওদন পুক্লীংন করিগুম্ব অমতম্থ খনব ঙমদে খুদমদি কনাগুম্বন চক্ষু নত্রগ কোমূলা খল্লবদি মাগী পুক্লীংদ চক্ষু নত্রগ কোমলাগী শক্তম শোয়দন লৈগনি। মরমদি পুক্লীংন বিষয় য়াওদন খনব ঙমদে হায়বদি অশংব পোৎ অমদ

খনব মত্তন পূক্লীংন অশংব হায়বসি খনব ঙমদে (Mind cannot think of greenness without thinking of a green object) মন্নম অসিন কন্নিগুম্ব স্বন্ন ময়েক অম য়াওদন খোস্থোক অমত্তস্থ খোকহনব য়াদবগুম মূর্তি য়াওদন পূক্লীংন ঈশ্বর মীংব খক য়াদে।

## ভক্তশিংন মূর্তিগী মন্নুংদ ঈশ্বর উই

ঈশ্বরদি মীংন লাৎনকম ওইব উপাসনাগী বিষয়নি, ব্রহ্মদি হন্নাওব পেনব অমস্থুং কিব য়াওদব ওইবনি। মন্নম অসিন মাগী উপাসনা খক তৌব য়াদে। মায়ান তিল্লব সগুণ ব্রহ্ম ঈশ্বরত্তবু উপাসনা তৌবৈ।

ইচম চম্ব চে মচেৎ অমগী কান্নব ভেল্যু কন্নিস্থ লৈতব য়াই। মী পূন্নমক্ত মতু চিংনদন লংথোকপ ঙমগনি তৌইগুম্বস্থুং লৈবাক অতুগী মপু নিংথৌ নত্রগ ইম্পরর অতুগী ফোটোনচিংব ষ্টাম্প নম্ব নত্রগ গভর্ণমেন্টকী রাশক সহি য়াওন্নব লুপাগী নোটশিংবুদি মীশিংন মতু নিংথিন শেংগাওদ বেগত, উপুদ চেকশিম্ন ছাপতুন থম্নে। চেদি চে ঙাক্তনি, অতুগুম্ন ইচম চম্ব নুং নত্রগ উচেৎ অমবুদি ভেল্যু কন্নিস্থ লৈতব য়াই, মতু লংথোকপা মৈ থাদোকপ য়াই। তৌইগুম্বস্থুং শ্রীকৃষ্ণ নত্রগ শ্রীরামচিংব মূর্তিবুদি ঐখোয়ন খুৎ লোম্নন, কোক নোম্দুন খুরুম্মী মন্নমদি নুংগী নুং, উগী উ চপ মান্নন্নবস্থ মতুদ ঈশ্বরগী ষ্টাম্প য়াওখ্রে।

"করিগুম্ব-চেদ চম্ন হেক্ত য়েক্লম্ব শক্তম অমবুদি ঐখোয়ম নপ-ভিম্নচিংব শিংচিম্ব ওমগনি তৌইগুম্বম্সুং ঐখোয়বু পোকপ ইপামক্কী কোটো অহু থমহুন ইপাগী মশাদ নপ-তিন্ শিংচিনব ওম্লোই মবর্মদি চে চপ মাম্নরবস্নু ভাবনা থৌম্নে"। অতোপ্প জাতিগী মক্কমদ করিস্নু লৈত্রব স্কি মচেৎ থম্নন শেম্ব ফিবাল অমগুম উবস্ন য়াই। ভেল্যু লৈবমদব য়াউ, তৌইগুম্বমস্নুং জাতি অহুগী-দমক্তি অতৈ পূম্নমক্তগী হেন্ন লুন থম্নরি। লাম্মীশিংন মাগী মাগী ফিরালগী মক্কমদ মাগী ওইব পূম্নমক কখোক্তুন ফিবাল অহু শেম্নরি অমস্নুং মহুবু ওাক্লবগীদমক্ত মহাক্ত মপুন্সি কাওব আত্মা বলিদান তৌহুন থাদোক্লবগীদমক্ত খোবাঃ তৌহুন লৈরি। ফি মত্রগ চেন-শেম্ব মচু অহুমগী ফিবাল অসিগী মথাদ ঐখোয়গী জাতিন লৈবি। ফিরাল অসিগীদমক্ত মী ক্রোব কয়া মথ্বায় থানত্রে অমস্নুং খাজনবগী থোয়াংস্নু তৌহুন লৈরি। চৈজেৎ; ফিজেৎ ওইবব্স্নু কয়াদ ভেল্যু লৈত্রব? অসিগুম্ন ভগবান্বু ভক্তশিংন লুন থঞ্জে। ভক্তগ প্রতিমাগ ভক্তিগী বায়ী শাম্নব ওম্মী। মাগী-মাগী ফিরালশিংগী মথাদ জাতিশিং অহুন থবক তৌবগুম মাগী-মাগী ইষ্টদেবগী, প্রতিমা মূর্তিগী মক্কমদ ভক্তশিংন ভক্তি তৌই।

## মূর্তি পুজা অহানব থোঙজিন্ন।

নিরাকার ব্রহ্ম নীংব অপ্রতিকালস্বীম থ্বাইদগী বাংব অমস্নুং অক্লব লাইমীংনি। আত্মা সাধন দেহালস্বীন মথংগী লাইনীংনি, ব্রহ্মজ্ঞানী ঋষিশিংন মসিবু নীংবৈ। মূর্তি নত্রগ

শক্তমগী মতেং লৌহুন নী.ব প্রতিমা পূজান খ্বাইদগী নেম্ব অমসুং অরায়ব লাইনীংনি।

অম হায়ব অঙ্ক মশীং অসি য়াওখিদন অনি অহুম খক ওইরক্তে এ, বি, খণ্ডলক্তব মুপা অমতমসু এম, এ, বি, এ থাব ওইথোক্তে। অহুগুম প্রতিমালম্বী ওইরক্তুন দেহালম্বী অমসুং অপ্রতিমালম্বী ওইরকপা য়াদে। পীক্লিব অঙাংন স্কুল কাবদ শ্লেট্ লোয়নরম্মী তৌইগুম্বসুং কলেজ কাবকপদ শ্লেট্কী দরকার করিস্সু লৈবক্তে। অসিগুম্ন নৌরিব ভক্তশিংন মূর্ত্তিদ ঈশ্বর উব হায় তম্মী। মমৈথংদ মূর্ত্তি য়াওদ্রবসু উব ওম্ব, নিরাকার ওইরকনি। পৃথিবী পুম্নমক প্রতিমা পূজা তৌই। খৃষ্ট্যান মখোয়গী ক্রোসতা মূর্ত্তি পূজা তৌই। মোহমদ্দনশিংন মখোয়গী লাইশোমগী মতম ( Kaba stone ) কাবাগী নুংগী মূর্ত্তি থমহুন পূজা তৌই। ধর্ম পুম্নমক্ত লৈরিব মী পুম্নমক্ত পূক্নীংগী মনুংদ নত্রগ মপান্দ মূর্ত্তি লাংপ ভাক্তনি। মূর্ত্তি পূজান ঈশ্বরগী অহানব থোঙজীনি। মূর্ত্তি পূজাদি ঈশ্বর উননব ভঙাইকদন চঙদব য়াত্রব সুক্ষ্মনিরিক্ষন মাইক্রোসকোপনি।

"কর্ম, জ্ঞান, ভক্তি অমসুং যোগন ( মসিদগী ); অমন নত্রগ খরন, অপুনবন পরমাত্মাবু উব ফংই।"

ওঁ

লোকাঃ সমস্তাঃ সুখিনো ভবন্তু।

মরোল পুম্নমক নুংঙাইব ওইরসনু।

# ভারত

দুর্লভং ভারতে জন্ম মানুষ্যং তত্র দুর্লভম্।

মালেমদ তাঙলব কংগমন্নব ভারত ভুমিদ পোকপ ফংজখিব মীওইপোক অতাওবনি।

জননী জন্মভুমিশ্চ স্বর্গাদপী গরীয়সী।
পোক্লফম লমদম ইমান বাংই স্বর্গদগীসু।

No country other than India, no religion other than Hinduism could have produced a Gandhi.

( London Times )

( ভারত নত্তব অতোপ্প দেশ অমত্তদসু হিন্দু নত্তব অতোপ্প ধর্ম অমত্তদসু গান্ধীগুম্ব অম থোরকপ ঙম্লোই।

ইতিহাসকী মত মতুং ইন্ন ঐখোয়গী লৈবাক অসি মহারাজ দুষ্মন্তনা অথোইব মপারি শকুন্তলানা পোকচব জগৎ ফাওন মমিং চংলব, মতিক চাউরব মালেমগী মবুংঙো ভরত নিংথৌগী মমিংদগী লৌদুনা ভারত মিংলেন মিংখোনখি।

আধ্যাত্মিকী মিৎয়েংদ জগত্ত কংগমন্নব মালেমদ তাঙলব স্বর্গগুম নীংথিবী মকম অসিদ লৈব মী পুম্নমক ভা—( ঈশ্বরগী অরাধনা পূজাদ ) রত—( পামশিল্লী ) হায়রবগীদমক্ত লমদম অসিগী মমিংবু পুণ্য ভুমীনি খঙনব ভারত হায়না মিঙ্গৌনৈ।

ভারত রাহৈগী অর্থ :— ভাঃ প্রকাশাত্মিকা ব্রহ্মবিদ্যায়াং তস্যামেব রমতে ইতি ভারতম্

লমদম অসিদু নৈব মীশিং. অসি মণ্ডাল জ্ঞানগী মশক ওইব ব্রহ্মবিদ্যাতবু নুংশিজব পামশিজব লমদমনি হায়বগীদমক্ত ভারত কৌই।

## ভারতকী হোৱকফম

সেন্ট্রেল এসিয়াদগী চাংলোন কয়া লাক্লোরকুন লমদম, কয়া কাওদোরকুন, প্যাক-চাউরব আর্য্যাশিংগী শরুক খর ভারত খুন-হোংলকখি *। ইহান হায়বদ মখোয়ন্ কুন্তরক্, অম্পাক লীংখিজবর লমদম, সিন্ধু তুরেলগী খোংবান্দ খুন্দারম্মী। পারস্যাশিংন 'স' বু 'হ' ওইন উচ্চারন্ তৌরম্মী, মখোয়ন সিন্ধুবু হিন্দু হায়রম্মী। তুরেল অসিগী মমিং লৌদুনা তুরেল মপান্দ খুন্দারিব আর্য্যশিং অদুবু হিন্দু হায়ন কৌখি। হিন্দু রাহৈ অসি সৃপ্নগী সিন্ধুদগী ওন্থোকখিব রাহৈনি।

গঙ্গান চেল্লিব লমদমশিংদ মথং মথং আর্য্যাশিংন শন্দোরক্লুন লৈনখি। পঞ্জাপ্তগী বেনারস ফাওব শন্দোক্লুন লৈখ্রিব লমদম অদুবু হিন্দুগী লৈকমনি হায়দুন পারস্যাশিংন হিন্দুস্থান হায়ন মমিং থোনখি।

---

Note :— * কনাগুম্ব ইতিহাসকারশিংগী মত আর্য্যাশিং ভারত মপান্দগী লাকপ নত্তে।

ভারতবর্ষ মক্রগ অম্বু খণ্ড সংস্কৃত সাহিত্যগ থাদোকুব য়াক্রব ভারতকী লিয়ব অর্থন থল্লব মিংশিংনি। হিমালয়দগী বিন্ধ্যা চীংজাও কাওবগী অপুনব কজয়ব লমদম অসিবু মনুষ্য জাতিগী হৌরকফম মহুন আর্য্যাবর্ত কৌরমই। কন্যাকুমারীদগী হিমালয় ফাওব মায়কৈ অহুমদ সমুদ্রন কোয়শিল্লিব ভারত পুম্নমকী অতোপ্প মমিং অমন জম্বুদ্বীপ হায়ন জগৎ ফাওরম্মী। ভারত অসিবু গ্রীকশিংন ইন্দু হায়ন কৌই। মাহৈ অসিন্ধু হিন্দুদগী উচ্চায়ন্ থৈথখিবনি। ইউরোপিয়ানশিংন ইন্দুদগী ইন্দিয়া হায়ন অমুক ওম্বোকখি। ইন্দিয়া হায়ব মিং অসিন ঙসিগী জগৎত খঙবয়িব ভারতকী মরু ওইব মিংনি।

## ভারত পুণ্য ভূমিনি

হৈপাল, লৈপাল, হৈয়াং, লৈয়াং, মহৈ-মরোংন চঙখোলবী অশেংব হৈমম্ লৈনয় চুয়ব পাঙ্গল হাপ্প পুক্লীং তুজুং পোকহনব মলয়া নামিব মুংশিংন লোইয়োই তপ্প লি-য়ি হুমহুন থৌগন্দুমত লৈয়িবী, স্বর্গদগী হাইথয়কুন বসু, ভদ্রা, শ্বেতা, অলকানন্দ, গঙ্গাগী ঈরম্ ৪ গী শেংলব লাইজ, লিক্লাইগুম লুয়ব মক্রব পবিত্র জলন থক্ত-থাদ মাক-য়েংত চাইথবত নত্তন সিন্ধু, ব্রহ্মপুত্র, কাবেরী, নর্মদা তাপ্তী সরস্বতীনচিংব শীংথাব ঙমক্রব তাঙলব তীর্থ খিবীকী ঈশিংন অয়ৎপ লৈতন চয়ণবু শেংদে। ক্লিবী, হেমন্ত বসন্তনচিংব ঋতু তরুক্ত ইমাগী অরাৎপ লৈতন তত্তন মখলশিংগী ফিজোলন থৌগল্লিবীনি।

জগন্নাথ, রামেশ্বর, দ্বারীকানাথ, বদ্রিনারায়ন জগৎ ফাওরব তীর্থ হরিগী খুভম মন্দির ইমাগী মায়কৈ মন্দিদ লেপ্লুন কাংসিগী ধ্বনিন, নুংশিংবী ঈপোমদ তোংহুন মালেম থুংম শন্দোকখ্রি। সমুদ্রন খ্বাংশেংনবী, হিমালয়ন লুপাগী লুহুপ ওইন লৈতেংবী, কনানম্মু মাগী মঙ্গুপ লোইন শীংথাব ঙমদবী ভারত জননী ইমানি। "সুজলং সুফলং মালয়জ শীতলং" হায়ন কবিন শৈশক্লুরিব ঐখোয়গী ইমা ভারতনি! অখাঙ কনবী, মীমুংশি খঙবী, ঙাকপীহৈবী, চিং-লেম্বী, রাশক চেংপী, অচুম্ববু থাদবী, ধর্মদ লেঙদবী, ইচা-মীচা খায়দবী, রাঙাঙ খোন্দা মীংথিবী, অহিংসা অমসুং সতিত্বন ইমাগী অখোইব গুণশিংনি।

## বীরপ্রসুতি ভারত মাতা

ধর্মগী আসন্দ লেঙদন কমদুন তমথিরব রাশক কম তপস্যা তৌদুন মীয়োক-মীচান্ কবী ঙাকপী হৈবনচিংব অখোয়ব গুণশিং চেঙক্লবন মমাম্নব মীরক্ত মতুশোম উরবদসু, মীচঙ-সঙ্গল লৈতবী ঙাকপীনীংঙাই য়াওদ্রবী মাগী কনা লৈত্রবী অবলা (পাঙ্গল শোনবী) অমগুম্ন উহুনসু ভারত ইমা অসি চাবোক্লবী (অখুংবী) অম নত্তে। তপস্বিনী অমসুং ব্রহ্মচারিনী অম ওইহুনসু, লেপ্প লৈতব গঙ্গাগী ঈচেলগুম শীংথাব ঙমদন য়াম্লব অকনব-অকনবী মপান্নি-মমোম অরুৎপ লৈতন পোক্লিবী, জগত 'বীরপ্রসুতি' হায়ন কাওরিবী পুণ্যভুমি ভারত মাতানি। সংগ্রামসিং, কৃষ্ণদেবরায়, রানাপ্রতাপসিং, রাণী-

দুর্গাপতী, ছত্রপতী শিবাজী, তনাজী মলাসুর, রাজসিং, দুর্গাদাস রাঠোর, গুরুগোবিন্দসিং, বাজিরাওপেশ্বা, ছত্রসল বুনদেল, মাধবরাও পেশ্বা, হায়দরআলি রনজিৎসিংহ, রাণী লাক্ষ্মীবাই, টিপুসুলতাননচিংব নীংশিংব থোক্তুব শীংথানীংবতন হেল্লব মমা মীংব থৌনাফরব অকনব মচাশিংন লৈতেংলিবী ইমাজি। খুদিরাম বোস, আশুতোস মূর্খজীনচিংব অথৌব কয়ান সেবা তৌরকপী ইমানি। মীন লাকচব য়াদব মপারী মমোয় চীংথোঙ-চীংয়া থন্ন, লোইবী লোইয়া পান লৈবিবী পুকফবী ভারত ইমানি, খোঞ্জেল হোন হয়-হয় লাউরীংই, অপেনব কৌবদ মাইয়য়োই 'জয় বীরপ্রসূতি' ভারত মাতা অথৌব মচাশিং পোকপী ভারত ইমান জয় ওইরে।

## মপু লৈতবী ভারত নত্তে

জগৎত মুমিংকুম ঙাল্লিবী অহুমদি ওইবগ মুংশাগুম য়াক্তবী, মল্লব মালেমগী অকাশত অহিংগী থাজগুম ঙাল্লিবী অহুমদি ওইবগ থাশি থানিল নাইদবী, জগৎত মাইতোম শাংপী লমচং চাকগা তোপ-তোপ্পী, গুণ পুম্নমক্ক তিল্লিবী ভারত ইমাগী ধর্মতবু অতোপ্প হিংশাবাদীশিংন মতম চুপ্পদ কল্লক-মিহৌতুনষ্ম ভারত ইমা ঙাকপীনীংঙাই য়াওদ্রব মপুরোইব লৈত্রব বিধবা (লুখ্রাবী) অম নত্তে। মীংশিংব ঙমদ্রব মতমদগী য়েক্লবশিংন ইমাগী ধর্মবু মাঙহনব হোৎনরকপ মতমশিং অহুদ ভগবান্ বিষ্ণু মশামক্ক লাংওন্দুন ইমাগী ধর্মবু ঙাক্লক্লি।

ঈশ্বরগী শাইওন পুন্নমক মকম অসিদ তৌখিব, ভারত হরিগী অবতার ভুমিনি।

জমদাগ্নিগী মপারি ভগবান্ পরশুরাম খুত শীংজং পায়দুন ধর্মবু ঙাক্তুন অধর্ম্মীশিংগী মায়োক্ত লানফমগী ময়ায়দ শীংজংগী জগোই শাদুন রক্তগুন ময়াই কারব ক্ষেত্রিশিংবু তরেৎ অহুম কুনমাথোইরক থারা মুংন ককথখি। দশরথ মপারি কোদণ্ডপানি শ্রীরামচন্দ্রন কোদণ্ড লিরুং পায়দুন লীরী খীংবগী ঋংকারদ জগৎকী য়েক্লব পুন্নমক মীকহন্দুন অধর্মবাদীশিংবু লোথোক্তুন মালেমগী অক্ষম কোকপীখি। দেবকীনন্দন চক্রধারী অরিন্দদন্ যোগেশ্বর শ্রীকৃষ্ণন খুদোন্দ চক্রগ লোয়নন অবতার তৌদুন য়েক্লব হিংসাবাদিশিংবু মাঙহন্দুন ধর্মবু কনখি অমসুং মপুরোইব লৈতবী ভারত নত্তে হায়বসি অপাম্বন মমিৎ তাওলব জগৎত উংখি অমসুং কাব্যগী অকনব কয়ান ইমান পামজব ধর্মবু ঙাক্লবগীদমক্ত লেপ্তুন লৈরকখি। রাম ভক্ত লক্ষ্মন, বানর পতি সুগ্রীব, রামদাস হনুমান, হলায়ুধ বলদেব, ধর্ম্যাঙ্গ ভিষ্ম পিতামহ অমসুং ধনু র্বেদাচার্য্য দ্রোণ, বীর পরক্রোমী ভিমসেন, সব্যসাচি অর্জ্জুন, দানবীর কর্ণ, গুরু ভক্ত একলব্য অসিদ নত্তন লান্দ হৈরব পাখ শিং লব-কুশ, নকুল, সহদেব অভিমন্যু অমসুং ঘতোৎকচমচিংব ধর্মবু ঙাকপদ শিববু শাম্নবগুম্ন খন্দুন হরাও হরাওন ইমাগী তম্পাক্ত হিপগ্রব ঙাক্তনি। অচুম্ববু কনবদ লানফমদ খরায়ন পোম্বা ওইদুন বিজয় পতাকা থেংনগ্রব ভারত ইমাগী মপারি মমোমশিংন মতম চুপ্লদ জয় ওইরি।

# ভারত আধ্যাত্মিকী ভূমিনি

**It is India alone that every man knows something of philosophy.**

লৈবাক অহুগী মী খুদিংমক্ক দর্শনগী মরমদ খরদং ওইরবস্থ খঙদব লৈতব লৈবাক হায়বদু সংসারগী মনুংদ ভারত হায়ব লৈবাক অসিখক্তনি।

অমরাবতীন পারিজাৎকী পোক্লফম ওইবগুম মালয় পর্বতন চন্দন পাম্বীশিংগী হৌরকফম ওইবগুম পরমহংস কাংভশিংন মানসরোবরদ লৈনফম ওইবগুম ভারত আধ্যাত্মিকী হৌবকফম ভূমিনি। সমূদ্রন ঈশিংগী পোক্লফম অমস্তং লৈনফম ওইবগুম ভারত ধর্মগী পোক্লফম অমস্তং লৈনফম্নি। শীংথাব ভমদ্রব মুমিদাংগী থৱান্নিচাক্লুম মশীং থীভমদ্রব যোগী, ঋষি, মুনি, ভক্ত অমস্তং ধর্ম শন্দোকপ বেদান্তী কয়াগী লৈনফম, চাক্লবা জগৎপু শান্তিগী লিক্লা খীকপীরিবী। গুণনিধি কযাগী পোক্লফম, ধর্মগী লৈরাংশিং মখল-মথেন্ শুন শাৎলিব অহুগুম্লব ভারত আধ্যাত্মিকী লৈকোলনি, শ্রীশঙ্করাচার্য, শ্রীরামানুজ, মাধবাচার্য, নিম্বার্ক, রামদাস, তুকারাম, গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু, জ্ঞানদেব, চাঙ্গদেব, তুলসিদাস, দত্তাত্রেয়, সদাসিবব্রহ্মমচিংব আধ্যাত্মিক গুরু কয়াগী পোক্লফম্নি। বুদ্ধ, নানক, মহাবীরনচিংব ধর্ম লিংখৎপ কয়াগী হৌরকফম্নি। গঙ্গাগী ঈচেল লেপখিব য়াই, সনজিং মফম হোংখিব য়াই, চীংথক্ত থম্বাল শাৎলকপ য়াই, নুমিৎন

নোংচুপ্ত থোরকপ যাই, উন্ন অঙ্গংব ছন্দোকখিব যাই, ওইথোক্লব পূম্নমক ওইথোকখিসনু, ভারতনদি ধর্মবু থাদে'ক্লোই। মুমিৎ-থান লৈরিবমখৈ ভারতকী মহুৎশিন্দুন আধ্যাত্মিকী গুরু ওইদুনা সংসারবু যোগদ লমজিংগদব পৃথিবীগী দেশ অমত্তম্ নৈতে।

ভোজনিংথৌ বিক্রমাদিত্য, জনক্ অমস্তুং আশোক্লচিংব নিংথৌশিং'গী দমক্ত চাওথোক্লমম ওইরিব ভারতনি। বাল্মিকী, ব্যাস, কালিদাস, ভবভুতি, বানভট্ট টেগোরনচিংব কবিশিংগী-দমক্ত লেমজরিব ভারতনি। পরমহংস, বিবেকানন্দ, রামতীর্থ, অরবিন্দ, শিবানন্দ, তিলক, গোখলে গান্ধী, বিনোবা, নেহরু, শাস্ত্রীনচিংব অশিংব মচাশিংগী মপাল্ন ভাবতন পৃথিবীদ নাপল তৌন ভাঙ্গোইবি। কবিশিংগী লৈশকক্ষম যোগীশিংগী লাই-নীংক্ষম মমা নীংব মচাশিংগী আত্মবলিদান্ তৌনক্ষম পোথাক্ষম খণ্ডরব জগৎকী শান্তি পীনক্ষম ভারত কযাদ শেংগ্রব লমদমনো? শ্রীরাম অমস্তুং শ্রীকৃষ্ণগী শেংলব চরন্ন নেৎলম্ব অযোধ্যা অমস্তুং বৃন্দাবনগী উক্লল্ন ভসিন্দু মী কয়া কয়াগী মোৎলব থম্মোয় শেংদোক্লবি।

যীশু খৃষ্টন মাগী অরোংপ পুন্সি অদু কাশ্মিরদ লৈরম্মী অমস্তুং ভারতকী যোগীশিংদগী যোগ তমদুন নোংচুপ মায়কৈদ শন-দোকখি। ঈশ্বরগী লিলাভুমি অচুম্বগী পোক্লক্ষম ভারত ইমান জয় ওইরি। প্রধান্ মন্ত্রি লাল বহাদুর শাস্ত্রীন লাউখি; Truth and justice are on our side victory shall therefore be ours.

"অচুম্ব অমসুং মীচঃ-মীখাই নাইদবন ঐখোয়গী ওইরি, মরম অসিন ঐখোয়গী জয় শোইদন ওইগদবনি।

"D. S. Radha Krishnan ন পৃথিবী পুম্নমক্ত পাউথোক-খ্রে—India suffered as a result of her tolerance. She never abandoned her attitude of respect for other religions". (ভারতন অখাঙ কনব গুণ চেঞ্জরুবন অরাব কয়া নংজরবস্নু মহাক্ত অতোপ্প ধর্মশিংবু চপমান্নন ইকাই খুম্নবদি খক থাদোক্লোই)

## ভারত পৃথিবীগী মন্দিরনি

ভারত পৃথিবীগী দেব মন্দিরনি। ভারত বেদান্তগী হৌরক-ফমনি, বেদগী লৈনফম জ্ঞানগী পুক্কৈনি। গীতাগী লৈনম্ন হারব লৈকোলনি। দর্শন তরুক্ত ঈথক হৌরিব সমুদ্রনি। বসন্তগী মতমদ লৈবাংগী বন্দ খোইমুশিংন গুংবদ গুঞ্জ শব্দন মিনবগুম অচৌকপ থুগায়ত্নন ভক্ত যোগী শিংগী বেদ পাঠ, সামগান্ অমসুং হরিধ্বনি, ওমকার ধ্বনিন থরক্-থরক্ নিন্দুন ঈশ্বরগী মিংথৈন লেপ্তুন ঈপোম হৌরিব ভারত লাইগী লৈবাক্নি।

হিন্দু ধর্মন ধর্ম পুম্নমক্কী মমানি। মৈগ মৈশাগ খায়দোক্লব য়াদে। উনগ অঈংবগ খক থাদোক্লব য়াদে, মৈদগী মৈশা খায়-দোক্লব, উন্দগী অঈংব খায়দোক্লব অত্নু ওইরবদি উন্ অমসুং মৈ ওইদে, অত্নুগুম্ন ভারতক ধর্মগ খক খায়দোক্লব য়াদে। ভারতকী

ধর্ম খাৎদোক্রবদি ভারত ভারত ওইদ্রে। ঈশিংগ কায়নবদ ঙান ওইব ফিভম অদু ধর্মগ লাপনবদ ভারতন ওইগনি। ভারতকী ইতিহাসতি ধর্মগী ইতিহাসনি (History of India is History of religion) ভারতকী রাজনীতি, অর্থনীতি, সমাজ নীতি, লিচৎ-শাজৎ কলাবিজ্ঞানচিংব Culture (কলচর) পুম্নমক ধর্মদ যুম্ফম ওইদুনা শাগৎপ ঙাক্কনি। মশা খঙব য়াই নত্রগ খঙজদব য়াই ভারত মচা পুম্নমক্কী শিংলি-নাওরি ঈ-তোং পুম্নমক্ক দর্শন অমসুং ধর্মগী ঈচেল চেল্লি। চুগী মনুংদ চুহিন শন্দোক্তুন লৈবগুম শঙ্গোমগী মনুংদ মাথন্ন শীন্দুন লৈবগুম ভারত মচা পুম্নমক্কী ঈচেলদ ঈশ্বর থাজবন শন্দোক্তুন লৈ। লৈমম্ য়াওদব লৈরাং, ঈশিং য়াওদব তুরেল, লৈ অমসুং তুরেলগী অর্থ লৈতবগুম গীতা অমসুং উপনিষদ য়াওদবদ ভারতকী অর্থ লৈতে। মখোঙদ ঈশিং চাইরগ মনা মশা পুম্নমক তেকখৎস্তুন মোয় পেনবগুম অচুম্ববু, ধর্মবু অদুক্কী মতিক চাওখৎহল্লিব মখৈ ভারতকী হীরম খুদিংমক চাওখৎকন্নি। ধর্মবু থৌশাক্তরব পুম্নমক অসি মরূ-করূব পামেলগী ফিভম ওইগনি। 'য়তো ধর্মঃ তথা জয়' ধর্ম লৈব মফম অদুদ শোয়দনা লেঙত্রব জয় লৈ।'

লাম্মী শেমগত্তুনা অতোপ্পা লৈবাকশিংগী জয় তৌদুনা মথক্ত সাসন তৌব ভারতকী অমীংব নত্তে। মান কন্নিগুম্ব মতমদসু মচাশিংদ অতোপ্পদ লান্দারু হায়না থোজীন্দে, মখোয়না মসুং ১ম্সুং মপানগী পুক্নীংগী য়েক্নব জয় তৌদুনা মপুং ফাব আত্মরাজ্য ফংব

অহু মাগী অপাম্বনি। মপানগী লল্-থুম্ মীহৌব পদার্থ-বাদিশিংগী মতৌ মান থক পামলুদে। ভারত মচাশিংগী পুন্সিগী পান্দমদি যোগদ চংলগ আত্মসাক্ষাৎকার ওইহুন ঈশ্বরদ তিনশিনখিবনি। অহিংসা অমসুং ব্রহ্মচার্য্যগী অভ্যাস তৌহুন লেঙত্রব মপুং ফাব সচ্চিদানন্দগী অমৃতবু মপুক থন থকপ পাম্মী। মতম চুপ্পদ মখোয়ন মাঙগদব কান্নদব লল্-থুমশিং অসিবু ত্যাগ তৌহুন "আত্মাবু খঙব" হায়ব মপু অহু ওইব পাম্মী। কন্নিঙুম্বদম্ব মখোয়গী থম্মোয়দ আধ্যাত্মিকী ম্রাথল থাদোক্কে। কখোকপ, পেম্বোকপ মখোয়গী অখোইব মরলনি অসিগুম্ব লাইবৈবাক অসিদ পোকপ ফংজরব পুন্নমক্ক ভারত মচা অমনি হায়ন চাউখোকচৌ অম্মু ভারতকী লম-জীংবশিংন তাকপীরি।

In India alone people have got renunciation & self realisation as the Goal of life. ( Swami Sivananda ).

( ভারত অসিতদ মীশিংন ত্যাগী, সন্যাসী, ওইহুন পুন্সিগী পন্থুং আত্মা সাক্ষাৎকার, ফংব শমথি। )

India is the only country which has known God and if any one wants to know God he must know India. ( Vecente Avelino ).

(ঈশ্বর খঙব লৈবাক্তি ভারতনি কনাগুর অমম ঈশ্বরবু খঙনীংলবদি মাম ভারতপু খঙগদবনি)।

প্রাণিনাং হি নিকৃষ্টাহপি জন্মভূমিঃ পরা প্রিয়া।

(কথাসরিৎসাগর)

থবায় পানবশিংগী মনুংদ তোল্লব জীব ফাওবন পোক্কক্ষম লমদম্তবু পুংহেন হেম নুংশিজে।

ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ



# লৈশেমলোল

খল্লু য়েংউবদ অঙকপগী, অঙকপতন থনগ্রব হায়রকম খল্লদব 'অকল্পনীয়' অসিনি হায়রম কল্পনান ল্যাপ্প ফংদব ঐখোয়গী খংগৎনি। মসি কমদৌন্ন করম্ন মতমদ করিদগী কন্যান শেম্লম্বনো? কনানসু হায়রব অমসুং থঙব ঙম্বগী মতিক লৈত্রি।

ঋগ বেদগী ১০। ১১। ১২৯ শুব সুক্তদ অস্মন্ন বর্ননা তৌরি। "প্রলয়কালদ অসত" (লৈতব, চুমদব) লৈরমদে, সত্য (অরৈব অচুম্বসু) মতমদুদ লৈরমদে। পৃথ্বী অমসুং আকাশসু লৈরমদে। আকাশত লৈরিব সপ্ত লোকসু লৈরমদে। মতম অদুদ কনান কদায়দগী লৈরমগদগে? ব্রহ্মাণ্ড কদায়দ লৈরমগদগে? ঈশিংগী ঈরং গম্ভীর জল কদায়দ লৈবমগদগে মতম অদুদ শিদব অমসুং শিবগী মতৌসু লৈরমদে। অহিং অমসুং সুংথিলসু লৈরমদে। নুংশিং লৈতবদ আত্মাম চঙবদগী শ্বাস প্রশ্বাস তৌব ব্রহ্ম মথন্ত লৈরম্মী। মহাক নত্তন পুম্নমক শুন্য ওইরম্মী। সৃষ্টি রচনা তৌব লৈশেমজিনবগী মমাঙদ অমম্বন অমম্বনু কুপশল্লম্মী। পুম্নমক (অজ্ঞাত) ফোঙদোকতব ওইরম্মী। মায়কৈ পুম্নমক্ত ঈশিংগী ঈশিং চাক-চানরম্মী। সর্বব্যাপ্ত ব্রহ্মসু (অবিদ্যমান্ পদার্থ) লৈতব পোৎশিংন কুপশল্লম্মী মহুদ তপকী প্রভাবতগী তত্ত্ব অমত্তং লৈরম্মী। থাইগী অহান-বদ মঙোন্দগী (বীজগী প্রাক্তন) মন্ন পোক্লকম ওইবি: জ্ঞানীশিংন মখোয়গী বুদ্ধিগী মতেংন বিচার তৌদুনা ফোঙদোকতব

পোৎ অদুগী পোক্লকপগী কল্পনা ভৌমখি। অদুদগী মক্ক পুৰ (বীজ ধাৰন্) কৰ্ত্তা পুৰুষ পোক্লকখি। মথংদ মতিক মগুণ মফিমাশিং কোঙদোকখি। মফিমাশিং অদুগী থবক্তু থক-খা অনিমক্ত খাগৎনক্ষম ওইখ্রে। প্রকৃতিগী তত্ত্বৰু কনাগুম্ব অমত্তন খণ্ডৱৰদ কনানদি মাদুগী বর্নন তৌব ঙমগনি। সৃষ্টি অসিগী (উৎপত্তি কাৰণ) পোক্লকপগী কাৰণ কৰিনো? মখল কয়াগী সৃষ্টিশিং অসি কৰুম্ব উপাদান্ কাৰণদগী শেম্লকই? লাইশিং পুম্নমক্লম্ব লৈশেমগী সৃষ্টিগী মতুংদ পোকখিৰনি। অদু ওইৱ-বদি সৃষ্টি অসি কদায়দগী পোক্লকপনো হায়ৰ অথূপ্প অসি কনানদি খঙৰ ঙমগদগে? মখল মখা অয়াম্ব সৃষ্টিশিং অসি কমদৌন ওইৰকখিৰনো? মখোয়সি কনাম শেম্বনো? দিৰা-থামদ লৈরিব সৃষ্টিশিং অসিগী মপু, মাতম মাগী খুৎশেমগী মৰমদ খঙৰ ঙম্মী। মহাকম্ভু ৰারম্ পুম্নমক লোইন নীংশিংলম-দৰম্ভু ওইখোক্তৰ নত্তে।

মাহাৰামায়ন্ যোগ বাসিষ্ঠত মহর্ষি ৰসিষ্ঠন শ্রীৰামচন্দ্ৰদ তাকখি। ব্রহ্মাণ্ড অসি কৰিগুম্ব কল্পদ মহাদেৰন লৈশেম্মী। কৰিগুম্ব কল্প অমদ ব্রহ্মাম লৈশেম্মী। কৰিগুম্ব কল্পদ বিষ্ণুন জগৎ শেম্বগী ক্রম মথং মনাও নাইন লাকই। কৰিগুম্ব মতম অমদ ব্রহ্মা অসি থম্বালদগী, কৰিগুম্বদন ঈশিংদগী, কৰিগুম্ব মতমদন হিৰণ্যগর্ভদগী, কৰিগুম্বদ আকাশতগী পোকখি। কৰিগুম্ব সৃষ্টিশিং লৈশেমশিংদ সূপ্নগী চাউরব উগী উ ঙাক্ত ঙায়ৰ জগৎ ওইখ্রে। কৰিগুম্বদ লৈপাক ঙাক্ত ঙায়ৰ কৰিগুম্বদন

স্বপ্নগী মৃংগী মৃং ওাক্ত ওায়ব করিগুম্বদন শঙ্গোংগী শদোং ওাক্ত ওায়ব, করিগুম্বদন সবাগী সবামক্ত ওাম্বব, সৃষ্টি কয়া ওইখ্রে। মতৌ অম্মুম্ম জগৎ অসি মহাপ্রলয় কয়াবক তৌরগ মথল কয়াদ লৈশেম্নকখ্রে। সৃষ্টি কয়া অমদ আকাশন ইহান হাম্ন পোকখি। কয়া অমদ মুংশিংন হাম্ন পোকখি। অহুগ থম্বদ মৈন থম্বদন ঈশিংন থব অমদন পৃথ্বীন ইহান হাম্ন পোকখি। হে রাম! ঐন নঙোন্দ স্বপ্নগী ব্রহ্মাগী সৃষ্টিগী মরমদ শম্নপ্ন বর্নন তৌরে; যুগ পুম্নমক্ত সৃষ্টিগী নিয়ম অসি চপ মাম্নব নত্তে। অমদি যুগ অহুগী মওং ইম্ন পরিবর্ত্তন (হোংদোক হোংজিন) ওই। সত্য অমদি অতোপ্প যুগশিং অসি হম্ন হম্ন মশীং থীওমদন লাকখ্রবনি। সংসার অসিদ কয়ারক হম্ন মপংগী পোং অমত্তস্থ লৈরুম্নবনি।

অমুক অমুক প্রলয় ওইহুন মুমিং, থা, সৌরজগৎ, থম্বাম্মীচাক-মচিংব অসি শক্লাইদন কয়ারক লৈরুরবনি অমস্থং কয়ারক লৈশেমখ্রে। হৌজিক ঐখোয়ন উম্বিব মুমিং, থা, পৃথ্বীনচিংব সৃষ্টি অসিন অকোমবনি। অস্থুম্ন হায়নৈ মাসগী মপুন্সিস্থ তংখায় চল্লে।

অকোমবগী সৃষ্টি অসিবু ঐখোয়গী তাইবঙ লৈশেম্লোন্ হায়ন থওনৈ। পৃথিবীগী ধর্ম পুম্নমক্কী মাগী মাগী লৈশেম্-লোন্শিং লৈনৈ, মতু হন্দক্কী জগৎ অসি শেম্বগী লৈশেম্লোন্ ওাক্কনি। মৈতৈগীস্থ লৈশেম্লোন লৈ। পুম্নমক অসি মপান্দ *থম্ন থম্ন খেম্নম্নবস্থ মম্নুংগী ঈচেলদদি চপ মাম্নৈ হায়ন লৌব

য়াই। লৈশেমলোন্ পুম্নমকী মন্নুংদ বেদান্তগী লৈশেমলোম খ্বাইদগী হেন্ন য়াংবা অমসুং কজবা ওই। মথংদ সাইন্টিফিক থিওরিনি হায়বন লৌনৈ। O. T. বাইবলগী অহানবমক্তদ জেনেসিস হায়বুব লৈশেম্লোম ইহান হায় হৌই।

In the beginning God created the heaven and earth. And the earth was without form and void, and darkness was upon the face of the deep and the spirit of God moved upon the face of the water.

'ইহান হানবদ ঈশ্বরন আকাশ অমসুং মালেম শেমখি। পৃথিবী অসি মওং লৈরমদে অমসুং ইহাঙ হাঙলম্মী। অমম্বন ইমায় পুম্নমক কুপশল্লম্মী অমসুং ঈশ্বরগী প্রাম ঈশিংগী ঈমায়দ শন্দোক্লুম্ন কুপলম্মী। বাইবল মৈহৌরোলগী মত মতুংইন অহানবা নুমিত্ত অতিয়া অমসুং মালেম, অঙানবা অহিং-নুংথিল, অয়ুক অমসুং য়াচঙবা শেম্মী। অনিশুবা নুমিত্ত ঈশ্বরন আকাশ অমসুং ঈশিং মন্নুংগী অহাঙবা শেমখি। হুম্নিশুবা নুমিত্ত লৈপাক্কী শরুক কংকাল, সমুদ্র, শেমখি অমসুং পাম্বীশিং মালেমদ হৌহনখি। মরিনিশুবা নুমিত্ত থা, চহিনচিংবা মতমগী নিয়ম অমসুং নুমিৎ, থা, থবান্মীচাক শেমখি। মঙানিশুবা নুমিত্ত, ঈশিংগী জীবশিং অমসুং অপাইবা উচেক বায়াশিং শেমখি তরুক্নিশুবা নুমিত্ত কংকালগী শা-ডানচিংবা জীব পুম্নমক শেমখি। নুমিৎ অসিদ

মীয়ু শেমখি। বাইবলগী মত্ত এদাম্ কৌব মুপা অমম্মুং ইভ হায়রিবা মুপী অহুন খ্বাইদগী হাম ঈশ্বরন শেমখিব মীনি। অহুগ ভরেৎমিগুব মুমিত্ত থবক লোইখি অমম্মুং মুমিৎ অসি পোখাব মুমিৎ ওইখি'।

মতৌ অস্মুম ঈশ্বরনা জগৎ শেমকপগী মরমদ মথল মথলগী বর্নন তৌনরি।

অনিশ্বরবাদীশিংগী রাখলগী থারাদদি জগৎ অসিবু শেম্ব ঈশ্বর হায়ব অম লৈতে। ঐখোয়না লেঙব-চৎপনচিংব তৌরিব অসিগী থৌশিন পীব ঈশ্বব (আত্মা) অম লৈ হায়না লৌরিব অসি ক্বা, মনা, গুমু ভিন্নরগ অঙাঙব খোরকপগুম পোং অমগ অমগ ভিন্নরগ মথন্ত খোকচ-ওইজরকপনি হায়না মখোয়না লৌনৈ মথন্ত ওইজরকপ জগংনি মথন্ত অমুক যাঙজখিগনি অস্মুম মখোয়না হায়। ভৌইগুস্মম্মুং মত অসিদি অয়ানবনি। রস য়াওদব দর্শনি।

## লৈশেম

কনাগুম্ব ঈশ্বর থাজদব নাস্তিক ওইব মপা অমদ অস্তিক ওইব মচা অমম হায়খি সংসারবু শেম্বীরিব মহাক অহু পরম-মেশ্বরনি। অহুদ মপান হায়রম্মী নত্তে পরমাণু (এটোম) শিংগী অমগ অমগ পুনশীনরগ সংসার ওইখিবনি। মসিগীদমক্ত কনিগুম্ব ঈশ্বর অমগী দরকার কনিগী লৈগদগে। মথংগী মুমিত্ত মচা অহুন য়াম্ব কজম্বব শগোল-শামু, ভেনরা, কোকিল, রাহোং-

নচিংব য়েক্তুন মপাগী মমাক্ত মখল মচুগী পেন্সিলশিংগ লোয়নম থম্নম্মী। মতম অদুদ লাইশিং অসি কমাম য়েকপনো হংলক্লম্মী? মচান খুম্নম্মী মতুদি পেন্সিলশিং অসিগী এটোমশিংন পাইশিন পাইশিম্নখিতুন চেসিদ পুন্সীম্নখিবম্মী মতুদগী চিত্র অসি ওইরক্পনি। ভোইগুম্বম্মং মপান মতুবু য়াম্নমদে। মতুদ মচাম হায়বম্মী এটোমশিং অসিন পাইশিম্নখিতুন পুনশীল্লগ চিত্র অসিবু থক ওইথোকপ য়াত্রবদি মুমিৎ, থা, থরান্মীচাক, পৃথ্বী, সমুদ্র, মীওইব, শা, উচেকনচিংব থোইদোকপ পোৎশিং অসি বুদ্ধিগী মতেং য়াওদন এটোমশিংন করম্ন ওইথোকপ ঙমগদৌরিবমো? মরম অসিন অসিগুম্ন অনুমান কয়ান ঈশ্বর লৈ হায়ব উংলি। চেতম য়াওদন জড পরমানুশিংদগী জগৎ সংসার শাগৎখিব মত অসি মাতৈগী য়াংমদনি।

মহাক্ন মশক থঙব ঙম্ব য়াই নত্রগ ঙমদব য়াই মহাক্ন শেৎলি ইল্লিব কি অতুবু শেম-শারকপ মী শোয়দন লৈগনি অতুগুমতুন জগৎ অসিগীস্মু শেম্বীব মপু অমদি শোয়দন লৈগদবনি। কপিল মুনিগী সাংখ্যা দর্শন্দ ঐথোয়ম থেংনগনি "লৈতবদগী অরৈব থোয়কপ ওইথোক্তে" অতুগ গীতাদস্মু শ্রীভগবান কৃষ্ণন হায়রি "নাসতো বিদ্যতে ভাবো ন ভাবো বিদ্যতে সতঃ" (অরৈবন লৈতব ওমখিব থক য়ারোই, লৈতবন অরৈব ওইরকপস্মু থক য়ারোই) হায়বদি অরৈবগী লৈতব অতুগ লৈতবগী অরৈব হায়ব লৈতে।

"শুকলৈ লৈতবদগী করিগুম্ব থম থোয়কপ থক য়ারোই অরৈব করিগুম্ব থবদগী করিগুম্ব থম থোয়কপদি য়াই"।

পাম্বীশিংব লৈপাক্তগী হৌরগ লৈপাক্ত অমুক তুমশিনখি। জগৎ অসিসু ব্রহ্মদগী হৌরকপনি ব্রহ্মদ অমুক লুপশিনখিগনি। সর্বশক্তিমান ওইরব ব্রহ্মতম জগৎ অসিগী মপুনি। 'স বিশ্বকৃত' (শ্বেতাঃ উঃ ৬।১৬) (পরমাত্মান বিশ্ব অসি শেম্বনি) 'অতঃ সমুদ্র গিরয়শ্চ সর্বে' (মুঃ উঃ ২।১।৯) (পবমেশ্বরদগী সমুদ্র অমদি চীংনচিংব পুম্নমক পোকখি।)

'স কারণং কারণাধিপাধিপো ন চাস্য কশ্চিজ্জনিত ন চাধিপঃ।' (শ্বেতাঃ উঃ ৬।৯) (পরমাত্মান পুম্নমকী পরম কারণ মরম পুম্নমকী তুংনকম মরমনি) পোং পুম্নমকী আধার তুংনকম মরু শোয়দন লৈগনি। তুংনকম মরু অদুগী তুংনকমদি লৈত্রে। মরমদি মরু হায়বসি মাগী ওইব অমুক মরু লৈত্রব অদুবুনি। অসিগুম্ন জগৎ অসিগী তুংনকম মরুদি (ঈশ্বর) ব্রহ্মনি। ব্রহ্মগী আধার তুংনকম নত্রগ মাবু পোকপ মপা (ব্রহ্ম মপা) অম অমুক লৈত্রে। পোং উননবগীদমক্ত মিং পাল্লি। মিং উননবগীদমক্ত অতোপ্প মিং অম অমুক পান্দে। অমম্বদ পোং উননবগীদমক্ত মৈ দরকার ওই। অদুগ মৈ অদু উননবগী-দমক্ত অতোপ্প মৈ অম অমুক দরকার লৈতে। অসিগুম্ন ব্রহ্মাণ্ড অসিগী উপাদান কারণদি ব্রহ্মনি, কারণ পুম্নমকী কারণ পরম-কারণনি মাগী কারণদি লৈতে। মানা সৃষ্টি কর্তানি। ঈশ্বরন জগৎকী থোরককমনি হায়ব অসিদি পুম্নমক্ল য়ারে। অদুগ কবম্ন জগৎ অসি শেম্মী। সৃষ্টি করম্ন তৌই হায়ব অসিদ মখল-মখা অয়াম্ব মত লৈনরি।

## য়ুনান দার্শনিকশিংগী মত

য়ুনান্ গ্রীককী দর্শন (philosophy) থোইদোক্লা য়াম্ন কুইরে লৌনৈ। তৌইগুম্বসুং মখোয়গী লিয়ব দার্শনিকশিংন (জ্ঞান য়াওব অমসুং য়াওদব) অহিংব-হিংদব, জড-চেতনগী খেন্নব য়াব্রমদে। করম অহানব দ্রব্য (পোৎ) দগী সংসার শেম্লকখিবনো? মসি মখোয়গী বিচার তৌনিঙাই ওইব বিষয় ওইরম্মী। চিঙ্গাক্তগী মীওইবমচিংব প্রাণীশিং পোক্লকই; লৈপাক্তগী চিঙ্গাক, ঈশিংদগী কংশিন-কুংশিল্লক্লগ লৈপাক অমসুং অশাবদগী ঈশিং পোকখি হায়ন মখোয়ন লৌই। জীব শক্তিসু মতুদ পুল্লম্মী। অদুদগী মী খবন এটোম্, খরন মোংথাংগী শক্তি অমসুং খরন তত্ত্ব ৯২ বু য়াবম্মী। মতুংদ মেটর নত্রগ অব্যক্ত দ্রব্য অমদগী সংসার অসি ওইবকখি হায়ন লৌই।

থৈলীজ জ্যোতিষী অমনি খঃ ৫৮৫ দ সূর্য্যগ্রহণ তৌগনি হায়ব হায় খঙলম্মী। মহাক্ন ঈশিংদগী জগৎ শেম্লকখি হায়ন লৌই, এনেক্সীমেণ্ডর্ন করিগুম্ব লোইনাইদব (অনিয়ত) দ্রব্যদগী অমসুং এনেক্সীমেনীজ্‌ন নুংশিত্তগী সংসার ওইরকখিবনি লৌরম্মী। থৈলীজগী তুংইনব হিপ্পোন আদ্র'তা (মহি চেম্থোকপগী মতৌ) দগী মৈ ওইরকখি, মৈ অমসুং ঈশিং তকথায়নবদগী সংসার ওইরকখিবনি লৌই। ঈডিয়স অমদি ডীয়োজেনীজ্‌ন নুংশিৎথক্তবু জগৎকী মুল কারণনি লৌই। এনেক্সীগোরসকী মত্তদি তত্ত্ব (element) কয়ামরুম লৈরম্মী লোয়নন ঈশ্বরগী ইচ্ছাদগী তত্ত্বশিং অদুদগী লৈশেম্লকখি। পীথ'গোরসকী মত্ত মশাংবু জগৎকী মুল কারণনী

লৌই। মহাক্ন ঈশ্বরবু অম হায়ব মশীং অদুনি অদুগ অতোপ্প মশীং পূম্নমক মঙোন্দগী পোন্নকপ ভাক্নবি হায়রম্মী। ভাবতকী "ঐ অমত্তনি ময়াম ওইগে" "একোঽহম বহুস্যাম" গ মান্নবগুম তৌই।

পরামেনীডীজগী মত্ত বিশ্ব কয়িগুম্বদস্ন পোকখিব লৈতে অদুগ কয়িগুম্বদস্ন মাঙখিবস্ন তৌয়োই হায়ন লৌই। মসি মীমাংসকশিংগী "ন কদাচিদনীদৃশং জগৎ" জগৎ অসি হৌজিক ওইদ্রিব অদু কয়িগুম্বদ ওইখিব লৈতে হাযবদি মতম পূম্বদ অস্নমত ওইদুন লৈগনি হাযবসিগ মান্নবগুম তৌই।

কপিল্ মুনিগী সাঙ্খ্য দর্শনগী মত্ত সত্ব, রজ অমস্নং তম গুণগী শক্লোন লৌম্বিব প্রকৃতিন জগৎ অসিগী (সৃষ্টি) লৈশেম্বগী মরুম্নি। 'প্রকর্ষেন করোতি ইতি প্রকৃতি' (য়াম্ন হৈ-শিংন পূম্নমক তৌব ঙস্ন অদু প্রকৃতিনি)।

মহর্ষি গৌতমগী ন্যায দর্শনগী মীংযেংদ (নিত্য জ্ঞান) ইচ্ছাপ্রয়ত্নবান) ঈশ্বরন জগৎ অসিগী নিমিত্ত কারণনি। অনু-পরমাণু (এটোম) ন জগৎ অসি শেম্নকপ উপাদান কারণনি হায়ব মত অসিন কনাদ্ মুনিন ইব বৈশেষিক দর্শনগীনি।

পতঞ্জলিগী যোগ দর্শনগী লম্বীদ য়েংলবস্ন বিষেষ পুরুষ (ঈশ্বর) মক্ন বিশ্ব অসিগী নিমিত্ত কারণ লৈশেম্বনি হায়ন লৌই। অদুগ জৈমিনি মিমাংসাগী সিদ্ধান্তদদি ধর্ম অমস্নং অধর্মন জগৎ সৃষ্টি ওইবনি। কর্মভন জগৎ অসি শেম্বনি।

পরাশরনন্দন্ বেদব্যাসকী বেদান্ত মতাবলম্বীশিংগী অয়েপ্প রাখলদি শুদ্ধ চৈতন্য ব্রহ্মগী মায়াদ তাবা মমি অদু ঈশ্বরনি

মায়া অত্থমক্ল শেমত্থন ব্রহ্মবু জগৎ অসিগুম্ন উবনি। জগৎকী মরুমদি মায়ানি হায়ন লৌই।

শঙ্গোমদগী শঙ্গোম অফম্ব ওইবকপগুম প্রকৃতিন জগৎ অসি ওইব্নকপনি হায়ন লৌব মত অসিবু পরিনামবাদ্ হায়ন খঙনৈ, কপিলগী সাঙ্খ্য পতঞ্জলিগী যোগ পরিনাম্‌বাদ্‌নি।

পরমানু ( এটোম ) দগী জগৎ অসি ওইবনি। এটোম্ন রোটেসন তৌত্থন, নিরূপ ( কল্পন্ ) তৌত্থন জগৎকী সৃষ্টি তৌবনি হায়ন লৌব মত অসিবু আরম্ভবাদ হায়ন কৌনৈ। কনাদগী বৈশেষিক, গৌতমগী ন্যায়দর্শনগী মত আরম্ভবাদনি।

থৌরিদ লিললনি খনবগুম, মায়ান মরম ওইত্থন ব্রহ্মদ জগৎ ভ্রম্ তৌবনি মায়ান সৃষ্টিগী মরম্নি হায়ব সিদ্ধান্ত অসিবু বিবর্ত্তবাদ হায়ন কৌই; ব্যাসকী বেদান্ত, বিবর্ত্তবাদনি।

কালবাদীশিংগী খিওবিদদি মতম্ন জগৎ শেম্বনি, মতম্ন ঈশ্বরনি, মতম্ন জগৎ অসি অমুক লৌশিনখিগনি। পুম্নমকী মরুদি কাল মতমনি।

ক্ষনিক অমদি বিজ্ঞানবাদ কৌব বৌদ্ধশিংগী রাখলদদি রাখলতন জগৎ শেম্বনি সংসার অসি স্বপ্নগী বিচারমাত্রনি। বিচারতন পোৎ পুম্নমকী মওং মতৌ ওইত্থন উরিবনি। অত্থগ সর্বশুন্যবাদী শিংগী রাখলদ পোৎ অমত্থং রাখল অনিমক লৈতে। পুম্নমক শুন্যনি।

নীহারিকাবাদ্‌ন অস্তুম্ন হায়—অহানবদ মপং ওইব পোৎ অমত্ত লৈরমদে পুমহাঙ হাঙব সৌরমন্দল অসিদ স্বপ্নগী

গ্যাস, মনিল্‌তন থম্ন লৈরম্মী। মনিল্‌ অসি য়াম্ন কল্লম্মী অমস্তুং অদুন আকাশ পুম্নমক থম্ন লৈরম্মী। মতম্ন অস্থুম অস্থুম হৌখিবগ লোয়নন গ্যাসশিং অদু মক্ম (সেন্টর) ১ অমদ পুনশীন্নরকখি। পোংশিং অদু মথন্‌-মথন্‌ কম্ন উংনচুন লৈনখি। উংবদগী পোংশিং অসি অস্থুম অস্থুম মঙশীন্দুন কনশীল্লকখি অমস্তুং কনবগ লোয়নন ঈংথব্রকপস্থু ওইরি। মখোয় অদু সৌরজগৎ অসিনি। অহানবদ মখোয় অসি মমিল্‌ ওইরম্মী মনিল্‌দগী মহী অস্থুম্ন ওসি নোংম-নোংমগী ঈংশীল্লকলি অমস্তুং কনশীল্লক্লি। মখোয়ন মসিমস্থু হায়'রি মচুদি চহী লিশিং কয়াগী মতুংদ ঈংবন পৃথিবি মীনচিংব জীব অমত লৈব য়ারোইদৌরি।

বৈজ্ঞানিকশিংগী মত্ত জগৎ অসি ইনর্জীগী মপেনি। উব্রিব পোং-চৈ পুম্নমক বিদ্যুত নোংথাংগী ঈথক ওাক্তনি। অমদি এটোমগী মপে ওাক্তান।

## বিকাশবাদীশিংগী মত মতুংইন্ন

প্রকৃতিগী ওইব পদার্থশিংগী হৌরকফম মরু ঈথরনি মচুদগী নিকুপ অমদি ঈথকশিংদগী নোংথাং, মঙাল, শব্দ, অমদি মৈশা পোক্লকই। মচুগী খোইদোক্ল কুপ্পব মরিকপু ইলেক্ট্রোন কৌই। অসিমক্ল থেংগায়নবদগী নোংথাং ইলেক্ট্রিক পোকপনি। মশিমক্ল শক্তিগী মওংদ অপোব শক্তমদ মেটম্ন কৌই। মেটরগী য়াম্ন পাথোকপ মনিলগী ফিভমবু গ্যাস কৌই। মহী ওইথোকপ ফিভমবু 'লিক ইড' অমদি কনশীল্লব ফিভম্মুন সোলিড কৌই।

ঈথরদগী পোক্লকপ পদার্থশিং অসি মপৈ ওইন পুনশীন্দুন চিংশিনব অমসুং চিংথোকপ আকর্ষন বিকর্ষনগী নিয়মদ চক্রগী মওংদ কোয়রৈ লৈদুন লৈরকই। মতম থম্বগী মতুংদ চক্রে অদু নুমিৎ ওইরকই। নুমিত্তু মৈশা অমসুং খোঙচৎন মমম ওইদুন উংদুন লৈ। মতোন্দগী শরুক থর তোঙানথিদুন গ্রহশিং ওইখি। মখোয় অহানবদ শাবম্মী মতুংদ তপ্ন-তপ্ন ঈংথরকখি। অদুদগী মনিল্, লৈচিন্, ঈশিং, সমুদ্র, লৈপাক, অমসুং জীব পোকখি। বনস্পতিশিং অমদি তিল কাঙ জন্তুশিংদগীসু হায় চেতন্তা পোকখি। মদুগী মশা অম ওইন কোষ্ঠ অমগু পাবব "অমীবা" ওইখি। অমীবা অসি অমুক্কী মতিক চাউখৎলক্রী মদুদি চান-থক্লবগী অয়াম-খোয়াং মায়োক্লব হৌরকখি। মখোয়গী মচাশিং অদু হকচাংগী হোৎনব কনব অমদি পুক্লীংগী অভ্যাসত হেন মপাঙ্গল কনবশিং অদুম পুন্সিগী লানকমদ লেমনহৌই। মদুদগী অমুক চাউখৎলকই অমসুং চিঞ্জাক্কীদমক্ত লাল লেপ্তুন চথরকই। মতিক চাবশিংন লেমহৌই। চাদব অশোনবশিং হাত্তোকখি। মসিদ লেমহৌব অমীবাশিংদু হায়গী অমীবাদগী খেন্নব মওং অমদ ওল্লকখি। মদুদসু মখোয়গী লাল লেপ্তুন চথরি। শিখিব হিংহৌব ফিভমগী মতুংইন্ন শওং-শাদা, মওং-মতৌ ওন-ওন্দুন লাকপন ঙা, হঙোই, লিন্, উচেক, যণ, ঈরোই, য়োং, মী-ময়াম অমসুং মীওইব ওইরকখি।

## বেদান্তগী মত্ত

যথোর্ণনাভিঃ সৃজতে গৃহ্ণতে চ।

মিয়াংগী মতোন্দগী পুথোক্লকপ লংন মহুম শাবগুম লং অচু মাম অমুক চিংশিনখিবগুম, ব্রহ্মন জগৎকী অভিন্ননিমিত্তোপদান কায়মী। মওদ মী অমগুন ময়াম পুম্নমক ওইবগুম ব্রহ্মতম পুম্নমক অসি ওইবনি।

ইহান হানবদ মৈহৌরোলগী মমাওদ অনিগুব লৈভব, অমত্ত ওইব ব্রহ্ম মথন্তু নিরঞ্জন্ নিরাকার ওইন লৈরম্মী। 'সদেব সোম্যেদমগ্র আসিদেকমেবাদ্বিতীয়ম' (ছা০ উপ০ ৬।২।১) সৃষ্টিগী ব্রহ্মাদ স্পন্দন্ (Vibration) লৈরম্মী, স্পন্দন্ অদুবু ব্রহ্মগী সঙ্কল্প (will) হায়ন কৌই। মহাক্ন নীংখি "একোহম বহু স্যাম" (অমত্ত ওইব ঐন ময়াম ওইগে)। "তদৈক্ষত বহুস্যাম প্রজায়েয়" (ছা০ উ০ ৬।২।৩) মহাক্ন ঈক্ষন সঙ্কল্প তৌখি। (ঐ অমত্তনি মথল মখা ময়াম ওইগে" "আত্মা বা ইদমেক্ মেবাগ্র আসিত স ঈক্ষত লোকান্নু সৃজৈ"। (ঐঃ উপ০ ১ ১।১) ("মহাক্ন খনখি লেপ্পমক ঐন জগৎকী সৃষ্টি তৌগে) তৈত্তিরিয়োপনিষদকী অনিগুব বল্লিগী তরেৎগুব অনুবাক্ত সৃষ্টিগী প্রকরণ লাকই মতুদ শেংন হায়রি। তদাত্মান স্বয়ম কুরুত" (ব্রহ্ম মথন্তন মশাম মশাবু জড় চেত্তানাত্মক জগৎকী মওংদ কোওদোকখি।

মৈ-ঈশিং, মুংশিংমচিংব পঞ্চভূত মওগী মমুংদ খ্বাইগী অহানব ব্রহ্মন আকাশ হায় শেমখি। তৈত্তিরিয় উপনিষদত

ঐখোয়ন কংগনি “তস্মাদ বা এতস্মাদত্মন আকাশ সম্ভূত” মকম পুম্নমক প্রসিদ্ধ শিম-থুংম লৈব পরমাত্ম অসিদগী আকাশ পোকখি। মরমদি আকাশ লৈতন কব্রিগুম্ব পোৎ অমত্ত লৈব য়াদে মথংদ ‘পরমাত্মাদগী প্রাণ’ (পোকই) ‘আত্মান এষ পানো জায়তে’ ( প্র০ উপ০ ৩।৩ ) প্রাণ আকাশত থবক তৌতুন স্পন্দন ( Vibration ) পোকই। স্পন্দন লৈব্রবদি অইন্‌ব অয়েঙব লৈয়ে, ইন্‌ব, লেঙব ( Motion ) হায়্রবসি নুংশিংকী শুণনি। মরম অসিন আকাশতগী নুংশিং থোকই। ( Motion ) দগী ( heat ) মৈশা পোকই। মরম অসিন নুংশিত্তগী মৈ পোকই heat, মৈশা পীরবদি ( মরিল্‌ ) ঈশিং পোকই ( অশাব মতমদ হকচাংদগী ছমাংনচিংব থোকইবসিন খুদম্নি ) মরম অসিন মৈদগী ঈশিং পোকই। ঈশিং লৈব্রবদি চিঙ্গাক লৈয়ে। পৃথিবীবু ‘অন্নম’ চিঙ্গাক কৌই। অসুম্ন ঈশিংদগী লৈপাক পোক্লকখি।

এ তস্মাজ্জায়তে প্রাণো মনঃ সর্বেন্দ্রিয়ানি চ খং বায়ু-জ্যোতিরাপ; পৃথিবী বিশ্বস্য ধারিনী’ ( মুঃ উঃ ১।১।৩ ) ( পরমেশ্বর অসিদগী প্রাণ, পুক্লীং ( অন্তকরণ ) ইন্দ্রি পুম্নমক আকাশ, নুংশিং, তেজ, ঈশিং অমস্তুং প্রাণী খিবীকপু ধারণ তৌরিবী পৃথিবী ; পুম্নমক অসি পোকই, অসুম্ন মথং-মথং ওইন সৃষ্টি তৌখি।

পঞ্চ তত্ত্বশিং অসিগী মনুংদ হেন্ন মচু কুপ্প ( Subtler ) ওইব তত্ত্ব অতুম হেন্ন মপাঙ্গল কনব অমস্তুং শক্তি লৈব

ওই। ঈশিংন লৈপাক্তগী হেন্নবা শক্তি লৈ অমসুং কল্লি। মরমদি ঈশিংন লৈপাক্তগী হেন্ন কুপশিল্লি অদুন ঈশিংন লৈপাকপু ফাওদুন চৎপ তুমহনব ঙম্মী। মৈন ঈশিংদগী শক্তি লৈব হেল্লি। মরমদি ঈশিংদগী মান কুপ্প ( Subtler ) ওইব হেল্লি। মরম অসিন মৈন ঈশিং পুম্নমকপুম্ন কংহল্লি। মৈদগী অমুক নুংশিংন শক্তি লৈব মপাঙ্গল্ কন্‌ব হেল্লি। মরমদি মান মৈদগী অমুক কুপশিল্লকপ হেল্লি। অদুগ নুংশিংন মৈবু মুংহল্লি অমসুং চাকহল্লি। পঞ্চ তত্ত্ব মখোয় মন্ডা অসিগী মনুংদ আকাশন খ্বাইদগী হেন্ন কুপ্পী, মান নুংশিত্তগীসু হেন্ন কুপ্পী অদুন মান ইহেন্ হেন্ন শক্তি লৈ। নুংশিংন আকাশতগী থোরকই আকাশত তুংখি।

বিশ্ব প্রলয়গী মতমদ মথং-মথং মাগী থোরকফম (Causes) দ হল্লিনখিগনি। পৃথিবীন ঈশিংদ তুমখিগনি। ঈশিংন মৈদ কংখিগনি। মৈন নুংশিত্ত মুংখিগনি, নুংশিংন আকাশত তিনখিগনি। আকাশন অমুক পুম্নমক্কী হৌরকফম ব্রহ্মদ তিনখিগনি।

ব্রহ্মদ পুম্নমক্কী বিলয় ওইগনি।

"অশেংব অফব বাথলন যায়কৈ পুম্নমক্তগী ঐখোয়দ চঙলকসনু।"

(ঋগ্বেদ, ১।৪৯।১)

ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ।

# ঐ কনানো ?

কোঽহম্ কথমিদম্ জাতম্ কো বৈ কর্তাস্য বিদ্যতে
উপাদানম্ কিমস্তীহ ?

( ঐ কনানো ; জগৎ অসি কমদোন ওইরকই ? মসিগী মপু কর্তা কনানো ? অমদি মসিগী উপাদান্ কারণ করিনো হায়বদি করি পোৎম শাবকপনো ? )

ঐ কনানো ? ব্রাহং অসিগী পাউখুম সমাধান্ তৌব অপঙবগ তাইমরিব তাইবঙদ অরায়ব নত্তে। অনাব মীন মশামক্ক লায়েংবগী থবক্ত চঙহুন হিদাক্লিচিংব চাব নত্তন হিদাক্কী মমিং অমস্থং লায়েংবগী নিয়ম খঙলগ অনাব ফব থক য়াদবগুম ঐ কনানো হায়বসি সাধনা তৌহুন মশামক্ক অনুভব্ ফংহুন খঙব নত্তন ব্রাহৈম পাউখুম পীরগ খঙব য়াব ওইদে, মরমদি অথুম্ব অমুক্তম্ব চাথ্রব মীদ চিনিগী মহাও ব্রাহৈম তাক্কুন খঙহন্‌ব ওইথোক্তে। "চিনি থুম্বনি" হায়বসি মান থকু খঙব ঙম্লোই। মমিং তাঙব মীদ মচু তাকপ য়াদবগুম অমস্তং মনা পঙ্‌ব মীশিংদ শব্দগী ফজব তাক্কুমস্থ খঙব ঙমদবগুম আত্মজ্ঞান্ লৈত্রব মীদ "ঐ ব্রহ্মনি হায়বসি তাক্লবদস্থ খঙব থকু ঙম্লোই। সূপ্লভগী ধ্যান্ ধারনা তৌহুন সাধনাগী পান্থৈম মশামক অপরোক্ষানুভূতি ( Direct knowledge ) লৈরব জ্ঞানীগী মফমদদি ব্রাহং অসি লেম থুংশাদ তুম্বগুম মথস্ত মাঙজখি। অদুগ সংসারিক অজ্ঞানীশিংগী

মফমদদি খোংবায় কল্প-কল্পগ শাংবগুম তাক্ল-তাক্লগ খঙদব হেনজল্লকই।

ময়ম অসিম কনাগুম্বন আত্মসাক্ষাৎকার ( Self realisation ) ওইব হায়বদি "ঐ" মশক খঙনীংলবদি আত্মা-অনাত্মা, বিবেক্-বিচারনচিংব "সাধন চতুষ্টয়" জ্ঞানগী সাধন্ মরি অসিবু হোৎনব ( Practice তৌব ) মতুন খক ওইথোক্কে। মসিদি অপরোক্ষানুভূতি ( Direct knowledge ) নি মন্নুংগী জ্ঞানি। মপানগী জ্ঞান পরোক্ষানুভূতি (Indirect knowledge) গুম্ অখঙবা অমন তাক্লগ খঙব য়াদে। পোৎলুম পুনগী অরাব অতুদি কনাগুম্ব অমন শিনবিরগ অরাব অদু কোকপ য়াই, অদুগ অয়াম-খৌরাংবগী অরাবদি অতোপ্পন চাবগ খক কোকপ য়াদে অমস্তুং ঐগী ইগুম্ত পৈশা পীবগ অতোপ্প মীবু লাইরিক তমহল্লগ ঐন খক্ হৈব য়াদে। মতৌ অসিগুম্ অখঙব জ্ঞানী অমন তাক্লগ ঐন খক্ "ঐ" কনানো খঙব ঙমদে। ঐখোয়ন অহানবদ 'নিত্যানিত্যবস্তু বিবেক অয়েপ্প মাঙদব সত্য ওইব পোৎন করিনো অদুগ মাঙগদব অনিত্য ওইব পোৎন করিনো খঙননব জ্ঞানচক্ষু ( Intuitional eye ) হায় য়াকাই-হুনগদবনি, মসি যোগগী পান্থেতন ওম্মী। 'নান্যাপন্থ' অতোপ্প লম্বী অমত লৈতে। পুম্নমক যোগ তৌরগত "ঐ" খঙব ঙমগনি। ময়ম অসি লৈবন ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণন গীতাদ হায়রি "তস্মাৎ যোগী ভবার্জ্জুন" "হে অর্জ্জুন্ ময়ম্ অসিন যোগী অমা ওইয়ু।"

"অরাপ্পদ লৈব মুমিৎ-থাবুদি মীওইবন মশক খঙনব হোৎনরি। মীওইবন অনকপদ লৈব মশাবুদি মশান খঙনব হোৎনদে।

(মহাত্মা গান্ধী)

গুরুদেব স্বামী শিবানন্দন দিব্য জীবন্ ওইব পাম্লিব সাধক পুম্নমক্ত অকন্‌ব উপদেশ তৌই :—

' 'Enquire who am I, know thyself and be free."

"ঐ কনানো হায়বসি থিজিল্লু। নশাবু খঙউ অমস্তুং নমীং তমখো।"

## ঐ মিং অসি নত্তে

ঐখোয়ন মুন্ন বিচার তৌহুন নির্নয় তৌরবদি "ঐ" মিং অসি নত্তে হায়ব অরেপ্প ৱা অসি খঙব ঙমগনি হৌজিক ঐবু মীশিংন নিংথেমজাও হায়ন কৌনবিরি। অহুবু ঐন য়াম্ন অঙাং ওইহুন পীক্লিঙৈদদি মসিগী মিং নিংথেমজাও হায়বসি লৈরমদে। অহু ওইরবস্থ ঐদি লৈরমই। ইমুং মনুংগী মীশিংন কোস্থংদ নামকরণ তৌহুন মিং থোনখিবনি। মখোয়ন মতম অহুদ নিংথেমজাও হায়ন থোন্দহুন থানিজ্ঞাও হায়ন থোল্লম্নবদি ঐ থানিজ্ঞাও হায়ন কৌনরমগনি অমস্তুং ঐনস্থ থানিজ্ঞাওনি খঞ্জরমগদবনি। 'ঐ পোক্ত্রিঙৈগী মমাঙদ নিংথেমজাও ওইরমদে অহুগ হুকচাংন মাঙখ্রব শিরব মতুংদস্থ নিংথেমজাও লৈররোইদৌরি। মসিদি সূপ্নগী কৈরোই-লৈকাইন খঙননব থোঞ্জিনব সাংকেতিকু নামনি। করিগুম্ব ঐন মিং অসি ওইরম্নবদি মিং থোন্দ্রিঙৈগী

মমাঙদ ঐ লৈরম্নোইদবনি। অসিগুম্ব শেমজন-থোজন্দুনা ওন্নীংব মওংদ ওনব য়াব, অহঙ্কার নাপলগী পাত্র ওইব; পূম্নমক্ক ঐনি হায়ন চাওথোক্লিরিব মিং অসিবু বিবেকবান্ পুরুষশিংন "ঐ মিং অসি নত্তে" খঙতুন মিংদ থাগৎপ চৈবনাচিংব মতমদ কর্মিগুম্বদস্ত শাউব-হৱাওব, রাব-মুঙাইব খক্ তৌদে।

মি'দ নিন্দা তৌবদ অমদি চৈবদ হৱাওরিব মুঙাইতব ওইরিব থাগৎপ অমদি লৈশি-লৈথোনবদ হবাও-মুঙাইরিব মহাক অদু 'সমযোগ' লৈত্রিব অমম্মুং ভ্রমগী মন্নুংদ লৈরিবনি। মিং অদু মহাক নত্রবস্নু মিং ওইদুন লৈ। কনাগুম্বন রহস্য অসিবু খঙলবদি মঙোন্দ ভ্রম অসিগী মনম্ ফাওব লৈতে।

ম'সি অওইবনি মতুদি নিংথেমজাও হায়বসি ঐগী মিংনি, ঐদি নিংথেমজাও অসি নত্তে। মসিদগী তশেংন খঙব য়ারে ঐ মিং অসি নত্তে॥

## ঐ হক্চাং অসি নত্তে।

অহং বিকারহীনস্তু দেহো নিত্যং বিকারবান্।
ইতি প্রতীয়তে সাক্ষাত কথং সান্দেহক পুমান্।

( ঐদি মশক মওং হোংব লৈতব বিকাররহিতনি অদুগ দেহ্দি মতম পুম্নমক্ক বিকারবাননি মসিদগী তশেংনমক খঙলবনি অদুগবু হকচাং অসিন করম্ন ঐ ওইগদৌরিবনো? ( অপরোক্ষানুভূতি ৩৩ )

হকচাং অসিসু ঐ নত্তে। মরমদি হকচাং অসিদি মৈ-ঈশিং, মুংশিংনচিংব ভুতকী মপৈ জড়নি, অদুগ ঐদি মসিদগী তোঙানব চেতননি। হকচাং অসিদি পোকপ অঙাং ওইব চাউখৎপ ময়েং তাবনচিংব মাঙ-নাইব অওনব ধর্ম পুরি অদুগ ঐদি অওনব অহোংব অমত্তস্থ য়াওদব অরেপ্পনি। অঙাং ওইরিঙৈদ দেহে অসি মশক অম ওইরম্মী, পাখঙ ওইরবা মতমদ অতোপ্প অম ওই অদুগ অহল ওইরকুব মতমদ অতোপ্প শক্লম অম অমুক ওই। অদুগ ঐদি ফিভম পূম্নমক্ত অখঙব অয়েংব সাক্ষি ওইনা ওন্দনা হোংদম ঐ হায়ন ঐ অদুম ওইদুনা লৈ। মশক মওংগী ওইব হকচাং অসিদি পোক্লিক্রৈঙগী মমাঙদ লৈরমদে মরম অদুন শিরব মতুংদস্থ লৈরোইদোরি মরমদি লৈতব পোংকী অরৈব লৈতে। অদুগ ঐদি পোক্লিক্রৈঙগী মমাঙদস্থ লৈরম্মী মরমদি ঐখোয়না হকচাং অসিদ ঐ হায়ব অম লৈ হায়ব অসিদি চিংননীংঙাই করি অমত্ত য়াওদনা অনুভব তৌনরি। 'ঐ' লৈতে হায়বসি কনানস্থ য়ারোই। অরৈব হায়ব অসি গুক্লে লৈতবদগী খক ওইরকপ য়াদে। হকচাংনা শিরব মতুংদস্থ ঐদি লৈখিগনি মরমদি অরৈব পোংন লৈতব ওনখিব য়ারোই। 'হে অর্জ্জুন! ঐ অসি করিগুম্ব মতমদ খক লৈরমদ্রিব নত্তে অদুগ নঙস্থ নিংথৌশিং অসিসু অদুগ অসিগী মতুংদ ঐখোয় পূম্নমক অমুক লৈরোইদবস্থ নত্তে' (গীতা ২ গী ১২) ঐখোয়ন ঐখোয়গী হকচাংদ ফুরিং লিংলি, ফুরিং অদু হকচাং অসিগীদমক্কি।

অতুগ হকচাং অসি ফুরিং অত্ নত্তে। মতৌ অসিগুম্ হকচাং অসি "ঐ" হায়রিবসিগী ফু'বিংনি। হকচাং অসি ঐ নত্তে। মরম অসিন ঐখোয়ন, প্রত্যক্ষ ওইন খঙব ঙম্লে হকচাং অসি ঐগীনি অতুগ ঐদি নত্তে। ফুরিংক হকচাংগ মরি লৈনদে অতুবু অপঙব অঙাংশিংদি ফুরিংত আসক্তি লৈখিব মরম্ কনাগুম্বন মফি ফুরিং শেগাযবদ মশাদ ফূব চৈবমক্লুম রায অমস্তুং কপ্পী। মতৌ অসুম্ বিবেক্ বিচার লৈত্রিব মীশিংন হকচাংদ য়াম্ আসক্ত লৈখিতুন ভ্রম্ মরম ওইতুন হকচাং অসি ঐনি হায়ন অভিমান্ তৌই অমস্তুং হকচাং অসিগী মান-অপমান, অরা-নুংঙাইদ মশামক অরা-নুঙাই ফংনরি। আকাশক অশংবগ মরি করি অমত লৈনদে অতুবু আকাশ অসি অশংবগুম্ উই। অতুগুম্ ঐগ হকচাংগ মরি কবি অমত্ত লৈনদে অতুবু অজ্ঞানী-শিংনা 'ঐ, অসি হকচাংগুম্ উই। তশেংবদি 'নাহং দেহো' হকচাং অসি ঐ নত্তে। 'নাহম্ ইদম্ শরীরম' ঐ হকচাং অসি নত্তে।

## ইন্দ্রিশিং অসি 'ঐ' নত্তে।

ইন্দ্রিশিং অসিসু ঐ নত্তে। ইন্দ্রি মখল ১০ নি। মিং, নাকোং, লৈযেং, নাতোন অমসুং উনশা জ্ঞান্ ইন্দ্রি ৫ অতুগ খোঙ, খুং, চিন, ঈশিংথোঙ অমসুং অমাংথোঙ কর্ম ইন্দ্রি ৫ গ পুন্ন তরানি। খুং নত্রগ খোঙনচিংব অঙ্গশিং ককথংলব নত্রগ মা-পঙলব নত্রগ মিং তাঙলবদসু ঐদি হায়গী মতৌগুম্ অতুম

লৈরি। মিং তাঙব, মনা পঙব, মখোঙ তেকপ, মখুং তেকপ কয়া কয়া ঐখোয়ন অগৎত প্রত্যক্ষ ওইমা হিংচুন লৈব উনরি। করিগুম্ব ঐন ইন্দ্রিশিং অসি ওইরম্লবদি খোঙ-খুংনচিংব ইন্দ্রিশিংন মাঙব নত্রগ তেক্কুন লৈখিদবদ ঐস্নু শোয়দন মাঙখিরমগদবনি।

ঐখোয়ন লাইরিক ইননব ঐগী কলম হায়নৈ। কলম অসি ঐগীদি ওই, অদুগ কলম অসিদি ঐ নত্তে। অসিগুম্ন ঐখোয়ন ঐগী মিং, ঐগী নাকোং, ঐগী নাতোন্, ঐগী খুং অমস্নুং ঐগী খোঙ অসিনচিংব হায়রি। মসিগী অর্থদি মিং অসি ঐগীনি, মিং অসি ঐ নত্তে, নাকোং অসি ঐগীনি, নাকোং অসি ঐ নত্তে। খোঙ অসিদি ঐগীনি অদুগ ঐদি খোঙ অসি নত্তে। অসিনচিংব।

মরুম অসিন খন্নিক্তুং বিচার তৌবদ ঐখোয়ন তশেংন খঙলে ইন্দ্রিশিং অসিগী মপু ঐ ওইরবস্নু ইন্দ্রিশিং অসি ঐ নত্তে। থোইদোক্ন ঐদি ইন্দ্রিশিংগী দ্রষ্টা (মখোয়ন তৌব পূম্নমক অখঙব-অউব ওইব) অমস্নুং জ্ঞাতানি।

## ঐ পূক্নীং অসি নত্তে।

মতৌ অসিগুম্ন পূক্নীং অসিস্নু ঐ নত্তে। পূক্নীং অসিবু ৬ শুব জ্ঞান ইন্দ্রিগী মনুংদস্নু লৌংথানৈ। মীওইবগী অরা-অনা পূম্নমক মাতন ওইবনি। মা য়াওদ্রবদি অরা-অনা লৈতে। করিগুম্ব বিষয় অমদ পূক্নীং চঙদুন লৈরিঙৈদ হকচাং অসিদ কাক্কৈ নত্রগ কাঙনচিংব চীকপগী অনাব ফাওদে। মা লৈরবদি

হেক্ত ফাওই। ঐখোয়গী হকচাং অসিদ করিগুম্ব অমন শোকপদ ঐখোয়ন অমাব ফাওই মসি পুক্নীংননি, হকচাং অসিনস্থু নত্তে মরমদি হকচাং অসিদি মৈ ঈশিংমচিংব পঞ্চভূতন শেম্ব জড় হায়বদি অচেতন পদার্থনি, লৈপাক্ত. ঈশিংদ. মৈদ, নুংশিংত, আকাশত থাগুন য়ানব নাব হৌমদে। অদুদি আত্মানরা? আত্মানস্থু নত্তে মরমদি আত্মাদি খুৎলাইন ককপ য়াদব, মৈন চাক্তব, ঈশিংনস্থু চোক্তব, নুংশিংন কংহনব ঙমদব অমরনি, মাঙদ-শিদবনি। মরম অসিন অরাব-অনাব পূম্নমক পুক্নীংমনি. খুদমদি ক্লোরোফোর্ম থাম্নগ ওপরেসন্ তৌব মতমদ অনাব অমত্ত ফাওদে, মরমদি মতম অদুদ পুক্নীং লৈতে। মসিদগী খঙলে অরা-অনা পূম্নমক পুক্নীংতদ লৈবনি অদুগ ঐদি অরা-অনান থক চঙব ঙমদব মতম পূম্নমক্ত আনন্দস্বরূপনি।

সুষুপ্তি অবস্থাদ লৈব মতমদ হায়বদি মঙ মঙদন তুমখুন্ হন্থহন তুম্ব (Sound sleep) কী মতমদ পুক্নীং লৈত্তে তৌইগুম্বস্থং মতম অদুদস্থু ঐদি খঙহনত লৈ, করিগুম্ব পুক্নীংন ঐ ওইরম্লবদি পুক্নীংন মাঙবদ (লৈতবদ) ঐস্থু লৈরম্লোইদবনি অদুগ ঐদি পুক্নীং য়াওদব মতম অদুদস্থু লৈ। খুদমদি মিকপ থোরক্লব মতমদ 'ঐ জ্ঞান্ তাদব মখৈ য়াম্ন নুঙাইন তুম্মুম্নে' হায়বসি খঙই। পুক্নীং য়াওত্রবস্থু শুকখঙ খঙদন তুম্ব অদু ঐদি খঙলম্লি। রাম্বব অমদি ক্লোরোফোর্ম থাবনচিংব মতমদস্থু পুক্নীং অসি লৈত্তে অদুবু ঐদি লৈরি হায়বসি পূম্নমক্ত খঙদে। পুক্নীংদি বীকায়নি মওং হোংদোক-হোংজিন লেপ্তুম

তৌদুনা লৈবনি মা য়াওদনা হকচাং অমত্তুং ইন্দ্রিয়শিংনা নীংথিনা থবক অমত্তা তৌব ঙমদে। পুক্নীংদি মতম অমদা থবক অমদগী হেন্না তৌবা ঙমদে। ( Mind can do only one thing at a time ) পুক্নীং অসি অরেপ্পা লৈতবা চঞ্চলতা ওইবা অমসুং অহোংবা মহৌশানি অদুগা ঐদি লেঙদবা অরেপ্পা ওইবা স্থির অমসুং অচপনি।

## ঐ বুদ্ধি অসি নত্তে।

মতৌ অসিগুমদুনা বুদ্ধি অসিসু ঐ নত্তে। বুদ্ধিসু পুক্নীংগী বিকার অমনি। মাগী বৃত্তিশিংগী মতুং ইন্না পুক্নীংগী মমিং মরি লৈ, সংকল্প, বিকল্প, হায়বদি থবক অদু তৌনীংই তৌনীদে হায়না নীংবা মতমদা 'পুক্নীং', তৌগদবনি তৌরোইদবনি, তশিনি হায়না খন্দুনা লেপ্পা মতমদা 'বুদ্ধি' 'অহং, অহং, ঐ, ঐ' হায়না অভিমানগী ভাবনা লৈবা 'অহংকার' অমসুং মশাগী চিন্তন তৌবা মতমদা 'চিত্ত' হায়না কৌই। পুক্নীংগী শক্তম মরি অসিবু অন্তকরণ চতুষ্টয় 'হায়না কৌই বুদ্ধিসু মসিগী মন্নবদা অমনি। পুক্নীংগুম্না বুদ্ধিসু ঐ ওইবা থকু য়াবোই মরমদি বুদ্ধিগীসু ক্ষয় মরেংতাবা-হন্থবা অমসুং বুদ্ধি চাউখৎপা স্বভাব লৈ। ঐদি ক্ষয় অমসুং বুদ্ধিদগী পুংতোপ তোপ্পনি। বুদ্ধিগীসু অফ-ফত্তবা অশেংবা অমোংপ, তপথবা তপথদবা অসিনচিংবা বিকার লৈ। অদুগা ঐদি বিকার অমত্তা লৈতবা অদুগা খিন্ডভঙ্গশিং অসিবু অথেবা অউবা ওইনা লৈ। ঐখোয়না হায়রিবা 'মতম অদুদা ঐগী বুদ্ধি য়াম্না ফংলমদে হৌজিক্কি থর ফরে'। বুদ্ধিনা হৌজিক করি বিচার তৌরি। করি নির্ণয় তৌরি। করি লেপ্লী পুম্নমক ঐদি থঙদুনা লৈ। বুদ্ধিদি দৃঢ়নি

ঐদি মতুগী ত্রুষ্টানি মরম অসিনি বুদ্ধিদগী ঐনি তৌঙাল্লি হায়রসি খঙলে ঐ বুদ্ধি অসি নত্তে। বুদ্ধিদি বিদ্যাগী অধিকারীনি।

## প্রাণ অসিসু ঐ নত্তে।

মাগী মশক মওং শিনকর্ম খেন্নব হায়রদি বিকারগী মতুং ইন্ন সনমান তৌরগুম অমত্ত ওইব প্রাণ বৃত্তিভেদগী মতুংইন্ন প্রাণ, অপান, উদান্, ব্যান অমসুং সমান্, থবায়গী মমিং মঙানি। কনাগুম্বগী মত্ত ধনঞ্জয়নচিংব ৫ অমগ থারগ ১০ নি হায়রনৈ। থবাম অসিসু ঐ নত্তে মরমদি মসিসু মুংশিংকী বিকারনি প্রাণ অসি-চেতনারৈব পোং অম নত্তে, মুংশিংকী মতৌগুম্নমক মসুংদ ম্রপান্দ চংথোক চংশিন তৌই অমসুং মতম পুম্নমক্ত অতোপ্পগী মথাপোনব পণতন্ত্রনি। মতম পুম্নমক্ত পুন্যস্বতন্ত্র ওইব 'ঐ' নি, মরম অসিন কৈদৌঙৈদসু প্রাণ ঐ থক ওইব য়ারোই।

## কো অহম্—ঐ কনানো?

ঐ হোঙব-চাওবনচিংব খোঙম্নীরদ খোঙ্জিনব মাব নাম্ (মিং) অসি নত্তে। মশক মওংগী ওইব মতম পুম্নমক্ত ওন্দুব লৈরিব, পোক্ত্রিলৈঙগী মমাঙদ লৈরমদব, শিরব মতুংদসু লৈর-য়োইদৌরিব অপোব হকচাং (স্থূল শরীর) অসিসু নত্তে। তত্ত্ব কুনমরিন শেম্ব, মঙগী মতমদ কোঙদোক্তুন শামরিব অকুপ্প হকচাং (সূক্ষ্ম নত্রগ লিঙ্গ শরীর)সু নত্তে। অহুম গুণ অহংমদগী

ওইব সুষুপ্তি অবস্থাতদ কোঙদোকপ আত্মাগী কারণ শরীর ( causal body ) অসিস্নু ঐ নত্তে। মরম অসিন হকচাং অহুম্মক ঐ নত্তে।

মন, বুদ্ধি, অহংকার, চিত্ত পুক্লীংগী শক্তম মরি চার অন্ত-করণস্নু ঐ নত্তে। প্রাণ, অপান, উদান, ব্যান্ অমস্নুং সমান্ প্রাণ (থবায়) মঙামকস্নু ঐ নত্তে। অদুগ অন্নময় কোষ, (চিঙ্জাকী কুয়োম) প্রাণময় কোষ (প্রাণগী, থবায়গী) কুয়োম, মনময় কোষ (পুক্লীংগী কুয়োম) বিজ্ঞানময় কোষ (জ্ঞান ইন্দ্রি ৫ গী কুয়োম) অমস্নুং আনন্দময় কোষ (আত্মাগী প্রতিবিম্বগী কুয়োম) কুয়োম ৫ মক্ অসিস্নু অমত্ত ঐ নত্তে। অদু ওইরবদি ঐ কনানো ?

পূম্নমক অসি ঐ নত্রবদি, ওইরিব ঐদু কনানো? করি-পোংনো ঐবু কয়স্ব? কদায়দগী কদায়দ লাকপনো? কৈদৌনব থারকপনো কনাদ? কো অহম্? ঐ কনানো?

## ঐগী ভাব খুৎলো

আত্মা হায়ব বাহৈ অসিন ঐ হায়ব অর্থবুস্নু খঙবৈ। ঈশা খঙনব ( অহংপদ বাচ্য ) আত্মা ঐ কনানো করিনো?

মসিদ বুদ্ধি পোৗব মীশিংন শ্রুতিগী আত্মাবৈ জায়তে পুত্রঃ (ঐ ঈশান ইচা ওইন পোকই) হায়ব প্রমাণ অসি পীদুন ঐগী হকচাংমক্নুম ইচামক আত্মা ঐনি লৌই।

চার্বাকশিংন হায়, মৈপোক লালহৌ-চিংব খুদোংথীব তারক্লবদ মচাবচিংব হুন্দোক্লম্ব কাওবদ মশাবুদি কম্নব হোংলৈ, পূম্নমক্তগী মশান হেম্ন মুংশি। 'ঐ যাঙ কংই' ঐ নোম্ব হায়রব মসিন হকচাংবু ঐ আত্মানি তাকপনি। হকচাং অসি ঐ হায়রবদি আত্মানি।

লোকায়ত কৌব চার্বাকী মতনি:— মিৎ-নাকোংনচিংব ইন্দ্রিশিং অসি আত্মানি। ইন্দ্রিশিংন থবক তৌরবন্তদ হকচাংম চংপনচিংব থবক তৌজবনি। ইন্দ্রিশি ন মিৎ তাঙব, না-পঙব-নচিংব মথৌ হেক লেপ্পদ ঐ না-পঙলে, ঐ মিৎ তাংলে হায়নৈ মরম অসিন ঐ হাযব আত্মা অহু ইন্দ্রিশিংবুমি।

প্রাণাত্মাবাদী চার্বাক কাঙবুন হায়—হকচাং অমস্তুং ইন্দ্রিশিং অসিন আত্মা থক ওইব নত্তে, থোইদোক্ল মসিদগী তোঙানব পোৎ অমম্নি। প্রাণ হায়ব অসিমক্ল অন্তর আত্মানি। মরমদি প্রাণ লৈত্রবদ হকচাং অমস্তুং ইন্দ্রিশিং অসি করিগুম্ব থবক অমত্তুস্থ তৌব ঙমদে। মরম অসিন অনোাহন্তরাত্মা প্রাণময়ঃ মতুদগী তোঙানব অন্তরাত্মাদি প্রাণগী মশক্তি হায়ব শ্রুতি অসি উত্তুন মখোয়ম হায়, ঐ লাম্নে, ঐ খোবাংলে খঙমন্নিব অসিন ঐ আত্মা হায়বহু প্রাণ থরায়বুনি খঙনগদবনি।

পূক্লীংবু ঐনি লৌব মনাত্মাবাদি চার্বাক কাঙবুন হায়—হেক খঙলিব পূম্নমক প্রাম্নচিংবগ লোয়নন পূক্লীং য়াওদব শুকয়া য়াদে। পূক্লীংন তূমথ্রবদ বুদ্ধি অমস্তুং ইন্দ্রিশিংন করিস্থ তৌজব ঙমদে, অসিদ নত্তন, "ঐন তোগে নীংই ঐ তৌরোই

নীংই অসিনচিংব অনুভবন খণ্ডব ভম্মী। পূক্রীং অসি ঐ হায়বহুনি অন্যোঽহন্তর আত্মা মনোময়:” শ্রুতিগী প্রমাণ অসি পীহুন পূক্রীং অসিমক আত্মানি হায়ন লোই।

যোগাচার মত চংপ বিজ্ঞানবাদী বৌদ্ধশিংন অমুক হায়— বুদ্ধিন আত্মানি (ঐনি), পৃক্রীং অমদি ইন্দ্রিশিংন (কারণ। খুংলায়নি। খোবু লৈত্রবদ খুংলায়শিং খক্তুন থবক পাণ্ডথোকপগী শক্তি লৈতে। মসিদ নত্তম ঐ অভৌবমি, ঐ অচাব (ভোক্তা) মি। অনুভব অসিম্নু খণ্ডনরি। মসিদ ঐখোয়ন খণ্ডই থবক তৌবিব অমস্নুং মহুগী মতুংইম মহৈ চারীব অহু হকচাং অমস্নুং ইন্দ্রি-শিংদগী তোঙানব ‘পাং ঋমনি ; মহু বুদ্ধি অসিনি। রাক্ষম অসিদ বেদগী প্রমাণ অন্যোঽহন্তর আত্মা: বিজ্ঞানময়: অসি পীহুন “ঐ আত্মাবু” বুদ্ধিনি হায়ন লোই।

প্রভাকর মত চংপ মীমাংসকশিংন হায়— বুদ্ধিনচিংব জ্ঞান অরা-মুঙাইমচিংব পাম্ব ঙকয়াও য়াওদব অজ্ঞান্ (অখণ্ডবদগী তোপ্প আত্মা) দ লুপশিমখি অমদি পৃম্নমক ঐ অজ্ঞানীনি খণ্ডদবনি অসিমচিংব অমুভবম্নু লৈম্মি, মরম অসিন অজ্ঞান (খণ্ডদব) হায়বহু আত্মানি ঐমি। কুমারিভট্টগী মত ইনব মীমাংসকশিংন অমুক হায়রি—

অজ্ঞাপনোহিত চৈতন্য (খণ্ডদবন য়োমশিনব অখণ্ডব) অহু আত্মানি ময়মদি তূম্বগী কিভমদ পূক্রীং অমদি ইন্দ্রিশিং পূংলেপ লেপত্রব অমস্নুং য়াওত্রব মতম অহুদ মশাদগী পোক্লকূপ জ্ঞান্ ‘সুখমহমস্বাপ্সম্’ ঐ মুংঙাইন তূম্মী, ঐ করি অমত্ত খণ্ডদে”

হায়রবসি খঙন্দব ঙমদে। তৌইগুম্বসুং মসি তুম্ব হৌগৎলক্লগ খঙই। মরম অসিন কনাগুম্ব অম য়াওদনদি অজ্ঞান-সম্বলিত চৈতন্য ) খঙদবন কূপশিনব (জ্ঞান) অখঙব অহু আত্মানি।

মাধ্যমিক মতাবলম্বী বৌদ্ধশিংন হায়— অসদেবেদমগ্র আসীত্ হায়বদি মশক মওংগী জগৎ অসিগী লৈশেম্বগী মমাঙদ শূন্য অহাওব ওইরম্মী অমদি তুম্ব স্বযুপ্তিদসু অগাঙব শূন্য খক্ত কংই মরম অসিন পূম্নমক লৈতব শূন্য সর্বাভাবরূপ শূন্যমক আত্মা ঐনি। করিগুম্ব দ্রব্য ( হায়বদি মশক মখিং নাইব পোৎ ) অমত্ত নস্তে, অস্নুম্ন লৌই।

## মহাবাক্য বিবেক

মহাবাক্য হায়বসি বেদগী থূপ্লব মম্নুংগী সিদ্ধান্তশিংবু তাক্লিব, অর্থ পূম্নমক্কী চিংথোরকক্ষম সূত্র, লংলা-লংজিম্নি। সূত্রশিং অসিন এগী অশেংব শক্তম, আত্মা অমসুং পরমাত্মা অনিগী মরক্ত লৈনরিব সম্বন্ধগী মরমদ অথূপ্প অর্থশিং অহু ফোঙদোক্ল খঙহল্লি। মখোয়গী অর্থ খঙবদি ইরাই লায়ব থবক অম ওইদে। মরম অসিন আত্মাসাক্ষাৎকার ওইরব গুরুশিংন মহাক্কী শিষ্যশিংদ মসিগী অর্থ ফজন তাক্তুন খঙহনৈ। মুনিশিং অমদি সাধকশিংন সূত্রশিং ( aphorism ) অসিবু মীংথিন কুপ্প থন্দুন নৈনৈ। ঋগ, যজু, সাম অমম্নুং অথর্ব বেদ মরি অসিগী মচি ওইব, ঙম্লিব মথৈ পীকশিল্লব মহাবাক্য অমমম লৈ। লংজিন ফংলবদি লংচাক্কী লং চিংথোকপ ঙম্বগুম,

বেদান্তাশিংন লংজিন, মহাবাক্য সূত্র অসিদগী পুমমক খণ্ডব মপূং ফাব জ্ঞানবু চিংথোকপ ওম্মী। পুম মহাবাক্য মরিনি মসিম 'ঐ কনানো' রাহং অসিগী পাউখুম পীরি।

নিচলদাস স্বামীন মাগী "বিচার সাগরদ" মহাবাক্য শ্লোক নিপান্দ অম্সুম পীরি :—

**প্রজ্ঞানং ব্রহ্ম**

যেনেক্ষতে শৃণোতীদং জিঘ্রতি ব্যাকরোতি চ।
স্বাদস্বাদু বিজানাতি তৎপ্রজ্ঞান মুদীরিতম্ ॥ ১।
চতুর্মুখেন্দ্রদেবেষু মনুষ্যাশ্বগবাদিষু।
চৈতন্যমেক ব্রহ্মাতঃ প্রজ্ঞানং ব্রহ্ম ময্যপি ॥ ২ ।

জগৎ অসিদ উরুম-তারম্লিব, মনম্ মম্লিব, রা ওাওলম্লিব অমসুং অহাও-হাওতবু খঙলিব অদুগুম্ব 'খঙব'! consciousness অদুবু প্রজ্ঞান" হায়ন কৌই।

ব্রহ্মা, ইন্দ্রনচিংব লাইশিংদ মীওইব, শগোল যণ-দম্ব অমত্ত ওইব "প্রজ্ঞা" অখণ্ড-শক্তিন শিন্দোক-শন্দোক্লন লৈরি, মরম অসিন প্রজ্ঞান ব্রহ্ম অদুমক ঐঙোন্দম্ব লৈরবনি।

**অহং ব্রহ্মাস্মি**

পরিপূর্ণ পরমাত্মাঽস্মিন্দেহে বিদ্যাধিকারিণি।
বুদ্ধেঃ সাক্ষিতয়াস্থিত্বা স্ফুরন্নহমিতীর্য্যতে ॥ ৩।
স্বতঃ পূর্ণ পরমাত্মাঽত্র ব্রহ্ম শব্দেন বর্ণিত।
অস্মীত্যৈক্য পরামর্শস্তেন ব্রহ্ম ভবাম্যহম্ ॥ ৪।

হকচাং অসিগী মনুংদ বিদ্যাবু ফংব ডম্ব অধিকার ওইন লৈব্রিব বুদ্ধি হায়ৰসিগী মথক্ত অয়েংব অখণ্ডব সাক্ষি ওইন ডান্দুন লৈবিব মপুং ফারব পরমাত্মা অদুবু "অহং ঐ" হায়ন হায়নৈ।

মশান মপুং ফাজবব পরমাত্মাবু মসিদ ব্রহ্ম ৱাহৈন বর্ণন্ তৌৱিব মদুমকপু 'অস্মীত্যকা' ঐ ওই হায়ব ৱাহৈ অসিন ব্রহ্মগ ঐগ অমত্তনি হায়বসি খণ্ডহল্লি। মরম অসিন ঐ ব্রহ্মনি (ব্রহ্ম ভবাম্যহম্)।

## তৎ ত্বম অসি

একমেবাদ্বিতীয় সন্নামরূপবিবর্জিতম্ ।
সৃষ্টি পুৰাহধুনাপ্যস্য তাদৃক্ত্বং তদিতীর্যতে ।৫।
শ্রোতুর্দেহেন্দ্রিয়াতীত বস্ত্বত্র ত্বংপদেরিতম্।
একতা গ্রাহ্যতেহসীতি তদৈক্যমনুভূয়তাম্ ॥ ৬।

মশক মমিং য়াওদব, মথন্ত ডায়ব, মাপী অনিগুব অম লৈতব সংসার পূম্ব লৈশেম্‌স্রিৰৈডদগী লৈরম্ব অদুম্মক ডসিন্দু লৈব্রিব মদুবু "তৎ-মদু" হায়ব ৱাহৈন তাকই। হকচাংগী মনুংদ মাকোংমচিংব ইন্দ্রিশিংগী ৱাংমদ সাক্ষি ওইন লৈব্রিব পোং অদুবু "ত্বং-নং" হায়ব (সর্বনাম Pronoun) অসিন খণ্ডনৈ। "অসি=নি, ওই"। "তৎ ত্বম্ অসি" হায়দুন "মদুগ নঙগ অমত্তনি" খণ্ডহল্লি। মরম অসিন অনিগী অমত্ত ওইববু অনুভব্ (experience) তৌগদবনি।

## অয়মাত্মা ব্রহ্ম

স্বপ্রকাশ পরোক্ষত্বময়মিত্যুক্তিতো মতম্ ।

অহংকারাদিদেহান্তাৎ প্রত্যগাত্মেতি গীয়তে ॥ ৭ ॥

দৃশ্যমানস্য সর্বস্য জগতস্তত্ত্বমীয়তে ।

ব্রহ্ম শব্দেন তদব্রহ্ম স্বপ্রকাশাত্মরূপকম্ ॥ ৮॥

মশাগী মঙান্তবু উজরিব অহুবু অয়ম্ (অসি, মসি) হায়ন তাকই। অহংকারনচিংব হকচাংগী য়াংমদ, জীব পুম্বদ চঙহন্‌-ভানহল্লিব প্রত্যগাত্মাবু "অয়ম্" হায়ন খঙনৈ।

হেক উরি-তারিব জগৎ পুম্বগী ( তুংনকম্, হৌয়কুকম্, থৃংপচিনকম্ ) তত্ত্ব অহুবু ব্রহ্ম হায়ন কৌই। ব্রহ্ম অহু মশান মশাবু ঙাজরিব আত্মা অসিনি হায়ন তাকই।

১। প্রজ্ঞানম্ ব্রহ্ম— অত্রেয় উপনিষত্ত পীরিব ঋগ-বেদগী মহাবাক্যনি। 'প্রজ্ঞানম ব্রহ্ম' অশেংব পরম জ্ঞান্‌মক্ ব্রহ্মনি। পুম্নমক্ত লৈরিব চেতন্ শক্তি জীবগী মুলস্বরূপ জ্ঞান অহু ব্রহ্মনি। জ্ঞান অসিন মরম ওইদুনা উব, খঙব অমসুং অনুভব তৌব ঙম্মী। অসিন সত্ অমসুং অসত্ ( অচুম-চুমদ ) খেন্নব খঙব ঙম্মী। অসিগুম্নব ব্রহ্মজ্ঞান অসি দেব, মনুষ্য অমসুং প্রাণী পুম্নমক্ত শন্দোক্ল চঙহুন লৈ। মসিন ব্রহ্মগী শক্তম, স্বরূপ খঙহল্লি। আত্মা অসিমক প্রজ্ঞানি অমদি মীওইবগী হৌয়ককম শক্তমদ হৌজিকুমক্ লৈরিব চেতন্ ( consciousness ) খঙব হায়ব অসিনি। সূত্র (aphorism)

অসিবু 'লক্ষন্ বাক্য' অমদি স্বরূপ বোধ বাক্য' হায়বদি ( মশা ) আত্মাগী শক্তম তাকুপ অমসুং খঙহনব বাক্য হায়নম্ব কৌই।

২। অহংব্রহ্মাস্মি—বৃহদারণ্যকোপনিষদ্ত পীরিব যজুর্বেদগী মহাবাক্যনি। "অহম-ব্রহ্ম-অস্মি" 'ঐ' হায়বদি ইশাগী দেহে বুদ্ধিনচিংবগী মওংদ অমসুং জ্ঞান ফংনবগী 'সাধন রূপ' ক মশক ওইন ( বর্তমান ) লৈরিব সর্বশক্তিমান্ আত্মা অসি ব্রহ্ম হায়বদি পরমাত্মানি। সূত্র অসিদ আত্মা অমসুং পরমাত্মা অনিগী অমত্ত ওইব অদুবু উৎলগ তাকুন খঙহল্লি। বাক্য অসিবু 'অভ্যাস বাক্য' নত্রগ 'অনুসন্ধান বাক্য' হায়বদি "হোৎনব, অমদি থিজিনব বাক্য" হায়ন কৌই।

৩। তত্ত্বমসি— ছান্দোগ্যোপনিষত্ত য়াওব সামবেদন পীরিব মহাবাক্যনি। 'তত্ ত্বম্ অসি'-'তত্' হায়বদি অদ্বিতীয় অনিশুদব নিরঞ্জন্ নিরাকার মশা মথন্ত মুঙাইজত্নন লৈব শক্লাক- দব ব্রহ্ম, পরমাত্মা অদুনি। 'ত্বম্' হায়বদি শিষ্যগী শরীর ইন্দ্রি অসিনচিংবগী মনুংদ ঙান্দুন লৈরিব আত্মা অদুবু "ত্বম্ = নঙ" নি। "অসি = নি, ওই, art" হায়ব ক্রিয়া ( verb ) অসিন তাকুন ( that thou art ) "তৎ ত্বম্ অসি" = "মদু নঙ নি" হায়বনি সূত্র অসিন অনন্ত রূপ্ত বিরাজমান্ ওইরিব পরমাত্মা অমসুং মহাক্কী অংশগী মওংদ শন্দোক্লিব আত্মাগী মরক্ত লৈরিব মরি সম্বন্ধবু খঙহল্লি অমসুং আত্মা অমদি পরমাত্মাবু অমত্ত ওই হায়ব অসিবু ফোঙদোক্ল তাকই। সূত্র অসিবু উপদেশ বাক্য হায়নম্ব কৌই।

৪। অয়মাত্মা ব্রহ্ম — মাণ্ডুক্যোপনিষত্ত উৎলিব অথর্ব বেদগী মহাবাক্যনি। (অয়ম্-আত্মা-ব্রহ্ম) অয়ম্ হায়বদি আত্মা পূন্নমক্পু নত্রগ জীব পুন্নমক। ব্রহ্ম হায়বদি পরমাত্মানি। জীব পুন্নমক পরমাত্মানি। সাক্ষাৎকার বাক্য অসিন ব্রহ্মজ্ঞান য়াকাইংল্লি অমসুং মসিবু 'চিন্তন্' খঞ্জন-নৈনশনবন মরম ওইদুনা অন্তরাত্মাবু প্রত্যক্ষ ওইনা দর্শন্ তৌদুনা অন্তরজ্ঞান্ ফংব ঙম্মী। সূত্র অসিবু বিধিবাক্য, 'অপরোক্ষ বাক্য' অমসুং 'অনুভব্ বাক্য' হায়নসু কৌই।

## আত্মাগ হকচাং অসিগ অমত্ত নত্তে।

আত্মাদি কলাহীন্ শরক নত্রগ মচেৎ নৈতবনি। অদুগ দেহদি তত্ত্ব কুনমথি (২৪) না পুন্দুন শেম্নি। আত্মাদি নিয়ামকনি হায়বদি নিয়মগী মপুনি। অদুগ দেহদি নিয়মগী মখাপোনবনি। আত্মাদি পুন্নমক মঙাল্ পীদুনা ঙালহনব প্রকাশক্তি অমসুং নির্মল অমকপ নৈতবনি, অদুগ দেহদি অমসুগী মশক্তি। আত্মাদি নিত্য অরেপ্প অমসুং সত্ স্বরূপ্নি; অদুগ দেহদি অনিত্য অমসুং অসত্ নি। পোৎ পুন্নমক আত্মাগী মঙান্দা ফোঙদোকুনা ঙাঙ্জবনি। অদুগ আত্মা জ্যোতিদি মৈনচিংবগী মঙাল্গ মান্নদে, মৈনচিংবগী মঙান্দি মা নৈত্রবদি মুমিদাংনচিংবদ মম্মী অমসুং মুংপ নাই। অদুগ আত্মা জ্যোতিদি করিগুম্বদ নৈতব নৈতে। ঘতদ্রষ্টাগী মতৌগুম হায়বদি চক্ষু হায়বসি নৈপাক্নি

মতম পুন্নমক্ত মসি খঙলব কাওবদ অপঙব মীশিংন 'মসি ঐগীনি' হায়ব কাউথোক্নুন 'ঐ হকচাং অসিনি' অস্নুম্ন লৌমরি।

আত্মা জ্ঞানময়ঃ পুণ্যো দেহো মাংসময়োঽশুচিঃ।
তয়োরৈক্যং প্রপশ্যন্তি কিমজ্ঞানমতঃ পরম্ ॥

'আত্মাদি জ্ঞানস্বরূপনি অমসুং পবিত্রনি অদুগ দেহদি মাংসময় শদোংগী মশক অমসুং অপবিত্র শেংদবনি ; অনি অসিবু কনাগুম্বন অমত্ত ওইন উরিব ; মদুদগী হেনব করম্ব অপঙব অম লৈরমখিগদগে ?" (অপরোক্ষানুভূতি — ১৯)

## 'ঐ' মাঙহনব ঙমদব অমরনি।

অবিনাশি তু তদ্বিদ্ধি যেন সর্বমিদং ততম্।
বিনাশমব্যয়স্যাস্য ন কশ্চিত্কর্তুমর্হতি ॥

মফম পুন্নমক্ত শীন-থুংনা লৈব মাবু খঙউ। কনা অমত্তনসু মাঙ-নাইদব মাবু মাঙহনব ঙম্বগী মতিক লৈতে। গীতা (২ — ১৭)

আত্মা অসিদি করিগুম্ব মতম অমত্তদসু পোকপ লৈখিদ্রি অমসুং করিগুম্ব মতমদসু লৈরম্লগ লৈরোইদব শিখিগদব নত্তে। মাদি পোক্তব, অরেপ্প, নিত্য, হোং-নাইদব য়াম্ন কুইরবনি, হকচাং অসিন মাঙপ্রবসু মাদি মাঙব থক লৈতবনি। (২—২০)

খুংলাইন মাবু মাঙহনব, ককপ ঙমদে, মৈন মাবু চাকপ ঙমদে। ঈশিংন মাবু চোৎপ ঙমদে অমসুং নুংশিৎন মাবু কংহনব

ঙমদে। (২—২৩) অসিগুম্ব আত্মা অসি ককুথংপ (থুগাইব) য়াদে, চাকপ য়াদে, চোংপ য়াদে। মাদি অবেপ্প মকম পুম্নমক্ত শীন-থুংন লৈব লেঙদবা অমম্বুং কুইরবনি। (২—২৪)

আত্মা অসি কোঙদোক্তব চায়বদি ইন্দ্রিশিংগী বিষয় (objects) ওইদ্র খমগুমদব হায়বদি প্রকৃতীংগী বিষয় ওইদব; অমদি ওস্থোক হোংদোকপ য়াদবনি হায়নৈ। মস্নম অসিন মসিবু খঙ্গহন্ব নঙ খক রাগন্নু। (২—২৫)

মীন অমন্ব শেগায়বব, শীজন্নবদ মতিক চান্নব কি" অদু থাদোক্তুন অনৌব কি অম অমুক হোংবগুম আত্মান শীজন্নব য়াস্নব মতিক চান্নবদ হকচাং অসি থাদোক্লমগ্ধুন অতোপ্প অনৌব অমুক লোই। (২—২২)

অসিনচিংব উপনিষদ্ অমদি গীতানচিংব পুম্নমক্ত আত্মাগী মাঙদব, পোক্তব, শিদব, মম্বেং ভাদব, শীন-থুংন লৈব হোং-নাইদব অবা-অনান চঙদব শক্তমবু বর্ণন্ তৌবি অমম্বুং অদুগুম্ব আত্মা অদু 'ঐ' নি হায়ব তাক্লি।

## "ঐ" গী শক্তম্ লেপ্প

শ্রীমদ্ভাগবত্ত হায়বি :—

বুদ্ধের্জাগরণং স্বপ্নঃ সুষুপ্তিরিতি বৃত্তয়ঃ

তায়ৈবৈবানুভূয়স্তে সোঽধ্যক্ষ পুরুষঃপরঃ। ৩।৩।২৫

তাইবঙ, মঙ, তুম্‌খুন্ (ফিভমশিং অসিদ শায়রিব) অসি বুদ্ধিগী বৃত্তিশিংনি। মহুবু য়েংলিব দ্রষ্টা; মহুবু খঙলিব অমস্তুং তাংখোক্রিব অধ্যক্ষ অহু পর পুরুষনি।

ভগবান শঙ্করাচার্য্যন হায়:—

"যৎস্বপ্ন জাগরসুষুপ্তিমবৈতি নিত্যং তৎব্রহ্ম
নিষ্কলমহং ন চ ভূত সংঘ্"

(হকচাং অসিগী মনুংদ) মঙ, তাইবঙ অমদি তুমখুন্ হুন্দুন তুম্বগী ফিভমশিংগী (লিলাবু অয়েংব ওইন) খঙলিব পাপ দোষনচিংব অমত্ত পক্রুব ব্রহ্ম অহু "ঐ" নি। খোঙ, খুৎ, মিৎ-নানচিংব ইন্দ্রিশিং পঞ্চ ভূৎশিংগী মপৈশিংসি "ঐ" নত্তে।

"ঐ" হায়বহু আত্মতত্ত্বমুনি, খঙব ভম্বগী অধিকার লৈতব হন্থব মথলগী সাধকশিংন পূর্কীং ইন্দ্রিনচিংবগ লোয়নব অপোব হকচাং অসিবু 'ঐ'নি হায়ন লৌই। অহুগ খর কুপথব মথলগী সাধকশিংন সুক্ষ্ম শরীর (জীব) বু 'ঐ'নি হায়ন লৌই। অহুগ অরাংব মথলগী সাধকশিংন উপাধি অমত্ত য়াওদ্রব শুদ্ধ আত্মাবু 'ঐ'নি হায়ন লৌই। অহানব মথলগী সাধকশিংসি ঈশ্বরগী সম্বন্ধদ মরাই ওইবগী রাখল থম্মী, অনিশুব মথলগী সাধকশিংন ঈশ্বরগী অংশগী সম্বন্ধ থম্মী। অকোনব মথলগী সাধক অসি আত্মজ্ঞানীশিংনি। মখোয়দি ব্রহ্মগ খেন্নদব হায়বদি 'ঐ'মক 'নঙ'নি 'নঙ'মক 'ঐ'নি হায়ব সম্বন্ধ থম্মী। মহুদি শ্রীরাম হনুমান্দ হংলম্মী

কস্তুম্ হনুমান্—হনুমান্ নঙ কনানো? হনুমান্ন খুমখি—

দেহদৃষ্ট্যা তু দাসোঽহম্ জীবদৃষ্ট্যাত্বদংশক।
বস্তু তস্তু ত্বমেবাহমিতি মে নিশ্চিতা মতি।

হকচাংবু 'ঐ'নি হায়ব লৌব মিৎয়েং (দেহদৃষ্টি) দ য়েংলবদি ঐহাক অসি ইবুঙো নঙগী নবাইনি। অদুগ জীবগী মিৎয়েংদ য়েংলবদি 'ঐ' অসি নঙগী অংশ (অপীকপ শরুক) অমনি। অদুগ পরমার্থগী ওইব তশেংনমকু অচুম্ব মিৎয়েংদ য়েংব তাবদি নঙমক 'ঐ'নি, ('ঐ' মক 'নঙ'নি) মসিমক ঐগী অয়েপ্প মতনি।

## 'ঐ' সচ্চিদানন্দ নি।

"'ঐ' দি সম, সান্ত অমসুং সচ্চিদানন্দ স্বরূপ ব্রহ্মমক্নি। 'নিরাকারনি' নির্বিকারনি। নির্মল অমসুং অবিনাসিনি। ঐদি দুখঃ হীন, অরাব লৈতব, আভাসহীন খণ্ডদব অমস্ব লৈতব বিকল্প হীন অমসুং ব্যাপকনি। 'ঐ' নিগুর্নি, নিষ্ক্রয়নি, নিত্যমুক্ত অমসুং অচ্যুতনি।" নির্মল নিশ্চল, অনন্ত, শুদ্ধ অমসুং অজয় অমরনি। 'নাহম্ দেহোঽহ্যসদ্রুপোঃ ( অসতস্বরূপদেহ অসি 'ঐ' নত্তে )।

## ঐ চিদানন্দ স্বরূপ শিবনি

## নির্বানষ্টকম্‌ব অসুন্ন শিংথারিঃ—

"মন, বুদ্ধি, অহংকার অমসুং চিত্ত 'ঐ' নত্তে। নাকোং, লৈরেং, নাতোন অমসুং মিৎসু 'ঐ' নত্তে। 'ঐ' আকাশসু নত্তে, লৈপাকসু নত্তে, মৈসু নত্তে অদুগ নুংশিৎসু নত্তে। 'ঐ'দি স্বপ্নগী অশেংব সচ্চিদানন্দ স্বরূপ শিব ( জ্ঞান ) নি। শিবঃ নি।

মত্তে প্রাণস্ক 'ঐ' অসে পঞ্চবায়ু ( মুংশিং ৫ ) স্ক মত্তেঃ ধাতু তয়েৎস্ক নত্তে, মত্তে পঞ্চ কোস ( কুয়োম ৫ ) স্ক। খোঙস্ক নত্তে, খুৎস্ক নত্তে, চীনস্ক অমস্ফুং উপস্থ অমদি পায়ু ( ঈশিংখোঙ অমদি অমাংখোঙ ) স্ক নত্তে। ঐদি সূপ্পগী অশেংব সচ্চিদানন্দ স্বরূপ শিবঃ নি। শিবঃ নি।

ঐঙোন্দ রাগ ( অপাস্ব ) স্ক নৈতে, দ্বেষ ( পামদব ) স্ক নৈতে, লোভ নৈতে, মোহস্ক নৈতে, মদ নৈতে, ডাহস্ক নৈতে, ধর্ম নৈতে ( ঐগী ) অর্থ, কাম, ঐঙোন্দ নৈতে, নৈতে মোক্ষস্ক 'ঐ'দি সূপ্পগী অশেংব সচ্চিদানন্দ স্বরূপ শিবঃ নি। শিবঃ নি।

'ঐ'দি পুণ্যস্ক নত্তে। পাপস্ক নত্তে, অৱাবস্ক অতুগ ক্ষুঙাইবস্ক নত্তে, মন্ত্র অতুগ তীর্থস্ক নত্তে। বেদ অমদি যজ্ঞস্ক নত্তে, 'ঐ' চিঙ্গাকস্ক নত্তে. অতুগ চাব, চানব পোং অমস্ফুং চান্বিব মীস্ক নত্তে। 'ঐ'দি সূপ্পগী অশেংব সচ্চিদানন্দ স্বরূপ শিবঃ নি। শিবঃ নি।

ঐঙোন্দ অশিব অমস্ফুং চিংমবস্ক নৈতে। জাতি ভেদস্ক নৈতে। ইপাস্ক নৈতে, 'ঐ'গী ইমাস্ক নৈতে। 'ঐ'দি পোকপস্ক নৈতে। 'ঐ'গী মরূপ-মপাং অমত্তস্ক নৈতে, গুরুস্ক নৈতে, শিষ্যস্ক নৈতে 'ঐ'গী। 'ঐ'দি সূপ্পগী অশেংব সচ্চিদানন্দ স্বরূপ শিবঃ নি শিবঃ নি।

'ঐ'দি খেন্নব নৈতব অমস্ফুং নিরাকার রূপনি। সর্বব্যাপী ওইব মরম্ন মকম পুম্নমক্ত অমস্ফুং ইন্দ্রিনচিংব পুম্নমক্ত নৈ। ঐঙোন্দ তিম্নব য়াদব ( অসঙ্গতা ) মুক্তি অমস্ফুং মীখা পোনবস্ক

লৈডে, 'ঐ'দি সূপ্লগী অশেংব সচ্চিদানন্দ স্বরূপ শিবঃ মক্নি, শিবঃ মি।

## স্বামী শিবানন্দন অসুম্ব ৱারী অমৱ উৎপীরম্মী :—

"পীকগ্রব ৱারী মচা অমতং তাবীয়ু।" নোংশা মচা অমথক লৈরম্মী, মহাক্ক পোকপ ইকুই-কুইদ্রিবৈঙদ মমা শিখিরম্মী। মতম অদুদ নোংশা মচা অসি য়াওশিংগী মরক্ত হুন্দোক্লম্মি। য়াওশিংগী মরক্ত লৈদুন নোংম-নোংমগী চাউখৎলকপম নোংশা পাখঙ ফারক্লে। মতম অদু ফাওব মহাকস্তু য়াওন খোংবগুম 'মেং-মেং ছায়ন খোংদুন লৈরে। নোংমগী মুমিত্ত অতোপ্প নোংশা অম মকম অদুদ লাক্লম্মী। মহাক্ক অস্তুম য়েংথোকখিবদ য়াও শঙ্গুপী মরক্ত নোংশা অম য়াওস্নিবদুন, য়াওশিংম খোংবগুম 'মে-মেং তৌদুন লৈবদু উক্লরে। মহাক্ক অঙকপগ লোয়নম চঙশিল্লক্লুম নোংশা পাখঙ অদুদ হংলকই, 'কম্নিগীনো মরূপ। নঙন তৌরম্লিব মতৌসি কম্নিনো? অৱাব ফীভম অসিদ নঙন কয়ম তৌদুন লৈরম্লিবনো?' নোংশা পাখঙ অদুন খুম্নকই, কয়ম্ন ঐন অৱাব ফীভম ওইরিব? ঐ য়াও মচামি, ঐম ঐগী ইচিম-ইনাও, ইচল-ইচেশিংগ মুণ্ডাইন লৈমিমম্নি। অশেংব নোংশান হায়রকই, 'হে অপঙব মুপীদৌন পাঙদব নঙন ভ্রম তৌরবনি। (লাও ঐগী ইনাক্ত) অস্তুম হায়দুন মহাক্ক নোংশা পাখঙ অদুবু ঈশিংগী মনাক্ত পুবিয়ে অদুগ হায়রকই, 'হৌজিক ঈশিংদ তাম্নিব নঙগী মমি অসি য়েংউ। নঙ অশেংব নোংশামি।

'ঐ'স্থু মোংশানি।' য়াও ওইরম্ব নোংশা অত্থুন মাগী মমি উরম্মী অমম্থুং থোইদোক্ল হুয়াওত্থুন হায়রকই, 'ঐ' অসি করাদ পঙন লাল্লম্লব ? 'ঐ'দি ভশেংব নোংশানিদন কদ্রিগুম্বদস্থু 'ঐ' য়াও নত্তে।' অস্থুম হায়রম্লগ মহাক্ল খুদক্ত মোং খোংবগুম গম্ভির শব্দগ লোয়ননা ডংলক্লে অমম্থুং অনৌব মোংশা অত্থুগ লোয়নন চৎখিত্থুন মমান্-মমান্নবন ত্তোবগুম মাস্থু অচৌব বনগী মিংথৌ ওইত্রে।

শিবানন্দন হায়—'হে মরূপশিং। মখোয় পূম্নমকস্থু য়াও ওইব মোংশা অত্থুগুম্ন তৌত্থুন লৈরে। নখোয়ন নশাগী অশেংব শক্তম অমম্থুং লাইগী ওইব স্বভাব অত্থু কাউথোক্তুন থঙত্রে। নখোয়গী নথক্ত মায়াগী যাত্থুন কুপত্রে। অত্থুগুম্ব যাত্থু অত্থু লৌথোকত্রো। ওঁ ওঁ হায়ন কম ঙংউ অমম্থুং বেদান্তী মোংশা অম ওইয়ু। মঙ অমাঙ-অতা লৈত্রব শিদব আনন্দনি। মাঙব-নাইব হকচাং অত্থু নঙনি হায়ন খনগম্থু। নঙদি অমর শুদ্ধ (শেংলব) মুক্ত মনীং ভম্ব ব্রহ্মস্বরূপ্নি।

অহম্‌ব্রহ্মাস্মি অহম্‌ব্রহ্মাস্মি অহম্‌ব্রহ্মাস্মি

হরি ওঁ তৎ সৎ

ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ



# সমাজদ রাজনীতিগী লৌনম্

ঙসি সভ্য জগৎকী মায়কৈদ কয় চেনখৎপীরিব য়েৌনীংবন খাঙগমত্রব অমস্তুং শান্তিতবু খোয়াংন ঙাইবীরিব ইচিল-ইনাও-শিংবু খূবাং লোময় খূক্লমজরি।

অপঙব মীশিংন মশাবু থাগৎচবগুম ঐখোয়ন ঙসি সভ্য জগৎ হায়ন নীংথির মিংন লৈতেংহনা থাগৎনরিব সংসার ঙসি তমগুণগী তম্থীন ময়ব অন্ধকার অহুদগীদি কোক্লে হায়বদ থরদি চুম্লবস্থ কাচিন-কোয়া শীন-থুংন, মৈ মহীগুম কাহৎন শাবব অমদি প্রোক-প্রোক চাকথেক্লব রজগুণগী নুংশান ঙল্লাং ওনশাউহল্লি অমস্তুং মরুভুমিদ ঈশিং থিবগুম পুম্নমক্ক শান্তিগী ঈংলব উরুমবু পাম্নরি অমদি থিরি হায়ব অসিদি চিংননীংঙাই লৈত্রব অমস্তুং পুংচুম চুম্লব রাফম্নি। জীব জগৎন পাম্নরিব শান্তিগী ঈংলব উরুম অহু পীগনি হায়ন রাশক লৌহুন ডোকুমেন্ট তৌহুন বিশ্ব-শান্তিগী মিংদ মীওইব জাতিবু খাবৈ-খায়া শান্ ওংখায়হুন মচেৎ-মচেৎ তাহল্লিব অমদি অমগ-অমগ য়েংথিনহল্লিব, অকিবন থল্লব ঈথক-ঈরাওখোলন জগৎপু লাঙতক্লহন্দুন পোথাহল্লিব পূম্নমক অসি হৈ-শিংলব মমা নীংলব, থবক কল্লব, ইচিল-ইনাও রাজনীতি দলশিংন জীবশিংবু নুংশীবিহুন পীবীরিব মমল য়াম্লব বিশ্ব-প্রেমগী থূদোলনি। অশেংব রাজনীতিজ্ঞদি নত্তব রাজনীতিজ্ঞগী ফুরিং লিংপ অমস্তুং মচু তৈব মখোয়ন মীহু থাজহন্দুন অচৌকপদ পূখোক্লুন চয়ম্ মেত্তুন অমদি অথুম-অহাওদ হু ফুম্নগ খঙদব

প্রজাশিংদ পীজহুন হাংনবব হোংনবিব ক্লোরোকোর্মগী হিদাক পায়রিব যাহুরালাশিংগী লাংদগী নাম্থোক্তুন ঐখোয়ন নীংতম্ব স্বরাজ ফংনবগীদমক্ত রাজনীতিগী অশেংব লক্ষন, খুদম খব খঙলগ অওইবদগী ওইদব খায়দোক্তুন অকিব অমম্বুং অয়েংপ লৈতন জীবন যাত্রাদ শান্তিবু ফংহুন ব্রহ্মানন্দবু ফংব শোয়দন ঙমগনি।

মখোয়ন চিংবীরিব, হৌজিক ঐখোয় পূম্নমক্ত তোংলিব ঐখোয়গী সমাজ কৌব কাং অসি চাকা মথৈ হোম্লব করম্নগী লৈখোমদ থূম্ব-থূম্ব পুথহুন লৈরে। লেঙল-লেঙলগ হেঞ্জল্লক্লগনি। চিংখৎপীননব কনাম্থ লৈত্রে। ঐখোয়ন লৈখোমদ ফুমথব তন্দুন অমগ অমগ লৌতাম্নঙুন অমদি চৌকি মুমহুন লৈরবদি ঐখোয়গী পান্দম শান্তিগী লৈনকম সভ্য জগৎকী আশা অসি অরেম্ব শোয়দন ওইগনি। সমাজগী কাং অসি লোকচপ্ত ওম্থহুন উফুল শান তোইপ্রগনি। অরাংব কানীংব থাদোক্তুন অমুক্তং কুমথবীখো নত্রবদি হিক্সাউ-হিরেন্ অসি শোয়দন লুপ্তুন মাঙখিগদৌরে। য়েংথিনবগী নোংলৈ-নুংশিৎন হুমহুন লালগী নুংজাওদ থেঙ্গাইহন তোইখিগদৌরে।

## রাজনীতি করিনো?

রাজনীতিগী অশেংব সাহিত্যগী ওইব অর্থদি রাজধর্ম্ম লৈবাক ঙাক্লোন, লৈঙাক্লোম্নী। নিংথৌ নত্রগ লৈবাক ঙাক্লীব অহুন প্রজা অহুদ চংকদব নীতি'ন। য়েক্লব ঙাকথোক্লব খুংলাইনি।

খুদোংথীবদগী কন্নবা লানবন্নি। যুম্বা সমাজ পাত্রবু শোৌজিন্নবা য়াং পানিনি। শেগায়রবা জাতিগী ফিরালশিংবু তাইশিন্নবা য়েৎতুম্মি। মচেং মচেৎ তাম্বিবা লৈবাকশিংবু অমত ওইনা নপশন্নবা গম্মি। অতুক্কী মতিক লৈবাক অদুন শান্তি অমদি জ্ঞানগী অশেংবা আনন্দ পীদুনা পুনশিল্লিবা অমসুং সুংশিনহল্লিবা মখে রাজনীতিগী অর্থ চুম্লি খঙনগনি, নত্তদুনা অমগ অমগ য়েংথিনবা, তোথায়-তোথায় তানবা থোকহল্লিবা পূন্নমক রাজনীতিদা স্বার্থ অমসুং কুতনীতিশিং শান্নবা অমসুং অরানবা রাজনীতিগী খুদম্নি।

সত্ত্ব: রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমগী মনুংদা রাজনীতি হায়বদি রজ: গুণনি। মথাদা তম: গুণগী অমম্বদা পঙথবা অমসুং মথক্তনা সত্ত্ব গুণগী জ্ঞানানন্দ, অনিগী মরক্ত লৈরিবা ময়াই কায়বা রজ: গুণনি।

## রজগুণী অমদ লৈব রাখল।

মিংচৎ পাম্ব ক্ষমতাও কানীংব মী পূম্নমক নমথরগ মাগী মথাদা থমদুনা হুকুম চলাইনীংবা, লমন খুম্নীংবগী রাখল মীনা ওৎপদি মান থাঙবা ঙমদবা, মান মীবুদি ওৎনীংবা, মশাগী মরাল থিদনা মীগী মরালত য়েংশিনবা অসিনচিংবা রাজনীতি শান্নরিবা রজগুণী অমদ কম লৈরিবা গুণশিংনি।

রাজনীতিগী খুংলাই মরি থক লৈ। মখোয়গী মমিংদি সাম, দাম, দণ্ড, অমসুং ভেদ নীতি মরি অসিনি। নীতি

মরি অসিগী মতেংম রাজনীতি শান্নবশিংম মাগী মাগী মীচঙ্গ খোমৈ। অথুব কজব নুংশিব রাহৈন থেমহুন প্রজাবু মাগী মথাদ থম অমস্তুং য়েক্লবদগী লোথোক্লব নীতিবু সামনীতি কৌই। অহুগ প্রজান পাম্লিব পোং, অমদি ওইজ ওইথক শেল থুম্মচিংব পীহুন থেম্লগ মীশিং অহু মাগী মায়কৈদ লাকুব হোংনব অহু 'দান' নীতিনি। চৈ উংত্তুন কিহন্নুন অমদি শক্তি শীজিন্নহুন মীশিং অহু মাগী মতুং ইলহন্নব হোংনব নীতি অসিবু 'দণ্ড' কৌই অমস্তুং য়েক্লবগী শিগ্র কয়া উংতুন মত্ খেন্নহন্দুন শাউহল্লগ, য়েংথিনহনব থংনবমচিংব থোকহন্দুন মী খোম্বগী নীতিবু 'ভেদ' কৌই। নীতি মরি অসি স্বার্থ য়াওদন সমাজগী য়াইকনবগীদমক্ত শীজিন্নরবদি মঙ্গলগী মশক্তি। জীবগী মঙ্গলগী নত্তন লান শীজিন্নরবদি জগৎপু তুম্ন চাকথেক্কদব ব্রহ্মাণীর অহুনি অমস্তুং প্রলয়গী খুংলাইনি।

## রাজনীতিদ অচুম্ব ওাক্কন লমজেল থোইদে।

রাজনীতিগী লম্বীদদি অচুম্ব ওার্ক্কন অমস্তুং অকব ওাক্কন মীকোক থোংব মত্রগ লমজেল থোইব ঙম্নদে। মথক্কী নীতি মরি অসিগী মতুংইন কল্লিগুম্বদ হায়জ-নোঞ্জবন, কল্লিগুম্বদ শেলন, কল্লিগুম্ব মতমদ চৈন, কল্লিগুম্বদন ওইদব নত্তব হায়জিন্দুন মাগী থবক পাঙথোক্লে। মাহু রাজনীতিগী থোঙদ অরানব ওইনদে। মখোয়গী মথৌ অমস্তুং স্বভাবনি। অচোপ্প ওইব লৌনদে। থবক্কী মতাংদ কল্লিগুম্ব তাজা কংলবদি, হুৱানম,

য়ুম ৈম থাব, মী হাংপ অসিনচিংব তমথিরব থবকশিং ফাওব শীজিন্নহুন মাগী থবক পাঙথোক্লে। চিয়োন্ তৌব লোম্ন য়াতানব, মথু মনুংদ অম শান্নবগ মপান্দন অতোপ্প মওংগী প্রচার অম তৌব মসিন য়াজনীতি শান্নরিবশিংগী হৌন=লমচৎ সদাচারনি।

## য়াজনীতিগী কান্নব

পুমশেং শেংলব সনান লৈতেংনচিংব করিগুম্ব পোৎ অমতম্ম শাব য়াদে। মথু য়ানবগীদমক্ত য়ামদ্রবদ চামগী মনুংদ শক্লক অহুমদগী ভাদন অতোপ্প ধাতু অম য়াম্নে। অহুগুমহুন জগৎ অসিদ য়াজনীতি শুকয়াও য়াওদ্রবম্ম লৈব য়াদে। য়ামদ্রবদ লৈবাক অহুগী সাসন কর্ত্তা অমদি লুচিংব খরদি য়াজনীতি নীংথিন হৈহুন শম্বলগী মশক ওইন লৈগদবনি।

জাতি অমন জাতি অমবু, দেশ অমবু অতোপ্প দেশ অমন থীন ওৎ লৈরক্লব অমম্মুং নমহুন মীখা পোলহন্নব হোংনরক্লব, মতম অহুদ দেশপু কন্নবগীদমক্ত য়াজনীতি হায়ব খুংলাই অসি শীজিন্নগদবনি। কম্ পাম্ব অমস্মুং মিংচৎ খর পাম্বগীদমক্ত দেশ প্রেমিক শাহুন, অয়ুক্তী নুমিদাংগী সমাজদ নুপী-অঙাং ফাওবগী মকমদ ইতম্ভন য়াজনীতি শীজিন্নব ভোরোইদবনি।

তিঞ্চং অমন তিঞ্চং অমবু হনগনি। হন্দোকপ লোইবদগীদি তিঞ্চং অনিমক থাদোকনি। করিগুম্ব দেশ অমদ অতোপ্প দেশ অমম কুতনীতি অসি তোহুন ওৎ-লৈরক্লবদ কুতনীতি অহুবু

মাওহম্নবগীদমক্ত রাজনীতি শীজিন্নগনি। থবক অদু হেক লোইবগ রাজনীতি খুদক্ত থাদোক্লুন লৈবাক অদু ঈশ্বরগী ওইব অচুম্ব ধর্ম্মন ওাক্লনি। মরম অসি লৈবক রাষ্ট্রপিতা মহাত্মা গান্ধীন বৃটিশকী খোংউপকী মখাদ লৈপ্রব জাতি অসিবু রাজনীতিগী পাম্বৈন কনবীরম্লগ মথংগী মিকুপ্ত রাজনীতি পূমথা থাদোকখি। শিকিগী টিকেৎ কক্লুন অমুক হন্ন মিং চনখিদ্রে। ধর্ম্মগী লম্বীদ ঈশ্বরদ আশ্রয় লৌহুন ধ্যান, ধারনা জপ, প্রার্থনা তৌহুন শিবফাওবদ রাম নাম থাগোন্নহুন চংখি। লৈবাক্কী আপদ্ তারক্লব মতমদ শীজিন্নগদব খুংলাইবু নুপী অঙাং, যথ, ব্রাহ্মণ ফাওবদ মফম মতম খঙদন শীজিন্নরকপদগী জমদাগ্নি মপারি তরুকণ্ডব আবতার পরশুরাম খুহুম চেংন শীংজং পায়হুন রজগুন ময়াই কারব ক্ষেত্রিশিংবু তরেং অহুম কুনমাথোইরক ককৃথহুন রাজনীতিগী ঈথক হৌহুন অশান্তি ওইরম্লব মালেম্সু অরুম্ব লোখোক্লুন পোথাফম অমম্বুং শান্তি ওইহল্লম্মী। অদুগ রাজনীতিদ ময়াই কারব, নারাংলব বলি নিংথৌদগী, পৃথিবীবু কন্নবগীদমক্ত ভগবান্ বামন্ আবতার তৌহুন বলিবু নমথরগ রাজনীতিদগী মালেম অসি মুন্দুন অমুক প্রজাদ শীন্নহুন মনীং তমহল্লম্বনি। মফম মতম চান, কন্নম্ব মতমদ কনাদ কম্রি করম্ব রাজনীতি শীজিন্নগদগে হায়ব খঙহৌদবন দুর্য্যধন অমম্বুং রাবন মশান মশাগী মোংফম শেমজবত নত্তন মরাল লৈজত্রব জীব কয়াগীম্সু মাঙনব অমম্বুং লৈখা তাননবগী মরম ওইখি। থাইনগী রারীনি হায়হুন ঈম্মোকদব নত্তে। ঐখোয়গী ওসিগী

সমাজ অসিদ থোকপ হৌরক্লবনি। মরম অসিম মাঙ-তুং উরব পৃথিবীগী (থিঙ্কর) রাখল খনব মহাপুরুষশিং, দার্শনিকশিং অমদি ভারতকী যোগী ঋষিশিংম রাজনীতিবু থাদোক্লব লাউরি। রাজনীতি পার্টিশিংম থোকহল্লিব পৃথিবীবু মচেৎ-মচেৎ তাহল্লিব, য়ুম্লোমব অনিন শুক্কোক্লহূন মনুংদ ফি শেমহল্লিব, মাদি কংগ্রেসনি, মাদি কম্যুনিষ্টনি, মান জনসঙ্ঘনি, স্বরাজনী, সোসিয়েলিষ্ট পার্টিনি অসিনচিংব মীবু মীদগী খেন্নহল্লিব পলশিং অসি মরূকংব ফুক্কোক্লদবনি অমসুং ঐদি হিন্দুনি, ঐদি খৃষ্টান্নি, ঐদি বৌদ্ধনি, মোহমদ্দন্নি, ঐ ব্রাহ্মন্নি, ঐদি মৈতৈ মরূপ্পি অসিনচিংব অমন অমবু হঙ্গোইনহল্লিব অমদি মরক্ত খন্দুন খেন্নহল্লিব রাখলগী চৎনবীগী ফক্লাংশিং অসি শিংগুপ, শান য়াম্বেক্লুন তুম্ন মৈ থাদোক্লদবনি। মরম অসিম আচার্য্য বিনোবা ভাবেজীন লাউহূম চৎলি:— 'হৌজিক রাজনীতি অমসুং ধর্ম্মনীতিগী যুগ অহূ লোইখ্রে। মাঙদ লাক্লিব যুগ অসি সাইন্স অমসুং আধ্যাত্মিক অনিগী যুগ অহূনি।

তশেংব ঐখোয়গী মীওইব জাতিবু নুংশিবীরবদি, সভ্যতা অমসুং শান্তিবু পুরকপ পাম্বীরবদি চিনবাম্বোংদ নুংশিব শাশন্নব, অমগ অমগ খুদোং চাব লুমহূন লৈনব, সমাজবু থাবৈ-থারা শাহূন ওৎখায়রিব, অমন অমবু য়েংথীনব মীচংগী করম্সন ওইব রাজনীতি দলশিংগী মফমদ ওসিমক বিদায় লোবীয়ু। সমাজগী মাঙননব রাখলদগী নীংতম্বীয়ু। স্বার্থন মমিং তাঙলবশিংন

লমজিংহুন, অউম্ব চৌংগী খুদোং গীব্বব লোকচপ্ত খোঙথাং কন্ন চেন্থখ্রিব শোয়দন মাঙবদ তায়ব নঙগী সমাজবু অমুক্ত কনবিহৌ।

## হৌজিক্কী পক্কা রাজনীতি

অক্ষব মপুংফাব সমাজ অম শেম্বদ রাজনীতি শুকয়াও য়াওরোইদবনি হায়জব নত্তে। ধর্ম্মনীতি অর্থনীতিনচিংব দন্নকান্ন লৈবক্তন রাজনীতিম্ন চঙদব য়াদে। অহুবু পার্টি দলশিং অসিদি অশেংব রাজনীতি নত্তে হায়ব অসি কাউবিদব কৈ। হৌজিক অয়াম্বন লৌনব্বিব রাজনীতি হায়ব অসিদি রাজনীতি নত্তে পার্টিনি, কাঙলুপকী লনায়নি। রাজনীতি হায়ব অসিদি লৈবাক অহুবু শান্তি ওইন থম্নব সংসার অসিদ মচিন-মনাও ওইব অমম্বুং মরূপ ওইব মতৌ শন্দোক্নন লৈবাক্কী য়াইফনব অথূপ্প নিয়ম শান্নববুনি। অহুপ পার্টি হায়ব অসিদি শান্তি থুগাইব, চৌক্রি মুন্নব অমম্বুং খুদোংচাব লুমনহুন সমাজদগী লুট্ তৌননব খুৎ লিংবগী নিয়ম্নি। শঙ্গাইন মশাগী মখোক ইচ্চব ঙমদবঙুম মশাগী মরানদি য়েংশিঙ্গব হৈহুব। মাগী দল খায়দোক্নপ অতৈ পুম্নমক হন্থন খনব অমম্বুং থীন চৈব, খুদোংচাব লোৌগদবগী অতোপ্প দলশিং খুদোংথীবকপদ লাইনীংহুন লৈব, মখোয় অমন অমগী শিন্দ্র য়েংনব্বিহৈদ সমাজ অসি মাঙথিব মখোয়গী বেন্না লৈতে অসিনি হৌজিক্কী রাজনীতিনি হায়ন লৌনব্বিব পার্টিশিংসিগী থবক। মসিবু অশেংব রাজনীতিনা?

মচিন মরৌ হৈবন শানোয়ব শকপ, অকনবন অচুম্ব শকপ-গুম মচিন মরৌ হৈব, চৈব কনব অমম্বুং ঙাঙব হৈবন হৌজিক্কী

রাজনীতিদ পার্টিগী লুচিংব ওইনৈ। ষ্টেজ নত্রগ প্লেফোর্মদ কাহুন কংগ্রেস নত্রগ সোসিয়েলিষ্টনচিংব অতৈ দলশিংবু অহুক্কী মতিক নমথহুন পেন্ন-পেন্ন লাওব ঙম্নব মহাক অহু ভালো-ভালো হায়ন থাগৎতুন কম্যুনিষ্টকী রাজনীতি হৈব নম্বর রান্ হায়হুন মিংজন্ বুক্ত মিং ইনৈ। অহুগ কম্যুনিষ্ট অমস্তুং সোসিয়েলিষ্ট-নচিংব মাগ মত খেন্নব পার্টিশিংবু ফত্তে হায়বগী মরমদ অহুক্কী মতিক থীন ঙাঙব ঙম্নব মহাক অহু কংগ্রেস পক্কানি হায়হুন থাগৎনৈ অমস্তুং চৌক্রি (ফম) মুন্নবদ অমবু ইন্থুহুন মুল্লগ ফম্ব ঙম্ব মপাঙ্গল কন্ব মখোয় অহু হৌজিক্কী পক্কা রাজনীতিনি হায়ন লৌনৈ।

## (লৈঙাক্লোনগী মপু)

অজ্ঞান্ অমস্তুং অহঙ্কারন থল্লব পার্টি শাগ্নবশিং খরন হায়, "রাজনীতি লৈত্রদি লৈবাক কমান ঙাকনি" পার্টি দলশিংন লৈবাক ঙাকপনী হায়না মখোয়না থল্লী। মান ঙাকপীত্র-বদি পৃথিবী অসি নাম্থোক্তুন তাগ্রগদবগুম খল্লি। মখোয়গী দল অহুমক নত্রবদি লৈবাক অসি পুমাঙ মাঙব তারে হায়ন খন্নৈ। মসি খন্থব রাৎপগী অরানব রাখলনি। পার্টিশিংন পোক্রিখৈ চহি কোটি কয়াগী মমাঙদগী পৃথীবি অসিদ লৈরক্তুন মহাক পোকপ ফাওব মরি ভংহন্দন, ঈচেল লেপহন্দন লৈঙাক্রক্লিব অথোইব লৈঙাক্লোনগী মপু অমা লৈরি হায়বসি মখোয়না নীংশিংদে। শলংকাক্ হায়ন কৌব উচেক অহুম মুমিদাং ভূম্বদ

সোরারেল্ তারকনি খন্দুন ঙাক্লনবগীদমক্ত লোংখাক্-লোংন হিল্লগ মখোঙ থাঙ্গৎলগ তুম্মী হায়ব রারী লৈরম্মি। সোরারেল তারকপ হায়রবসি ওইথোক্তবনি। অদুগ করিগুম্ব মাগী ভাবত শান্নিব (অচৌব মপাক অমনি হায়ন খল্লিব) অদুমক তারকপ থোক্লবসু মান থৌরাং তৌজরিব মখোঙ অদুন ঙাকপ ঙম্বসু ওইথোক্তবনি। মাগী রাজনীতি-তন পুম্নমক তৌবনি খনবীরিব পৃথিবীবু মপু শাদুন মুন্নরিব লিলাগী নিংথৌশাব, লিলা লোইরগ নিংথৌ তোক্কদব পার্টিশিংন বিহারদ য়ুহায় হাবদগী করি কনবী-হোব ঙম্বগে? সাইবেরিয়াদ থরান্মীচাক মথী তাবদ করি উপায় লৈবীহৌবগে? মৈগী চীং পোকথায়বদগী কনবীব ঙম্নমগন্রা? নোং তাদদুন চাকুতাঙ্ব অমস্তুং নোং তামন্দুন চাক তাঙবদগী প্রজাবু ঙাকপীব অমস্তুং মশাবু কঞ্জব ঙম্নগদ্র, অকিব ফংলব লায়না কয়াদগী মশামক শোয়দন নাম্থোক্লগনি হায়ব ঙম্বীরদ্র? মখোয়ন অশিবগুম্ন তুমদুন লৈগ্রবদ মাগী মিহুন চোংহনবীরম্লিব শুম্ব হোন্দোক-হোজিন তৌবীরম্লিব শীংলিশিংদ লেপ্তুন ঈচেল চেলহনবীরম্লিব অম লৈরি হায়রবসি রাপলন মরম ওইদুন মখোয়ন কাউথোকই। মরমাই অরাম-থৌরাংব, অপাম-কল্লক মিহৌবনচিংবদগী মশাবু লৈঙাকচব ঙমন্ত্রিব মখোয়ন প্রজা মরাম অসি ঙাক্লিবনি হায়দুন খল্লি। চাউথোকপগী মহুত্ত মুমিৎ-থা থরান্মীচাক্লচিংব ব্রহ্মাণ্ডবু ঙাক্লিব হিংনবগী মুংশিৎ মমল লৌদন মফম পুম্নমক্ত ফংহল্লিব ঐথোয়গী কায়দোংফম পৃথিবী অসিবু শেম্বীরম্লিব, থক্লব ঈশিং রাৎতন থম্বীরম্লিব, মৈ, আকাস,

মকম পুম্নমক্ত লৈহল্লম্লিব ঐখোয়দ খনব ঙস্বগী বুদ্ধি পীরম্লিব ইব, ভাব, খঙব ওম্লনব পুক্নীং ঈন্দ্রিশিং শেমবীরম্লিব, হিংহন্‌ব অমম্মুং শিহনব, শেমগৎপ অমস্মুং থুগায়ব, মাগী মথুংত লৈব, মাগী লৈঙাকলোন্দ ঙসি ফাওবদ অকায়ব খক লৈরকত্রিব অমস্মুং লৈরম্নোইদব মঙোন্দ আত্ম সমর্পণ তৌহুন চঙজসি অদুতদ ঐখোয়ন অচুম্ব লৈঙাকলোল অমম্মুং শান্তি ফংগনি। হৌজিক্কী পার্টিদ হেক চঙব মুমিংতগী জগৎ পুম্নমক ইচিল ইনাও ওইবগী ( Universal brother-hood ) মুংশিনব রাখল অদু মাঙখিহুন মাগী মায়কৈতগী য়েংব অমস্মুং নামত উব ফজব রাখল অদু চোংশনব হৌয়ে খনগনি। হেক লৈরিব পার্টি পুম্নমক প্রজাগী য়েংব থাদোক্তুম সরকার পায়নবত মুম্নে। সরকার পায়হৌদব-শিংন লৈবাক কায়ননব সরকার থুগায়নব হোৎনৈ অদুগ সরকার পায়রিব অদুন মাগী মখাদ পুম্নমক নমথদুন থম্নব হোৎনৈ। অদুগ মাগী মাগী য়েক্লব মাঙনব হোৎনবদ প্রজাবু খুৎলাই ওইন শীজিন্নৈ।

Thought is the father of action. Thought begets action. Thought created the world রাখলন থবক্কী মপানি, রাখলন থবক পোকপনি, রাখলন জগৎ শেম্বনি। থবক চপ মান্নরবস্থু রাখলগী মতুং ইন্ন ফল খেঁন্নৈ গুন্দাশিংস্থু মীদ থাঙন লেপ্লি। ডাকুবশিংস্থু মীদ থাঙন লেপ্লি। থবক অনি চপ চপ মান্নরবস্থু গুন্দাশিংন জেলদ দন্দী ফংই। মরমদি মাগী রাখলদ মীগী মাঙননব খনখি। ডাকুরশিংন ইজ্জৎ অমস্মুং

মীন থাগৎনব মুংশিব ফংই। মরমদি মাগী ৱাখলদ মীগী কান্ননব অমস্তুং ফননব খনখি।

য়া শেন্থ Dentist শিংন য়ু ভাওবশিং ফুন-চৈনবদ ময়াদ থাজলহন্নীংই। যজমান্ চাব বামোনশিংন শ্রাদ্ধ য়াম্ন শোন্নীংবদগী মী শিহন্নীংই। খুল্লকী মাইবশিংন শেন্দা কোম্নীংবদগী অনাব য়াম্ন লৈহননীংই হায়ব পাওৱৌশিং লৈনরি। অসিগুমহৃন ৱাজনীতি পার্টি দলশিংন মহাক্কী দল নত্তব অতোপ্প দলশিংন পায়রিব সরকারশিং অহু মচেৎ মচেৎ তান কায়বন মখোয়গী লাইনীংনি অমস্তুং কায়নবব অৱোনব থবক কয়া পায়খৎহুন হোৎনদবস্থু নত্তে। মসি পার্টি পুম্নমক্কী মহৌশাগী লিচৎ Nature নি।

ঐখোয়ন ৱারী অম তাপ্রে। দেশ অমদ ম্নোংম শউন্ য়োনব মুপা অমগ চেঙ য়োনব মুপা অমগ মখোয় অনি লাক্লুন কোম্নুং অমদ থুংলখি। নিংথৌন শউন্ য়োন্ব মুপা অহুবু মুড়াইৱ চঙজফম পীহুন থমখি। অহুগ চেঙ য়োন্ব অহুবুদি পদ্মহুন অহিং লেনব তৌহন্দন ফৃদুন দেশ অহুদগী তান্থে'কখি মরমদি মখোয় অনিগী মপুক্ত খল্লিব ৱাখলশিং অহু নিংথৌন উখি।

মহুদি শউন্ য়োন্ব অহুন "দেশ অহুদ শা-ষণ শিদহুন শউন্ য়াম্ন তাঙলম্সনু" হায়ন খল্লকখি। অহুন মাবু নীংথৌন তৱাম্ন ওক্লুন থম্বীবনি। অহুগ চেঙ য়োন্ব অহুন দেশ অহুদ ফৌ লোক্তহুন চাক্তাং-চেষ্ট তাঙব ওইরমসন্ন অমস্তুং মীশিং অহু চাদবন ৱানয়মসনু মাহু ওইৱবদি মান মমল্

য়াম্ন লৌৰ য়াগনি অমশুং থুম শীংকনি অম্সুম্ন খল্লকখি মরুম অসিন চেঙ য়োনব লাকপ মুপা অচুবু নিংথৌন ভাম্মোকৃপনি।

মনোবৈজ্ঞান্ হৈৰশিংন হায়—Mental actions are the real actions পুক্নীং ৱাখলগী ওইব খবকশিংতন অশেংব খৰক্লি মৱুম অসিন পুক্নীং শেংদব নাকল্ নামতগী খন্নৰ পার্টি দল খাদোক্পীচুন জগৎকী ওইন খন্নৰ পার্টি য়াওদব Universal citizen অমমম ওইবিয়ু। অশেংব রাজনীতি শীজিন্নবীয়ু মসি কাউবীগনু মচুদি 'অশেংব রাজনীতিগ পার্টি নত্রগ দলগ করিস্সু মরি লৈনদে।'

## ভোট পীরোইবৰনি

ইলেক্সন্দ প্রজাম অকব কেন্দিদেট খঙ্গচুন অপাম্বদ ভোট থাধবগী (রাইট্) হক লৈ। অপাম্ব অকব মী অচু ফংত্রবদি ভোট খক্ পীরোইদবনি। প্রজা য়েংখিনহনুব, লৈবাক ইরাং হৌহনব অমদি শান্তি থুগায়ৱিব রাজনীতিগী বাদ্ অমত্তদস্মু ভোট খক পীব তৌরোইদবনি। পীৱবদি শান্তি পাম্বগী মচুত্ত থুগায়নব মীওই অম ওইরে হায়বদ লাবব লৈত্রে। 'ভোট মাঙনিংত্রবদি কনাদস্সু ভোট পীরোইদবনি।'

কনাগুম প্রজাশিংন ভোট থাধরোই হায়বদ রাজনীতি পার্টিশিংন সাধারন্ প্রজা অচুদ মখল কয়াগী প্রচার তৌশিনবী, মাচুদি ভোট থাধত্রবদি নাগরিক্ অমগী দায়িত্ব মাঙই চঠী মঙাগী মরাইবক মাঙই, অসিনচিংব। মাব মসিমদি খঙদে মচুদি

মহাক মশামক্তি মীওইপোক্কী দায়িত্ব পুবা মাঙলবনি। মঙোন্দ ভোট পীয়ু, মাগী মী ওইদুনা মাগী মথা পোনবীয়ু মী খংবদ মতেং পাংউ য়াত্রগ করম্ব নাগরিক্কী দায়িত্ব মাঙগদৌরিব? মৈ, ঈশিং, নুংশিং, আকাস, পৃথিবী, নুমিৎ-থা, থবান্নিচাক, অমম্ অঙান্ লেঙলি-পাল্লিব জগৎ অসিগী মপুবু দলশিংগীবা? ভোট থাদব য়াওদব মী অদুন, মখোয়গী কৈথেল কাবী শান্নবগী নাগরিক ওইবদগী মশীং নাইদন হেল্লব বিশ্বগী নাগরিক Universal citizenship ওইরি হায়বদি মখোযন খংদে।

ভোট হায়বসি অমখক ওইরবস্থু অহেনবন কাবগী রানি। ঐ মত্রগ মান থাধব মায়কৈদ শোয়দন কাগদব নত্তে। খজিক্কু থাধরবস্থু য়াম্ন থাধরবস্থু অহেনবন কাবমি। অহেনবন কাবীরকউ পান্নীংব সরকারন পানবীয়ু। প্রজান ভোট পীদবগী দোষ কবি অমত্তস্থু লৈতে। ভোট শুকফং ফংত্রগ চিঠি খেলা তৌনরগ অফাওবন কাবিরকউ অমস্থুং চৌকি কম্বীয়ু অদুগ প্রজাদি কনাদস্থু মীচঙ, চঙদে চঙনবিবশিং অসি প্রজা শাব পার্টিশিংনি। প্রজাদি য়ানীংত্রগ কনাদস্থু ভোট পীদব ঙম্মী। মসিদ কনাগীস্থু আপত্তি লৈতে। প্রজাবু নম্ফু ওইব পান্মেন শক্তি শীজন্নরকপ সরকার অদু নত্তন সরকার খুদিংমকপু প্রজান য়ানীংদব তৌদে।

## য়াম্বগী দরকার লৈতে

অশেংব রাজনীতিদি মীচঙ য়াম্বগী দরকার লৈতে। মীচঙ য়াম ঙাক্কন চুম্ব নত্তে। মেজোরিটি ঙাক্কন লৈবাক্কী সাসন্

তৌরোইদবনি। অপঙবা মেজোরিটিন খৃষ্টবু হাংখিবনি, মেজোরিটিন শক্রোট (Socretes) পু হাংখিবনি মেজোরিটিন গেলিলিওবু হাংখিবনি অমসুং মেজোরিটিন গান্ধীবু হাংখিবনি। অফাওবা মী খাংপ অসি মেজোরিটিন হাংপনি মরমদা অপঙবনা য়াম্না জগংনি। ফংঙমদ্রবা জ্ঞানীশিংগী লুরবা রা অহু থঙবা ঙমদহুনা য়েক্লবা ওইনা খল্লি।

মীওইবদগী শা-ঙা তিল-কাঙনচিংবনা মশীং য়াম্না হেল্লি। মখোয়না মীওইবগী মথক্তা সাসনা তৌদে। 'আকাসত থোক্লিবা থরান্মাচাক করোর কয়ান অহিংগী অমস্না কোকহনবা ঙমদে তৌইগুম্বসুং থা অমতংদনদি অহিংগী অমস্না লৌথোক্তুনা অকিবা কোকহনবা ঙম্মী। অপঙবা মচা চামদগী অশিংবা অমন হেল্লি' হায়বা নিতি শাস্ত্র হৈরবা চানক্যগী পাউরৌনি। পার্টিশিং অসিনা লৈবাক্তা থবক্শিং অসি মখোয়না তৌরি হায়না খঞ্জে। তশেংবদি মখোয়দি জগোয় শাম্বনি। মখোয়বু জগোয় শাহন্নবগী পু'রিবা ঙমমম্ লোংলিবনি। There was always been a great thi~~k~~er behind all the great movement of the world. পৃথিবী অসিদ অওনব-অহোঙবা পুরক্লবা ঈরাং হৌরিবা পুম্নমক্কী মতুংদা থৌইনশিল পীবা ব্রাখল খনবা ( thinker ) অমমম লোংতুনা লৈরিবনি। মখোয়না লৈবাক্কী খুদি পায়রি। সোসাইটিগী মাঙবা অমসুং তোংবা অফবা অমসুং ফত্তবগী লাইবক মখোয়গী নৈ। মখোয়গী পুংলোন্দ পার্টি লিডরশিংনে সমাজগী চ্ছেজদ জগোয় শাবনি। মখোয় অহু অফবা গুণ পুম্নমক্তু তিনবা তান্

মেন হৈব অমসুং পুংলোন চুপ্ত ওইরবদি সথাজগী খুদোং থীবগী মশক্তি।

মাহারাজ জনকু শাস্ত্রিব ফজরব লৈঙাক্লোলগী জগোয় অহ যাজ্ঞ্যবল্ক্যগী পুংলোন্ অমসুং তানদ শাবনি। রামরাজ্য হায়ন কাওব্বিব শ্রীরামচন্দ্রগী লৈঙাক জগোয় অহ মহর্ষি বষিষ্ঠন মতু'দ লেপতুন প্রোম্প তৌবনি অমসুং পুংয়ৈবনি। পাণ্ডবন লৈঙাক-লোনগী ড্রামা শান্নবদ শ্রীকৃষ্ণন ডাইরেক্টর ওইবনি। শ্রীকৃষ্ণ মাঙদ থোকখিত্রিব তুংদগ্ন থাজত্রব লম্বা লৈতন হৈ-শিংলব খাইদগী হেনব Statesman লৈঙাক্লোন হৈব অমসুং অকাওব historical figure অমনি। চন্দ্রগুপ্তন লৈবাক ঙাকপ নত্তে চানক্য পণ্ডিতন মতুংদ লেপতুন ঙাকপনি। শিবাজীন লৈবাক জয় তৌব অমসুং ঙাকপ নত্তে। স্বামী সমর্থ রামদাসন পুন্নমক তৌবনি। অস্নুম্ন নিংথৌ নত্রগ লৈঙাকপ মী অহগী মতুংদ দার্শনিক অমনম লৈবনি। মথোয়গী দাইরেক্সন্দ চত্রবদি লৈঙাক-পগী অর্থ লৈত্তে। মসি ঐখোয়ন খণ্ডন-খণ্ডন থক কাউথোক্লোই-দবনি। স্বামী রঙ্গনাথনানন্দগী পাউজেল অসি নীংশিংতুন লৈগনি :— "Without spiritual direction, the forces generated by science and politics nourish the lower self of man and become sources of sorrow and discord division and instability" আধ্যাত্মিক হিনাও শাত্রব সাইন্স অমসুং রাজনীতিন পীব্বিব শক্তি পুন্নমক মীওইবগী অত্তোনব অমসুং ফত্তব মাঙননবগী মশক ওইব ঙুণশিংত

চাউখৎতুন, চান্ন-চিন্নন লৈমিন্নব য়াদব অমন অমদগী খায়দোক্নতুন্ন তোখায় তাহন্নব অমস্তুং লিংজেন ন্নাংপনচিংব অন্নাবগী শক্লক্ত হেনগৎহল্লি।

## দার্শনিক নিংথৌ

পৃথিবী পুন্নমক্ত Philosopher king দার্শনিকী নিংথৌ শেমতুন পাল্লবতদ ন্নায়েন-বিচান্ন চুম্ব অমস্তুং জগৎন শান্তি ওইগদবনি হায়বসি ওসিদগী চহী লিশিং অনি চান্নরি (২৪০০) গী মমাঙদগী পুথোক্লুন প্লেটো ( plato ) না উৎলম্নবনি। John Dewey, Bertrand Russell, Jean poul sartre নচিংব অকাওব দার্শনিকশিং অঙকপ আথর Aldouss Huxley অমদি মহাত্মা Albert-schwcitzer নচিংব কয়ান্ন পৃথিবীদ Philosopher king দার্শনিক নিংথৌশিংন লৈবাক ঙাকপ হায়বসি মঙ মঙতুন্ন লাকপ্রবনি। অতুগ ভান্নত ভুমিদদি থবক ওইন পাঙথোক্লুন দার্শনিক নিংথৌ কয়া-কয়া পানপ্রবনি। জনক, ন্নাম, অশোক, বিক্রমাদিত্য, ভোজ নিংথৌনচিংব ভান্নতকী শান্তি ওইন লৈবাক ঙাকখিব ফিদম্নকম ওইন্নব দার্শনিক নিংথৌশিংনি। Marcus Aurelius নোংচুপ্লোমদ অকাওব Philosopher king দার্শনিক নিংথৌনি।

## POLITICAL NONSENSE

মীখলগী মতমদ পার্টি পুন্নমক্ল লৈবাক্নী সেবা তৌগনি মীয়াম মুংঙাইহনগনি হায়তুন ন্নাজাও ঙাঙশিন্দুন্ন ভোট খোম্মী।

কনাগুম্ব সাধারন্ প্রজা খবদি মুংদ নুংঙাইহনগদবোই নীংহুন য়াম্ন থাজে। নোক্লীংব ৱাকমদি অসিনি, মহাক মশামকপু নুংঙাইজব ঙম্লব্র ? মপুক্লীং জয় তৌহুন অপাম্ব, অশাউব, মীহৌব, শুঙ্কাৎপ, চাউজনীংব, মপু শাজনীংব, ক্ষমজাউ কানীংব অসি-নচিংবদগী ফ্রি ওইজব (নাম্থোকপ) ঙম্লব্র ?

মশামক কদায়দ চংকদোবিবনো খঙজব্রিব, অৱা-অনাদগী মুক্তি ওইজব্রিব, মৱন্নাই শান্তি লৈজব্রিব, মীন কয়ম্ন মীয়ামদ শান্তি পীগদোরি ? মশামকী আত্মাবু সেবা তৌব হৈজব্রিব মহাক্ন অতোপ্পশিংবু কয়ম্ন সেবা তৌগদোরিব ? মৱন্নাই মশাবু শেমজব ঙমব্রিব মীন লৈবাক কয়ম্ন শেমগদোবিব ? মশামক নুংঙাইব হৈতন, মীঙোন্দ কয়ম্ন নুংঙাইব তাকদোরি ? মৱোল্ থোক্তব মীন কয়ম্ন অতোপ্পশিংদ লোল হৈমনব তম্বীগদোরি। মিৎতাঙবন মিৎতাঙবশিংবু কয়ম্ন লমজীংগদোরি। মসি ঐখোয়ন কৱিগুম্ব মতমদম্ব থাজব অমম্বুং ওইব য়াব ৱাকম্নি হায়ন লৌব ঙমদে। স্বামী বিবেকানন্দন পোলিটিস্থানশিংবু চেলেঞ্জ তৌহুন হায়রি :—'I hate Cowardice, I will help nothing to do with cowards as political nonsense. I do not believe in any politics. God and Truth are the only politics in the world, everything else is trash ... ... ... ... ...' Life of Swami Vivekananda (Page 372) 'ঐন অয়ম্ববু পাঙদববু তুকচৈ, ঐন অয়ম্ব অমম্বুং ৱাজনীতিগী অপঙব শাজং অহুদ থোগৎপ কৈম্ব তৌরবোই ঐন ৱাজনীতিগী নীতি নত্রগ যাদ্ অমত্তবুম্ব থাজদে। ঈশ্বর অমম্বুং

অচুম্বতন পৃথিবী অসিদ অশেংব রাজনীতিনি। অতৈ পুন্নমক্তি কান্নদব অরেম্ব ঙাক্তনি, হৌজিক হিংচুম লৈন্নিব ভাবেনচিংব অহল-লমন পুন্নমক্কী মত্ ওইবত নত্তন পৃথিবীগী দার্শনিক অমদি অশিংব পুন্নমক্কী লেঙত্রব মতনি। মহম্মদকী খোল্লাওনি :— "একো আলিফ তেরে দরকার" ঈশ্বর অমত্তনি নঙগী দরকার। অতোপ্প নঙগী দরকার লৈতে।

রাজনীতি শাস্ত্রবিবশিংগী মরক্ত অশিংব মী রাওদবদি নত্তে। অদুবু মখোয়ন আধ্যাত্মিকপু ছুংওইনখিব, মশাগী ওইজখিবদগী সমাজগী মাঙনব ওইবনি। স্বামী রঙ্গানাথনানন্দন হায় :— "It is spiritual awareness alone that transforms all knowledge into wisdom and into form of peace and happiness, love and unity" আধ্যাত্মবিদ্যা হৈরবত্তদ জ্ঞান্ লৌশিং পুন্নমক বিজ্ঞান্দ ওন্থোক্নুব শান্তি অমসুং অপূনব একতা শেম্ব ঙমগনি।

মশামক সংসারগী অরা-অনাদগী মুক্তি ওইত্রিব অমন মীয়ামবু অরা-অনাদগী মুক্তি পীব ঙম্ব হৌনদে। A prisoner cannot liberate other prisoners' বন্দি অমন অতোপ্প বন্দিবু থাদোকপ য়ারোই। জেল্দ লৈন্নিব অমন জেল্দ লৈন্নিব মীগী জামীন্ য়াব থক য়াদে। অতোপ্পবু থাদোক্কে হায়রবদি মশামক জেল্দগী নাম্থোকলব মী অম হায় ওইগদবনি। মশা হায় শেম্নগ মীবু কোম শেমগদবনি।

স্বামী শিবানন্দন হায় :—"You can elevate other only if you have elevated yourself. This world

can be saved only by those who have already saved themselves.” মহাক নশাবু হায় ফজহল্লবতদ নহাক্ত অতোপ্পবু ফজহনব ঙমগনি। স্নপ্পগী মশাবু ঙাকপ ঙমজরব মথোয় অদুতন মতম পুম্নমক্ত পৃথিবী অসি ঙাকপ ঙম্লক্লিবনি।

‘Reform yourself first then Society will reform itself.’ (নঙত হায় অফব ওইখো অদু ওইরবদি মথন্তু সমাজদি শোয়দনা ফজরক্কনি। ঐখোয় অমমম্ ফনবব হোৎনবতন সমাজগী অশেংব সেবানি। মসিতম যুগকী লায়না অসিগী অমত্তু চাইরব লায়রেংনি। নত্তদুন ‘ঐ’ ঐদি অফব হায় ওইদনা সোসাইটি ফজনব হোৎনব অসিদি মথোঙ ককথৎলব উগী মনাদ ঈশিং চাইবগুম্বনি। উতোং অহোবদ ঈশিং শোকপ-গুম্বনি। (Tolstoy) টোলস্তোয়গী ৱাহৈ অসি কাউদব কৈ—‘Their is only one way of serving mankind and that by becoming better yourself.” (নশাবু হায় হেন্ন ফব ওইহনবতন মীওইব জাতিবু সেব তৌবগী অমত্তু চাইরব লম্বীনি। হিন্দুস্থানী পাউরো লৈরি—‘হম্ বদলে তো দুনিয়া বদলে’ ঐখোয় অফব ওইরবদি দুনিয়াস্তু অফব ওইরে। কাউব য়াগ্রব মন্ত্রনি।

## পোলিটিকেল ইজমদ শান্তিগী আশা

সাধারন্ মী অয়াম্বন মতম কয়াগী মমাঙদগী রাজনীতি পার্টিশিংন পৃথিবীদ শান্তি শোয়দন পুরকপ রাই হায়ন অকনব

আশা তৌনরক্লি। রাজনীতিগী মকমদগী শান্তিগী আশা অদু থাদোকপীয়ু। মখোয়না পীগদৌম্বিব অদু শান্তি নত্তে, অকিবনা থল্লবা মাঙ-তাক্লবগী মশক ওইরবা লালনি। অরেম্বা আশা অদুদ শক্তি অমম্বুং মতম মাঙহনবীগনু। রাজনীতিগী দল নত্রগা বাদ্ অমত্তনম্বু শান্তি খক্ পুরকপ ঙম্লোই। ফক্লাংদ লৈতুম্ন থাব নত্রগ লৈপাক্ত খুদুম্ন শূবদি শোয়দুন পান্দবম্বু ওইথোকখিব য়াই অদুগ মসিমদি খক্ শোয়ত্রব ব্রানি। 'আশাহি পরমম্ দুখম্ নৈরাশা পরমম্ সুখম্' আশা হায়ব অসিমক্ল থোইদোক্ল অরাব পূম্নমক্কী মক্লনি। আশা লৈতবনা থোইদোক্ল নুংঙাইবগী মরমনি।

স্বামী শিবানন্দন হৈরম্মী:—

"No political ism can ever solve the problem and bring about peace. All isms are only the different hoods of the hydra-headed monster of selfishness cum egoism When autocratic monarchs ruled over the Nations pecple thought that democracy would shower peace plenty and prosperity upon earth. They dethroned the kings. Democracy also fail to yield the fruit of peace. Some people tried totalitarianism, socialism, communism—So many isms. Each man thought that his solution alone was the best for the world! And each new ism created only more problems and more quarrels.

( "Many are working to-day for the promotion of world peace, without having peace in themselves. Their loud propaganda, big talk and lectures cause more confusion, conflict and discord.

All over the world great conferences are held for bringing about universal religion. It is the vanity of men that goads him to reform society without first reforming himself. Vanity rules the world When two vain people meet, there is friction and quarrel." (Bliss Divine page – 360)

'কবিগুম মতম্‌দসু রাজনীতিগী ইজম্‌ নত্রগ বাদ্‌ অমত্তুনসু পৃথিবীগী প্রোব্লেম্‌সু সোল্‌ভ তৌব হায়বদি সমস্যাবু সমাধান তৌদুনা শান্তিবু পূরকপ খক্‌ ঙম্লোই। ইজম্‌ (বাদ্‌) পুম্নমক্‌ সূপ্নগী মশাগী ওইজবত থিব অমসুং অহংকারন থুম্মাংলব (মশাদি অমত্ত ওইব মকোক্‌ ময়াম্‌ লোঙব রাবণগুম) কোক্‌ লোঙব হিংচাব অমগী তোঙান্‌ তে ঙানব মকোক্‌ শংনি। অাউ-টাক্রেটিক্‌ মোনার্কশিংন লৈবাক্‌ ঙাক্লিবৈদ মীশিংন খন্ল্লি মত্তুদি ডেমোক্রেসিন পাল্লবদ পৃথিবীদ রাত্ত-পাদব চাওখৎপ অমসুং শান্তি শোয়দনা পুরকনি। মখোয়না নিংখৌ লৌথোক্লে অমসুং গণতন্ত্রন পাল্লে। হৌজিক ডেমোক্রেসিনসু শান্তি পুরকপ ঙমদ্রে, কেল ওইরে। হৌজিকসু মী কাওবু খরন টুটেলিটরিয়ানিজম্‌ (Totalitarianism), খরন সোস্যালিজম্‌, খর অমন কম্যুনিজম্‌ অসিনচিংব ইজম্‌. বাদ্‌ করামকুম শান্তি পুরকনি হায়না লৌনরি। পুম্নমক অসি কায়দব অরেম্বনি। অনৌ অনৌব ইজম্‌ বাদ্‌ চোংথোক্কুম অমুক্কী

মতীক্ য় মখৎলক্লগ অদুকী মতীক্ হেন্না-হেন্না প্রোব্লেম্ ( সমস্যা ) য়াম্খৎহনব, শান্তি থুগায়ব অমসুং খৎনব অস্নুম্ অস্নুম্ হেল্হল্লি।

ঙসি মী কয়ান মশামক্তি শান্তি লৈজদন পৃথিবীদ শান্তি পীগনি হায়না থবক শূদ্রি। মখোয়গী লাউ-খোংবম, প্রোপেগণ্ডা য়াজাও ঙাঙব অমসুং লেকচবশিং অদুন মীশিংদ হেন্না চিংনব, চময়ব, লাঙতক্লব অমসুং খোয়রাঙ-খোয়শাউমব হেন্‌গৎহন্নবগী মরম্ ওইহল্লি।

পৃথিবী অসিদ বিশ্ব-শান্তি, বিশ্ব-ভাত্রি অমসুং বিশ্ব-ধর্ম পুয়ক্লবগীদমক্ত অচৌ-অচৌব মীটিন্ মরূপ (Conference) কয়া তৌনরি। মশামক হায়না শেংদোক্তন সোসাইটিবু ( সমাজবু ) শেংদে ক্লগনি হায়না তৌরিব অদু মীওইবগী চাউথোকুপ, চাউজ-নীংব (Vanity) হায়ব অসিনি। হৌজিক্ পৃথিবী অসি মদুন কূপপ্রে, থন্‌খ্রে। করিগুম্বদ অসিগুম্ব চাউজনীংব অরি ওক্লবয়ব, হেক্ উনবদ মখোয় অনি থেঙ্গাইনরকুই অমসুং খৎনরকুই।

অসিগুম্ব মনুংদ লৌনম্ কয়া লোক্তুনা লৈরিব অসি খঙবদগী য়াজনীতিদ লম্বা লৈতনা হৈরে হায়না লৌনরম্লিব মীশিংনা পার্টি থাদোক্লখিবনি। জয় প্রকাস নারায়ণনা পার্টিগী লীডর থাদোক্লনা অশান্‌বদ মান নিন্দা তৌবম্লিব বিনোবাগী মফমদ চঙজদুন ভূদান্ যজ্ঞ য়াওখিবগী মরম্ অদু অসিমক্লনি।

হৌজিক্ য়াজনীতি পার্টিশিংগী অরোন্‌ব মশক্ পূম্নমক্ল থঙনরক্লে। 'হৌরকৃষম্ নঙগী নহন্‌কম্‌দ হঞ্জল্লো', 'উমায়বী উমায়বী নখোঙ কাটি উরে'।

## শক্ অমসুং মিংন ওইগদব নত্তে।

মঙদ কংলম্ব সনা-লুপা তাইবঙদ পুথোরকপ ওইথোক্তে। অচুগুম্ব মপান্গী চাকখুম তিন্নরগ, ফিজোল্ মান্নরগ, মচু তিন্নরগ, পুংশীং মান্নন থবক্ শূমিন্নরগ, টিকেৎ মান্নন কক্তুন সিরেমা হোল্দ ফম্থুন পুন্ন য়েংমিন্নরগ, হেক্ত শান্তি ওইগনি হায়রব ওইথোকপ রাব রাকম্ নত্তে। মমিং রাম্ থোক্সল্লগ লিলাদ রাম্ শারগ দশরথকী মচা শ্রীরাম্ ওইগদব নত্তে।

হৌজিক্ পৃথিবীদ রাজনীতিগী থাক্ত খ্বাইদগী হেন্না রাংই, শক্তি লৈ হায়রব লৌনরিব আমেরিকা অমসুং রাসিয়ানি। দেশ পূন্নমক্কী মথোয়না খ্বাইদগী হেন্না শান্তি লৈতে। মনুং মনুংদ অকিবনা তুম্ব ফাওবা চঙনন্ত্রিবনি। হাৎন-শূনবন মিৎকুপকী কাংদন খ্বাইদগী হেন্না থোক্লি। মুংঙাইরবা মোন্দুম্-মোন্তেক্ মথক্ত চু চা-চাদুন মশীং থীঙম্দন আত্মাঘাট তৌদুন শিনরি। ঐথোয়গী জাতিগী মহারোল্না মথোয়গী মতৌ কম্ন তম্খৎনব হোৎনরি। মথোয়না মচুবু থাদোক্তুনা ঐথোয়গী গান্ধী, বিনোবা, আরবিন্দ, বিবেকানন্দ, শিবানন্দনচিংবগী খোঙ্গুল্ লৌদুনা ভারতকী মায়কৈ তম্ন শান্তিগীদমক্ত চেনশিন্নরক্লি। ভারতকী আশ্রম্শিংদ শান্তিগী লৈকোন্দ শাইদাংনররি। ঐথোয়গী মহারোল্শিংন খঙদথুন মীরাইবীরবা ভারতকী অহল্শিংন, মথোয়গী গুরু, নোংচুপলোম্গী অমুক্ গুরু ওইরি। যুগ কয়াদগী ওইরক্লি, ওইদুনা লৈখিগনি। মীওইবন ওথোক্লকপ অওব অচু চুইশিংনদি রাম্ন পান্ন চোপ্-চোপ্ চায়। নোংচুপ্কী মীশিংন তন্দুনা থাদোক্লম্বা লিচৎ

শাজং, ঈরাং তুম্নাং ভাম্নতকী অপঙব মহারোলশিং কয়ান মতৌ কন্ন তম্ন হোংনম্নি। লমগী যম্ন মচি শাঙব, মীগী পোংন কজবোই .মীংব. দুর্গান অকনব মুপা থিবদ হুন্দোক্লুন থনম্নব মবুংঙো মহাদেবকী মকপদ অমুক হল্লকখি। খঙলবদি থাদোকপীরো। হৌজিক্কী পাটিশিং শান্তিগী য়েক্লবনি।

টুপী মচু মাম্নব, ফুরিং মচু মাম্নব (Common kitchen) ওইদুন চাকখুম পুল্লগ শা স্তু ওইগদব নত্তে। ফি মচু মাম্নব মিলিটম্নিশিংদ শান্তি লৈতে। চাকলুক অমত্তদ চাম্নিম্নব. মচিন-মনাওশিং কুন-চৈনম্নি। লৈমিম্নব ইমুং পুন্ব মম্নি-মতা কন্না কেশ তৌনম্নি। লম্বী-থোং শেমগৎপ, য়ুম কজব শাগৎপ, চানবব চিঞ্জাক য়াম্ন পৈদুন লৈরগ অমস্তুং শেল য়াম্ন পায়ম্নগ চাউখৎপ অমস্তুং শান্তি ওইরে হায়ব লৌগদব নত্তে। অপঙব মীস্তু মমুম কজন শাব শেল পায়ব য়াম্ন লৈ। মচিঞ্জাক্ত নেত্তুন লম্বী ওইন চৎলব, মচিঞ্জাক মথক্ত হিপকম ভুস্কম ওইম্নব মচিঞ্জাক মথক্ত অমাংশঙ ওইম্নব অশুকী মতিক চাকহোঙ ডাহোঙলব পায়খাঙ্গী তিল, হলশিংন মীওইবদগী হেম্ন চাওখৎলগ হায়ম লৌবদে। মম্নম অসিন মীওইবগী মনুংগী ওইব আধ্যাদ্মিকী চাওখৎপ অদু নত্তন মপানগী শেমগৎ-শাগৎপনদি ভোগ বিলাস ঈবাংগী মচিঞ্জাক্ত ওইদুন তোকনি। শান্তিদি থক ওইম্নরোই। ভগবান যীশুন বাইবলদ হায়ম্নি ‘পৃথিবী অসি ল্লাম্নোক্লুন চৎখিনম্নব থোঙ অমনি থোঙয়াম্ন অসিদ লেপ্লগ শাক্ষৎলুন লৈথোক্নব নত্তে।’ অম্নম অসিন পুক্লীংগী জগৎ হায়ম্ন শেম্নীথো,

পুক্নীংদ শান্তি ময়েক্তন হায়না লিঙ্খৎপীখো পুক্নীংদগী য়েক্নব লোখোক্পীয়ু, মপা নগী য়েক্নব মথন্তু মাঙজখিগনি, থম্মোয়দ অপেনব তিনশিনবীয়ু। জগৎ অসি মংঙাইবন থল্লব শান্তিগী লৈকোল অম ওইনা উবগনি। মপান্দ শান্তি লৈব শাশন্নবন মুঙাইথোকপনদি কান্নরোই। Comfortable living is the enemy of peace. অচাউবম্ কান হিংব পুন্সি শান্তিগী য়েক্নবনি।

## ধর্ম অমসুং দর্শনন্তন সমাজ অহু ফহনব ঙমগনি।

'Politics has its basis in sociology ; Sociology has its basis in individual personal development ; individual personal development is governed by the philosophy and the religion that each man follows. The philosophy of the East considers man as the unit. Man is asked to perfect himeself.' —( Bliss Divine—361 )

Politics (রাজনীতি) হায়বসি সমাজ-শাস্ত্র ( সমাজ অহুগী খীভম) Sociology দা যুম্ফম ওইরগ হৌরকপনি। রাজনীতি হায়বসি সোসিওলোজীদগী লোঙথোরকপ মশা অমনি। সমাজ অহু অফব হায়না ওইহল্লিঙেদ অফব রাজনীতি ওইব থক য়ারোই। অহুগ অফব সমাজ অম হায়বসি individual personal

development, মী অমমম্তগী ওইব অকব চাওখংপ 'ব্যাক্তিত্ব' মতীক চাব মীওই মীতৌশিংদগী শেম্লকপনি। মী অমমম্ ফত্রবদ, লমচৎ নৈত্রবদ, অফব সমাজ অম্ থক লাক্লরোই। মরমদি অমমম্ অদু মরাম্ম অপুনব সমাজ ওইখিবনি। অদুগ মী অমমম্ অদুগী মপুংফাব (ব্যাক্তিত্ব, নাগরিক) মীওই-মীতৌ ফব হায়বসি মীশিং অদুন চৎলিব ধর্ম অমসুং দর্শন অদুতন শেম্বনি। আচার শাস্ত্র অদুমক্ত সমাজ শেমগদবনি। মরম অসিন রাজনীতিন সমাজ ১সুং ঐ, ঐবু ফহনব ঙমগদব নত্তে। ঐ, ঐ অমমম্ ফরগত সমাজ অমসুং রাজনীতি ফগদবনি। আচার শাস্ত্র, ধর্ম অমসুং দর্শনবু ফজন্দুন মী পুম্মক্ত মদুদ চঙত্রিব মখৈ অমমম্গী অফব ওইব থক ঙম্লোই। মরমদি শোক্লকফম্ ওইরিব গুহাগী ঈশিং অদুনবু অমোংপ অমসুং ফত্তব ওইরিব মখৈ পাত্র হন্ন-হন্ন হোংলগ শোক্লবস্তু অফব ঈশিং থক ওইরক্লোই। মতৌ অসিগুম্ম অমোংপ ফত্তব গুহাগী ঈশিংগী মশক ওইব সমাজদগী থোরকপ মীখলশিং অদুন মোংলবদ অমোংপ ময়াম অদুন পুরশিন্নদুন শেমখিব সরকার অদু মপান তমেংপ অদুম ওইগনি। মদুগী দায়িত্ব সমাজদ লাকই অমসুং প্রজাদ তারৈ। সমাজগী দায়িত্ব ঐ, ঐদ শোয়দন ত'রকফম থোকই।

মনীং হোরব পাত্র নত্রগ উতোং অহোবদ ঈশিং শোকপ অসি মহাক্তন ঙমগদবনি হায়ব নৈতে। ইণ্ডিভিজুয়েল পার্সোনেল্ ডিভেলপমেন্ট নৈতদুন ঐ, ঐ অফব ওইদবদগী মনীং হোরব সমাজগী পাত্র উতোং অসিদ কংগ্রেসতন, কম্যুনিষ্টতন, নত্রগ

সোসেলিষ্টতন ঈশিং শোকপ ঙমগদব নত্তে। মীওইব সমাজবু মুংশিবীবিব ইচিল-ইনাও পূম্নমক! হৌজিক হোরিব অসিমতুং কোৎচন্-মেৰশন্থিসি অদু ওইমবদি পাটি নত্রবসু ময়াম মরক্তগী অমন হেক্ত ঈশিং শোকপ ঙম্নগনি, মথন্ত শান্তি লাকচরগনি।

মহাভারত মনুস্মৃতি অমদি যাজ্ঞবল্ক্য স্মৃতিশিংদ রাজনীতিগী অকুপ্প বিষয়গী মরমশিং য়াম্ন মীংথিন প্রতিপাদন্ তৌরি। মনুস্মৃতি অমদি যাজ্ঞবল্ক্য স্মৃতি রাজনীতিগী মরমদ অওকপ লাইরিক্তি।

## একতা—অমত্ত ওইব অপুনব

পৃথিবীগী ইতিহাসতগী ঐখোয়গ খঙই — নোংচুপকী লৈবাক ইউরোপ্তদি রাজনীতিগী কীভমদ জাতিগী একতা Unity শেম্নৈ। অদুগ এশিয়াগীদি ধর্মগী লিপুন্দ আধ্যাত্মিকী ৰিদম Ideal দ মীয়ামগী একতা শেম্মী। মরম অসিন এশিয়াতদ পৃথিবীগী ধর্ম পূম্নমক পোকখি, এশিয়াদ মরুওইব ভারতদি ধর্ম (আধ্যা আত্মক) নত্তন অতোপ্পব (রাজনীতিগ) একতা পূমকপ খক ঙম্লোই। মরম অসিন স্বামী বিবেকানন্দন হায়রম্মী,— "The unity in religion therefore is absolutely necessary as the first condition of the future of India".

মরম অসিন (অতৈ পূম্নমক তৌঙ্গিবৈগী মমাংদ) ইহান হাৰবমক্তদ ভারতকী অফব কীক্তব-কিরেপ য়েংলকপদ ধর্মদ লীচিং অপুনব, থাদোকপ য়াদন মপুং ফান দয়কায় ওই

মরম অসিন আধ্যাত্মিক ধর্মবু অমদি দর্শনবু চাওখৎহনব অসিতন জগৎকী শান্তি অমস্থং মঙ্গল ওইননব অমত্ত ভায়রব পাইবনি। আধ্যাত্মিক ধর্মতন খ্বাইদগী হেনব অথোইব মথৌ প্রাইমারী দিউটিনি। অদুগ রাজনীতিনচিংব অতৈ পুন্নমক্তি পুন্সিদ তৌরবস্থ য়াদ তৌত্রবস্থ য়াব সেকেণ্ডরি ভাক্তনি।

## শান্তিগী লম্বী

মীওইব পুন্নমক্ত অফব অশেংব মতৌ চাওখৎলবতদ বিশ্ব-শান্তি ( World peace ) ওইব ঙমগনি। মীওইবশিংগী মন্নুংদ, অফব অশেংব মতৌ চাওখৎপ হায়বসি অহিংসা, বিশ্ব-প্রেম, পুকচেল শেংব, স্বার্থ য়াওদ্রব থবক, নিষ্কাম কর্ম, মীনুংশি, ভাকপাইহৈব, খোঙ্জাল হৈব, অসিনচিংব অভ্যাস ( Practice ) তৌরবতদ লায়ন ঙমগনি।

মীওইবন 'অফব তৌ, অফব ওইয়ু' (Be good. do good) মসিবু অভ্যাস, প্রাক্তিস তৌরব, অদু ওইরবদি চিংনব লৈতম পৃথিবী অসি শান্তিন শোয়দন মথুম ওইব কুপকনি। ধর্মগী অভ্যাস তৌবন বিশ্ব-শান্তিগী মচাক হুনগনি। হেন্ন নৌব, অথুপ্প থঙব, লাপ্ন উব অরুংব পুন্সি লেমগনি অমস্থং চাওখৎপ খোঙচৎত কয় তকশিন্দুন মপুং ফাব ( Perfection ) ফংব ঙমগনি। —( স্বামী শিবানন্দ )

অশাম্-দুংশি ( কাম্ ), অশাউব, মিহোৌব, চাউজনীংব, শুক্লাৎপ, কল্লকপ, মশাগী মরাল কাউথোকপ, মীগী 'মরাল'

য়েংগনৃব, লয়াশেংদব, চয়েৎনব, বিচার তৌদন পুক্নীংগী মরা লৌব অমস্তুং ওইজখিব মখোয় অসি শান্তিগী তম্থীন য়েক্লবশিংনি। মায়কৈ পুম্নমক্কী মীশিংনা মখোয় অসিবু মাঙহন্নব মতম পুম্নমক চেকশিন্না অভ্যাস তৌরগদ শান্তিদি মথন্ মথন্ত লাকচগনি।

To love all as one loves oneself is the succinct statement of Dharma. Live a life of perfect peace. Then alone you can contribute peace to the world. (Swami Sivananda )

মশান মশাবু নুংশিজবগুম পুম্নমকপু নুংশিব মসিন ধর্মগী ততেনব ৱাবোলনি। মপুং ফারব শান্তিগী পুন্সি অম ওইন হিংউ। অদু ওইরবতদ নহাক্না পৃথিবীদ শান্তি পুরকপদ শরুক য়াব ঙমগনি।

পুম্নমক য়াইফব ওইরসনু।
পুম্নমক শান্তি ওইরসনু।
পুম্নমক মপুং ফারসনু।
পুম্নমক মঙ্গল ওইরসনু।
বহুজনহিতায়— মীয়াম কান্নব ওইরসনু
বহুজনসুখায়— মীয়াম নুংঙাইব ওইরসনু
ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ

# "লমচৎ"

## ( CHARACTER )

"They say 'Knowledge is power' But I say with the emphasis at my command ; that Character is power." —Sivananda

( মখোয়ন হায়রৈ "লৌশিংন পাঙ্গলনি" তৌইগুম্বস্নুং ঐন হায়— কনশীনব রাহৈগ লোয়নন ঐগী য়াথংদ মহুদি—'লমচৎন পাঙ্গলনি' )

য়োংম শুকশোয় শোয়দন শিরগদব মীওবগী মহুৎশিন হিংহুন লৈহৌগদবদি লমচৎ অমস্নুং রাখলতনি Morality, Ethics, Character হায়বসি ফজব ধর্মগ লোয়নব লমচৎতুনি. লমচৎ হায়রগ সদাচার ফজব লমচৎপু খঙবনি। লমচত্তগী হেন্ব কন্নিগুম্ব লল্ অমগুম্ব সংসারদ লৈতে। লমচৎ য়াওদন জ্ঞান্ ফংব হায়বসি কন্নিগুম্ব মতমদ ওইথোক্তে। ফজব লমচৎকী লৈনম্গুম্ন শন্দোকপ গুম্ব ম্নংশিব লৈনম্ অমত্ত জগত্ত লৈতে। লমচত্তগী হেনব মীওইবগী ফজব লৈতেং অমত্তস্নু লৈতে। লমচত্তগী হেন্ন কন্ব কন্নিগুম্ব শক্তি অমত্তস্নু মালেমদথিব থক ফংলবোই। লমচৎপু ফত্রবদ হেক লৈরিব পুন্নমক অরেম্ব ঙাক্তেনি, ফজব লমচৎকী মপু ওইবিব মহাক্কী মকমদ তৌভমদব অমস্নুং ওইথোক্তব থক লৈতে। ঙসি-ফাওব হিংহুন লৈরিব শঙ্করাচার্য, বুদ্ধ, যীশুখ্রীস্টচিংব মহাপুরুষশিং মহাত্মাশিং, ঋষিশিং অমস্নুং যোগীশিং পুন্নমকস্নু অঙকপ ফজব লমচৎকী মতেংন ওইব ঙাক্তনি।

অকব লমচৎকী মপু ওইব মীতম মপুং ফাবব অঙকপ ব্যাক্তিত্ব মীওই-মীতৌ ফংব ঙম্মী। ব্যাক্তিত্ব ( Personality ছায়বসি ফজব লমচৎব মপুং ফাবব মীবুনি। ফমন্দু মহৈ হৈব, লৌশিং শিংব, কলাকার, কবি, সাইন্টিষ্ট, বাজনীতিজ্ঞস্ন ওইজসনু লমচৎপু য়াওব্রবদি, ঈশিং য়াওদব তুয়েল, অর্থ য়াওদব য়ারেং অমস্মুং নৈমম য়াওব্রব নৈশুস্থনি। কোরিগী পাত্রদ হাপ্প হৈ মহৌত্থু হূ ওনবগুম. লমচং ফত্তব মীদ তগীব মহৈ-মশিং, জ্ঞান্ পুম্নমক সমাজগী মফমদ মাঙননবগী মশক ওইবব হূ ওল্লি। অমকুপ নৈত্রব আকাশতগী তাবকপ ঈশিং অত্থু লুধাককোম্ অমদি পায়খানানচিংবদ তাববদি শীজিন্নব য়াদব হঙ্গোইনফম ওইনৈ। অত্থুগুম্ন বিদ্যাগী দোষ কবি অমত্ত নৈতব ওইত্থুবস্থু ফত্তব মীগী মফমদ নৈব বিদ্যাদি কাম্নবগী মহুত্ত মীওইবগী হঙ্গোইফম ওইনৈ।

হিন্দুগী পুরাণ অমদি ইতিহাসনচিংবদ, হিংচাবশিংন অকনব তপস্যা তৌত্থন দেবতাশিংদগী ফংখিব বর পুম্নমক অত্থন অতোপ্পগী অমস্মুং মশা মশামক্কী মাঙননবত্ত ওইখিবগী বারী কয়া ঐখোয়না ভত্তম তানগ্রবনি। বর্মশিং অত্থন মশা মশামক্কী মাঙনবগী মরম ওইরিব কয়িগীনো? মরমদি মখোয় হিংচাবনি, লমচৎ য়াওদবনি।

ভস্মাসুর কৌব হিংচাবন কয় তপ্ তৌরবগী মতুংদ ভগবান্ মহাদেবদগী বর ফংজখি। অত্থুগুম্ব বর অত্থন বর পীবিরিব মহাদেবগী অৱাব ওইখি অমস্মুং ভস্মাসুর মশামক

উং ওইনা ভুম্লনব মোংকম ওইখি। লমচৎ নৈতব মীশিংনা কংলিব বন্না অদু বন্না বাক্তে সিন্নাপনি।

ঐখোয়না Modern Civilisation অনৌবা সভ্যতা হায়জুনা খাগৎমন্নিবা ভসিদি অদুগুম্বতনা থনখ্রে। বি: এ: বুদি চন্না হেন্না তাংলে হায়না পাউবৌ তৌনব্রি, অম্বক্কী মতীক লাইরিক লাইগু হৈব হোভলগ, অদুক্কী মতীক য়েংখিনব, খৎনা-চৈনব করম্নসনম্ম হোভখ্রে। কন্নিগুম্ব পৃথিবীগী মকম অমত্তদম্ম করম্নসনগী লাম্মৈন য়ৌদব লৈত্রে। মোংম নোংমগী খুদোংথীব অম্বম হেক্তিল্লক্লি। লাইরিক হৈতব মীশিংনা সমাজগী অন্নাব ওইহনবদগী, লাইরিক-লাইগু হৈব্রব শিক্ষাগী মভাল কংলব মীশিংনা শক্কক চাম হেন্না সমাজগী মাভননব তৌই হায়বদ এটোম্ অম কাওব চিংননীংভাই লৈত্রব ব্রাক্ষম্মি। ডিপার্টমেন্ট পুম্নমক্তু, করম্নসন তৌব্রিব কমানো? লাইরিক হৈবশিংনি। লিহ্লাদ শঙ্গোম্ব পীথক্লগ মহূতমক হেনগৎলি। লমচৎ য়াওদব মীশিংদ ইডুকেসন পীরুবগী কলন মাবু শেম্বীব্রিব সমাজ অদুগী মথক্ত শেঙ্গা-থুমজা মীওৎ-মীনৈ বিশ্বাসঘাতক তৌবদ হৈ-শিংননব খুৎলাই ওইনগ্রে। কৈ মচা চাউমনব য়োকপ তাগ্রে, মন্নম অসিন অহানবদ Character লমচৎ শেমজুন, পাত্র মতীক চাব্রিডেগী মমাঙদ Education শিক্ষা পীব খ্বাইদগী লানব অমনি। ছাত্র পুম্নমক সদাচারী অমম্ম ওইন্নবগী মতুংদ অন্নাংব Education পীগদবনি।

Life without ethics is living death—সদাচার য়াওদব পুন্সি অহু হিংন-হিংব শিব্বনি। Man minus character is beast লমচং খায়দোক্লবদি মীওইবস্তু শাদি। সদাচারগ লোয়নব শাতবু মীওইব কৌবনি নত্রবদি খেন্নদে। অপাম্ব, অকীব, তুম্ব, চাব, কোয়ব চপ মান্নে। মখোয়স্ম অরা-নুংঙাই অপাম নুংশি খঙই। লমচং অহুতব মীওইববু হিংলি খঙনবনি। Without character a man or women is considered as dead while living—লমচং য়াওদ্রব নুপা নত্রগ নুপী অহু হিংলিঙৈদ হায় শিগ্রবনি।

লমচং ফত্তব হায়বসি পোকপদগী শিবকাওব লোয়নগদবনি হায়ন ঈশ্বরন পীরকপ খুদোল অম নত্তে। ঙসিগী ওক্রুব ডাকু, গুণ্ডা, মীহাৎপ, নিশা চাব, শরাবী, জুরারীশিং অসি অফব সঙ্গ তৌরবদি হয়েংগী সাধু, যোগী, ঋষি, মহাত্মা অমদি ধর্ম চেনব থোজাল হৈব মহাপুরুষ অমমম্ ওইব য়াই। সঙ্গগী অঙকপ শক্তি লৈ, পারস মণিগ সঙ্গ তৌরবদি নুঙশিংস্মু সনা ওল্লি। ঊগ সঙ্গ তৌবন য়োংব ঈশিংদ তাউই, তেনরান মীগ সঙ্গ তৌবদগী মীরোল থোকই। নুংশিংক সঙ্গ তৌবদগী ঊফূলন অরাংব আকাসত পাইখৎপ ঙম্মী। লৈরাংশিংগ সঙ্গ তৌরুবন নুংশিংন মনম্ নুংশিব ওইজে। নারদ মুণিগ সঙ্গ তৌরুবদগী ডাকু রত্নাকরন ঋষি বাল্মীকি ওইখি। শ্রীগৌরাঙ্গ চৈতন্য দেবগ সঙ্গ তৌরুবদগী জগাই অমস্নুং মধাইন অথোইব ভক্ত ওইখি। লেলন নুংশাদ তুম্বগুম অফব সঙ্গগী মমাঙদ ফত্তব লমচং ভুম্মী।

মীওইব মশান মশামকী ভাগ্য বিধাতা ওইজবনি। অকব মত্রগ ফত্তব লমচং মশান শেমজবনি। ভোয়ন তৌশিল্লকপ থবক্কী মহৈন হৈনবী (habit) ওইরকুই। হৈনবী হায়ব অসিম মপাল শাংলগ লমচংকী মহৈ য়াল্লকই। লমচংকী মরূ ওল্লগ 'ভাগ্য' destiny কৌব মহৈ অদু মশান লোকচৈ। ঙসি ঐখোয়ন ওইরিব অফব মত্রগ ফত্তব ফীভমশিং অসি হৌখিব ঐখোয়গী অফব মত্রগ ফত্তব থবক, হৈনবী অমস্থুং লমচংন শেমখিবনি। তুংগী ঐখোয়গী অকব নত্রগ ফত্তব, লমচং অমদি ভাগ্য অদু ঙসিগী ঐখোয়গী ৱাখল অমদি থবক্কী মখা পোল্লি। অশেংব ৱাখলগী থৌইনশিম্ন অকব থবক তৌহল্লি, ফজব অনৌব হৈনবীশিং (habit) অমদি মহৌশা (nature); ফজব ৱাখলন শেম্মী। ফজব ৱাখলন ঙক্ল ফজবব লমচং শেমদোকপ য়াই। অকব, অশেংব, অনৌব ৱাখলন অয়ানব ভাঙবদ চুদূন লৈগ্রব উকিলশিং ফাওব অচুম্ব চংপ অম ওইব ঙম্মী।

The secret of beauty is not dress and orraments but good character and the possession of Divine virtues "তশেংনমক্ ফজনবগী অথূপ্প লাইৱাদি ফজব লমচং অমদি অকব গুণশিংগী মপু ওইব মত্তম ফিজোল অমস্থুং লৈতেং-শিংদ লৈতে।" ফিজোল অমস্থুং লৈতেংগী ফজব অয়ুকী লিক্লাগুম্বনি। ফজব ফিজোল য়াওত্রগ অথীব শক্তু লেমহৌই। চানক্য পণ্ডিৎন অস্তুম্ন শৈশক্লম্মী। "নীংথিব ফীজোলন লৈতেংব মশক লোৎপ মুর্খন লৈবাক মীয়ক তীনবদ ৱা ঙাওত্রিবৈ মফজৈ।"

মীকোক খোংব অক্ষব জাতি অম ওইব দয়কায় লৈয়ব ঐখোয়ম মী পুম্নমক অক্ষব লমচং হায়ম অভ্যাস তৌগদবনি। মী অমমম্‌গী ফজব লমচংব অপূনব জাতিগী ফজব লমচং ওইগদৌরিবনি। নহারোল পুম্নমক্ত অতোপ্প শিক্ষা পীত্রিবৈগী মমাঙদ ফজব লমচং হায়ম তম্বীহৌখিগদবনি। মত্রবদি উংত ঘৌ হৈগনি, পুম্নমক অরেম্ব তাগনি। স্বামী শিবানন্দন লাউরম্মী—"Man needs now no more degree but Character no more study but wisdom." —হৌজিক মীওইবন করিগুম্ব লমচং নত্তব অতোপ্প ডিগ্রী, জ্ঞান্ নত্তব অতোপ্প অম মৈমচুন তমথনব করিম্নু দরকার লৈত্রে।

রোম অহিং অমত্তদ শেমখিব নত্তে হায়ব পাউরৌ লৈ। লমচং ফজব সদাচারী অম ওইব হায়বসি কনাগুম্বদগী গুণ থম্ম রায়মগ নোংম-নিনিদ হেক ওইব য়াব নত্তে। নাক-য়েং অকোয়বদ লৈরিব অক্ষব গুণ পুম্নমক চাওখংহল্লকপ তাই অচুভদ Personality, a man of good Character সদাচারী অম ওইগদবনি। লমচং চুম্ব মী অমদ করি করি গুণ চঙবগে, অমম্তং করম্ম মচু ফংগদগে হায়বসি গীতাগী ১৩ অমম্তং ১৬ শুব অধ্যায়দ মৈনবিগনি।

অখোয়ব উশিং অসি চেকশিনব, ফজব চঙখোমব য়ুম-কৈ শায়কপ মতমদ মমামব অতিংব অচুম্ব য়ুম্বী মরক্ত চমব অমম্তং শীজিমব য়ায়ক্তে, য়ায়বম্নু ফজদে, মীমায়দে। করিগুম্ব মমামব মরক্ত হাপ্প তায়বম্নু হোয়ায় থাহুম চুমখোক্লগ হাপ্লে। হোয়ায়

থাদুন চুম্ব উগ হায় মশাগী মহৌশাম চুমজব উগ মপাঙ্গলদ চুম্বদ কজবদস্থ থক মায়দে। কৰি কৰিগুম্ব চুম্নবব হোবায় থাদুন হোৎনবদ ভেকখিবস্থ কোঙ্গাইনি।

মতৌ অসিগুম অচুম্ব লমচং নৈতব মীশিংস্থ জাতিগী, নৈবাকী অক-নুঙাই, শেমগৎপগী থবক শীজিন্নব য়াদে। মখোয় অদু শীজিন্নরবদি মফম পূম্নমক্ত কয়ম্সন্ তৌরগনি। চৌক্রি কন্নমদাইদ চুমপোক্লবস্থ হায় মশান নৌরিবৈঙদগী চুম্নকপগ মায়রোই। সমাজগী সেবা তৌরমদাইদ লমচং চুমথোক্তব য়াদবনিন মহৌশা হৈবরক্লব অখোয়ব লমচংশিং অদু চুমথোক্লবদগী লমথাংদ মপুন্সি থাক্তেক্লদুন, কেমদুন মাঙখিবস্থ কয়া য়াওগ্রে। কানী থাদোকপদ মী কয়াগী মপুন্সি লোইশন্নরি। গঙ্গা থাদোক-পদ অরাব কযা যাওরি। ভাবতকী মহাপুরুষশিংন মায়কৈ কয়াদগী নিন্দা তৌরকপদগী চিত্তরঞ্জন্দাসন য়ু থাদোকপদ অরাবন মরম ওইদুন মপুন্সি কেমদুন শিখি। হেবোইন্ ফোব্ চাবশিং, ক্রগ এডিকশিংগী ফীভম্স্থ অসিনি।

মরম অসিন অদুকী মতিক নৌরিবৈ, ওল্লিবৈঙদগী ধর্ম অমস্তুং দর্শনগী নীতি নিয়মদ যুক্ষম ওইদুন মশান মশাগী লমচং শাজং চেকশিন্ন শেমগদবনি। মমা মপা ওইবশিংবস্থ ঙাইহাকী গুরুৎতুন মচা ওইবগী নুংশিব থাদোক্তুন অকনব নৈরাক লোয়নন, অশেংব অকব লমচং শেমগৎপীদুন তুংদ মশাগী অমস্তুং সমাজগী য়েক্লব ওইগদবদগী কনবীহৌগদবনি। মসিদ সরকারনস্থ থাইগী অহানব থাদোকপ য়াদ্রব অমস্তুং অথোইব ঙৌদাং ওইন লৌবিগদবনি।

মসিন অথোইব অমস্তুং অমত্ত ঙায়রব সমাজগী সেবা ওইবত মত্তম জীব জগৎকীস্থু সেবানি।

## করিগী লোৎন-লোৎন হিংগনি।

বিবেকানন্দগী ৱাহৈদ "সংসার অসি পাণ্ডব মীগী লৈকম্ মত্তে" হায়রি। মসিগ লোয়নন সোসাইটিদ, সমাজদ লম্চৎ ফত্তব মীশিংগী অক্ষোংব লম্বীস্থু লৈতে। অৱানব লম্চত্তগী মীওইবন মপাঙ্গল্ শোন্ৱ পাণ্ডব ওই। গুণ্ডাশিংন মাগী লৈকাইদগী, খুঙ্গংদগী লাপ্ন মনীং তম্ন চথোকপ ঙমদে, কয়াদ শোন্থ্রব, ওৎতৈ-পাতৈ তৌগন্ব পোংতোন্-শেন্দোন্বশিংন লম্বী হূত্থন ফিরুক খুম্থন চৎনরি। হূৱানবশিংন অহিং তূম্ব ফংনদন লোৎ-লোত্তুন হিংনরি। লম্চৎ ফত্তব মী পূম্নমক্ক সংসার অসিদ পূক্নীং লৈতান মীংথিন হিংব ঙক্কু ঙমদে।

পোকঙম্দন পোক্পনি। তেন্থ্রব মীওইবগী পুন্সিনি মিংকুপ থরতংদ হিংলম্গদব অয়ুক্কী লীক্লাগুম্ব, কোঙ্গোল্গুম্ব থংহোদন মাঙখিগদব ঙাইহাক্তুংগী ওইব পুন্সি অসিবু নুংঙাইফম্ থঙদন লাথৈত্থন করিগী লোৎন-লোৎন হিংগনি। শেন্দোল-থুমদোন্-নচিংবন মরম ওইত্থন ফিরুক খুম্থন করিগী পাণ্ডবগুম্ন চংকনি। ঙাইহাক্তুং কায়দোংথুন হিংমিন্নব অসিদ কনান কনাগী য়েক্নব ওইগনি। মালেম্ অসিদ নোংশা অমমম্গুম্ অকিব অৱোৎপ লৈতন থৌনা ফন হিংনগদবনি। লম্চত্ত শিত্র লৈতনব হোৎনথুন অৱোন্থ লম্বীদ হূরান্দুন হিংব পুন্সি ওইরোইদবনি।

"ঐগী ফনংব হোংনবদ মীগী কায়ননব থক্ তৌদ্রোইদবনি। ঐহোন্দ তৌহন্নৈংদব থবকশিং মীগী মফম্‌দস্থ থক্ তৌবোইদবনি" মসিস্থ লম্‌চংকী সংজ্ঞা অংনি। শিবানন্দন হায — "কংাগুম্ব অমন ভতোপ্পগী মবাল উবগুম মশাগী মন্নাল য়েংশিন্দুন উব্রব মহাক অত্তু থৌন্দন মহাত্মা ওইবগনি।" মসিমক লম্‌চংকী থাদোকপ য়াদ্রব পোংচঙনি।

## রেংমোংগী ঘাহৈং —

লম্‌চত্তুন অমত্তু ভায়রুব মায় পাকপ অমস্থুং মায়থীবগী থুদম্নি। লম্‌চংপু মায় পাব্লবদি, মহৈ য়াল্লবদি পুন্সিস্তু মহৈ যানবগী মায়কৈদ চঙশিল্লক্লি অত্তুগ লম্‌চংন মহৈ য়ান্দব মায়কৈদ নৈগ্রবদি, পুন্সি অত্তু শোয়দন নৈথা তাব ওইব্রগনি। মব্রম্ অসিন মতম্ পূম্নমক্ত কুপ্ন য়েংশিন্দুম্ন অকোয়বদ শম্বল্ চেংন খাজিল্লগ, পূক্নীং হকচাং ইন্দ্রি পূম্নমক লাকশিন্দুন, অমকুপ অমস্থুং অমোংপ লম্‌চত্তুগী ইশাবু কঞ্জনব, নৈজব শক্তি শীজিন্নতুন য়াপঙ চৌক্তুন হোংনগদবনি।

ডেং হাদেজ্রম্ন হায় —'যজব লম্‌চং হায়বসি অঙোব চেগুম্বনি। কংঙ্কগী দাগ্ অমুক্তং নৈগ্রবদ, অমুক হন্ন শেংদোকপ য়াম্ন লুই" মব্রম্ অসিন ইন্দ্রি সংযম্ তৌদব মী অমন লমচংপু য়োক্তুন থম্ব অব্রায়ব ওইদে। শিবানন্দন হায়— "He who has no control over his senses and is a victim to his greed, lust and anger is a miserable man He cannot have peace even for a second. His life

is a hopeless failure. ইন্দ্রিশিংবু খুংসম্ চন্দুন লাকশিনব ঙমদ্রব, অমস্নং মহাক্কী মিহৌব অপান্থ অমস্তং তাশ উবন পুন-শিন্দুন নম্থচুন থম্লব, শুক্ষৎনব মী অচু য়াম্ন তোল্লব, অরাং তাবব মীনি। মহাক্ক মিংকুপ অম ফাওব শান্তি ফংব ঙমদে। মহাক্কী পুন্সি অচু আশা নৈতন নৈথ তরুব অমনি। হায়ন শিবানন্দন হায়।

## অশেংব বাখল্

অফব অশেংব বাখল্ন লম্চংকী অমত্ত ওয়ব য়ুম্ফম্নি। মরমদি The world is ruled by ideas thought is the beginning of practice. Thought begets action. জগৎ অসি বাখলন ঙাক্লকুপনি। বাখল্ন থংকী অহৌবনি। বাখল্গী থবক পোকপনি। মরম অসিন জগৎ ফহনগে হায়রবদি ঐ ফব তাই, এ ফহন্গে হায়রবদি ঐন তৌরিব থবকু অচু অফব ওইগ-দবনি। ঐন তৌব থবকু অফব ওইব, লম্ংৎ ফগে হায়রবদি বাখল অফব ওইদব শুকয়া য়াদে। জীবগী সেবা, মীওইব পূম্নমক্ক অফব তৌনবগীদমক পোকপ পুন্সিনি। অফব থবকু ওইন তৌব ঙমদ্রবস্লু বাখল ফাওনদি জীব পূম্নমক্কী ফনংব থম্গদবনি। জীব পূম্নমক্কী ফাব খন্ব ঙমদ্রবস্লু থরায় থগে থাজবিসনু মীগী মাঙঅবতদি তোরোইদবনি।

Animal instinct শাগী ওইব ঈহৌ ঈথিন্ ফত্তব গুণশিংবু লাকশিল্লগ লাইগী ওইব গুণশিং অসি অভ্যাস তৌহূন চাও-খৎহল্লবদি মীওইবন শোয়দন লাইমকু ওইব ঙম্মী। আনন্দ

কুটিন্নগী অঙকপ ঋষি স্বামী শিবানন্দন হায় :—God became man, man will become God again, God plus desire is man, man minus desire is God. লাইন মী ওইরকই, মীন অমুক লাই ওইগদবনি, লাইদ অপান্ব তিন্সিল্লগ মী ওই ; মীদগী অপান্ব খায়দোক্লগ লাই ওই। লন-থুম্ পান্বগী অপান্ব, অপাম-মুংশিগী অপান্ব, অপান্ব অমি অসি মী অমস্তুং লাইগী থ্বাইদগী চাউব য়েক্লবনি। লম্চংকী মরল্ তুংখৎতুন পুন্সিদ মায় পাক্ল পাস্তুং য়োব পান্ব মীওইশিংন মসি পুম্থা থাদোক্কদবনি।

## লম্চংকী শিক্ষা

"কনাগুম্বন মশাবু অকব ওইনীংলবদি মহাক্ল অকব লম্চং সদাচারবু ভাক্ল-ইন্ন চংকদবনি। সদাচারবু পালন তৌগদবনি। মসিদগী অচৌব কান্নব অমি ফংগনি। আরোগ্য (অনা-লাইকোকপ) অমস্তুং ইন্দ্রি খুহ্‌ম্ চন্‌ব। লাইশিং, ব্রাহ্মণ, অহনশিং অমস্তুং ওজা-গুরুগী পূজা তৌগদবনি। অরুব ফিজোল্ শেৎকদবনি। শম্ লূন থমগনি, মায়খোং মকা লান্ন নোমোন্ নোক্ল লৈগনি। মতম্ চান কান্নগদব য়াম্দব, অমস্তুং অথুম্ব রা ভাঙগনি। ইন্দ্রিশিংবু লাকশিন্দুন থম্গনি। ধর্ম চেন্‌ব, মাঙোন্দগী নিগন্দব, ঈশ্বর থাজব, লৌশিংতাব, থৌনাকব অমস্তুং ভাকপীহৈব গুণশিং অসি তানশিনগদবনি। অয়ান্‌ব, ওইদব থকু ভাঙকদে। অতোপ্পগী মরল থকু লৌফদে। খৎনব পান্নোইদবনি। পাপ্ তৌরোইদবনি য়াম্ন কন্ন নোক্ফদে, নাত্তোন্ নোইফদে, অমস্তুং খোৎফদে। য়া ক্রক্

ক্রক্ চীকুফদে। লৈপাক্ খোংফদে। নাপী থংফদে। য়াম্ন হেন্ন তূমদব, হেন্ন ভুম্ব অমস্তুং হেন্ন চাব-থকৃপ তৌফদে। অথোইব অফব মীশিংগী মায়োক্ত লৈফদে। নুমিদাং শঙ্গোম্ অফম্ন চাফদে। নুপীশিংবু অপমান্ তৌফদে। মহাত্মা অমস্তুং গুরুশিংগী নিন্দা তৌফদে। নশাগী ব্রাশক্, ভাঙথোকৃখিব ব্রাফম্ অমত্তস্থ থুগায়ফদে। মতম মাঙহল্লোইদবনি। নশাগী নিয়ম্ থুগায়ফদে। মিহৌগন্‌ব অমস্তুং ফত্তব অপভবশিংগ মরূপ থক্ ওইরোইদবনি। অয়োন্‌ব ব্রা ফোঙদোক্‌ফদে। কনাদস্থ অপমান্ থক্ তৌবোইদবনি। চাউথোকপ থক্ তৌয়োইদবনি। মতম্মু থুত্তগী নাম্বোক্‌হল্লোইদনি। অব্রাবন থুদূম্ চল্‌হন্‌গন্নু, তপথব অমস্তুং থৌনাফব গুণ মতম পূম্বদ থক্ থাদোক্লোইদবনি।”

(চরক্ সংহিতা)

মন্নুন হায়— “আচার প্রথমো ধর্ম” ধর্মগী হৌরকৃফম্ ওইব অহান্‌ব পারা লম্‌চংনি।

নোল্লুকপ হায়বসি অফব অথোইব গুণ পুম্নমক্ হাপ্প য়াহন্‌ব পাত্রনি। “বিনয়াদ্যাতি পাত্রতাম্।” ফজব লম্‌চত্তি অথোইব লৈত্তেংনি। ফজব লম্‌চত্তন শাগৈবু ফজহল্লি।

## ‘লম্‌চংকী পোংচঙশিং’

ভক্তি যোগগী মতুংইন্ন লম্‌চং ফজব তানথংলক্লীব মীশিংগী য়েক্লব, তিখ্যং মঙা লৈঃ— (১) শাগৈ জাংকী চাউথোকপ, (২) মহৈ হৈবগী চাউথোকপ, (৩) ফম্ নাইবগী চাউথোকপ,

শকৃ ফজবগী চাউথোকপ, (৫) পাথং ওইব অমস্থুং পাঙ্গল্‌গী চাউথোকপ।

মনুংগী য়েক্লব অনি লৈ :— (১) অপাম্ব (কাম্) অমস্থুং (২) অশাউব। মথাগী থবক ১০ অসিগী মতুংদ অপাম্ব ইন্নচুন লৈ, সাধক্ল অসি পুম্থা থাদোক্কদবনি। (১) শিকাব পাম্ব, (২) জুৱায় শান্নব, (৩) নুংথিল তুম্ব, (৪) মীথিংগাই ওইব, য়েৎনব, (৫) নুংশিঙুবা নুপীগ তিন্নব, (৬) য়ু, কানি, গঞ্জা থকপ, (৭) নুংশিঙুবা নুংভোনগী ঈশৈ শকপ অমদি তাব, (৮) জগোয় শাব অমদি য়েংব, (৯) অকাম্ব অমদি খুলং ঈশৈ শকপ, (১০) দরকার লৈতন পঙকোয় কোয়ব।

পাপ্ নিপাল্‌গী মতুংদ অশাউব হায়বসি ইন্নে। (১) চুম্দব (অন্যায়), (২) থৌ-ৱা শাদব, (৩) মীওৎ-মীনৈব, (৪) কল্লক্ কঞ্জাওব, (৫) মীগী মৱাল্ অমস্থুং শিক্স য়েংব, (৬) নমথাক্, (৭) অয়াকপ অকন্ব ৱা শীজিন্নব অমস্থুং (৮) তমথিব।

লম্চৎ যজনবগী পান্থে তরুক্ :— (১) মহাত্মা, গুরুশিংগী সেবা তৌব, (২) ঈশ্বরগী নাম্ য়াম্ন শকপ শোনব, (৩) সৎ-সঙ্গ অফব মীশিং মহাপুরুষশিংগ তিন্নব, (৪) ঈশ্বরগী মতিক্-মগুন শীংথাব, প্রার্থনা তৌব, (৫) অশেংব লাইরিক গীতা, রামায়ণ, ভাগবত নচিংব নৈনব, (৬) তীর্থ কোয়ব অমস্থুং অশেংব মফমশিংদ বাস তৌব।

গুণ মরী :— (১) নাপীগুম্ন নোল্লুকপ, (২) উ-পাম্বীগুম্ন খাঙব কনব, (৩) অতোপ্পশিংবু মান থাগৎপ নত্তন মীন মাবু

থাগৎপ পামদব, (৪) মতম পূম্নমক্ত ঈশ্বরগী মিথৈ শক-শোনব গুণ মরী অসি ভক্তি যোগগী মতুং-ইন্ন লম্‌চৎ ফজরকপগী খুদম্নি।

পাতঞ্জল্ মহর্ষিন পীরম্ব লম্‌চৎকী থাদোকপ য়াদ্রব খ্বাইদগী অথোইব যোগগী কৈরাক্ নিপাল্ :--

(১) অহিংসা— থংক্ল, বাহৈন. ৱাখল্‌ন জীবগী ৱানব খক্ তৌদব, (২) সত্য—অচুম্ব, (৩) ব্রহ্মচার্য্য — থবক্তে, ৱাহৈদ, পুক্নীংদ ব্রহ্মচার্য্য ওইব, (৪) অস্তেয়— হূৱান্দব, লল্ শৈশিন্দব, (৫) শৌচ— মমুং মপাল্ শেংব, (৬) সন্তোষ— অপেন্‌ব, (৭) তপস্যা— তপ. তৌব ( austerity ) অমসুং (৮) স্বাধ্যায় — অশেংব ধর্মগী লাইরিকশিং নৈনব অমদি ঈশ্বর প্রনিধান্ খাকৃচব নৈতন ঈশ্বরদ আত্ম সমর্পণ্ তৌদুনা চঙজব বাজ-যোগগী কৈরাক্ নিপাল্ অসিবু কনাগুম্বশিংন মীওইবগী লম্‌চৎ লম্‌জিং Guide of human conduct হায়নম্ব কৌনৈ।

গীতা শাস্ত্রগী মতুং-ইন্ন লমচৎ ফজনীংব মী অমন মথাগী গুণশিং অসি তান্‌শিন্‌ব থাদোকপ য়াদন দরকার ওই।

অথোইব মতৌগীদমক চাউথোক্তব ( অমানিত্বম humility ) নাপল্ তৌদব, অহিংসা, ভাকপীহৈব ( ক্ষান্তি : forgiveness) পুক্নীং, ৱাঙাঙ চম্ব (আর্জবম্ uprightness), গুরু সেবা তৌব, (অশেংব purity), তপ্‌থব. ইশা খুদুম্ চন্‌ব, ( আত্মবিনিগ্রহ: ) মালেম্ অমসুং লাইরৈবাক্কী বিষয় পূম্নমক্ত অপাম্ব নৈতব, ঐ হায়ব ৱাখল অহঙ্কার য়াওদব. পোকপ-শিব, অহল ওইব অনাবনচিংবগী মরমদ হন্ন-হন্ন বিচার তৌদুনা ৱাখল্ খন্‌ব।

অকিব লৈতব, পুক্নীং হকচাং মায়ন শেংব। দান্ তৌব, ইন্দ্রি খুদুম্ চন্ব, অশেংব লাইরিকশিং নৈনব, ধর্মগীদমক্ত অরাব থাওব, অচুম্ব নুংশিব রা ঙাওব, শাউদব, মীংচৎ অমসুং মহৈ (ফল্) গী আশা থাদোকপ, পুক্নীং লৈতাব, শান্তি, কমাদসু নিন্দা তৌদব, জীব পুম্নমক্ত থৌজাল হৈব, অচুম্বগী ওয়-তৈনব লম্বীদ চৎপদ ইকাইব, রায়েম্-থৌরেম্ তৌদব, থৌনাফব তৌই-গুম্বসুং কমাগুম্বগ য়েক্লব ওইদব, তপ্থব, ঐ লমচৎ ফজরে হায়ন মীন থাগৎপদ চাউথোক্তব, অমসুং নাপল্ তৌদব অসিনচিংব গীতাগী অঃ ১৩ গী ৭, ৮ অমসুং অঃ ১৬ কী ১, ২, ৩ দগী খরদং লৌখত্তূন উৎচরি: মপুং ফানবগীদমক্তদি গীতাদ কূপ্ন নৈনবীগনি।

স্বামী শিবানন্দ সরস্বতীগী আধ্যাত্মিকী মরু ওইরব পাউতাক ২০ (কুন্) (Twenty important spiritual instructions) অমসুং সাধনা তত্ত্ব (science of seven cultures) অভ্যাস তৌত্নুন হোৎনগদবনি। মসিদ পৃথিবীগী ধর্ম পুম্নমক্কী মচিওইব লম্চৎকী অথূপ্প পুম্নমক অথোইব মওংদ যুগ্ক চাম্নহন্দুন শেম্লব য়াম্ন পীকশিল্লব পাউতাকুশিংনি।

মীওইব হায়বসি শাগী শরূক খর অদুগ লাইগী শরূক খরগ অনিগী পোৎচঙ্ব ওইবনি। শক্তমদ মীওইব মথোঙ অনি পান্ব শানি। জ্ঞান্দ মীওইব তৌওম্দব্ লৈতব লাইনি। মীওইব শুকৃলান্মক্ক লান্দব ঙস্ব নস্তে। লাল্লে খঙলবদি-

থাদোক্লব ভমজব শক্তি শীজিন্নহুন হোংবব অহুতনি মীওইবগী গুণদি। মীওইবব সংসারদ লৈরিবৈদ শারমচংকী বাখল ঈথিল শুকফাও ফাওহন্দব ভস্ব মস্তে। অহুবু ভমজব শক্তি, লৈজব উপাই শীজিন্নহুন লাকশিন্ব ভস্ব মী অহুবু মীওইব কৌবনি। মন্ত্রবদি মীওইবস্থু শামক্কি।

ফংভমদন ফংলব তেল্লব মীওইবগী পুন্সিদ মপূং ফাব অমস্থং মহৈ য়ানব মপোক অম ওইনীংহুন ফজব লমচংপু তানশিনবীরিবশিংন ঋষি পতঞ্জলিগী যম্ নিয়মচিংব, অস্টাঙ্গ যোগ হায়ব যোগগী কৈবাকু নিপাল্, গৌতমবুদ্ধগী ( The Eight fold paths ) অচুম্বগী লম্বী নিপাল্, অহুগ বাইবল শাস্ত্রগী ( Ten Commandments ) য়াথং ১০ (তরা) অমস্থং Sermon on the mount হায়ব যীশুন চীংথক্তু পীখিব পাউতাক, মখোয়শিং অসিদগী অমবু প্রাক্টিস তৌরিব মী অহু কুইদম উত্তম পুরুষ ( greatest man ) ওইগনি হায়ব অসিদ "অত্র ন সঞ্চয়" শম্বুম্ অম চিংবমীংঙাই লৈতে।

হৌগংলো য়াকায়রো অমস্থং লেপ্পগনু,
পন্থুং মাবু ফংদ্রিফাওব।
( উত্তিষ্ঠ জাগ্রত প্রাপ্য বরান্নিবোধত। )
( কঠোপনিষদ্ )



# শা চাব অচৌব পাপ্নি

আহারশুদ্ধৌ সত্ত্বশুদ্ধি
সত্ত্বশুদ্ধৌ ধ্রুবা স্মৃতিঃ।
স্মৃতিলাভে সর্বগ্রন্থীনাং বিপ্রমোক্ষ.।

চিঞ্জাক্তু শেংলগ মহৌশা (পুক্নী, হকচাং, ইন্দ্রি পুম্নমক) শেংই। মহৌশাদা শেংলবদ নীংশিংনব লেঙদব লৈ নীংশিংনব শক্তিন লৈরবদ মী অহু (বন্ধন) অরাব খুদোংথীব পুম্নমক লাস্থোকই। (ছান্দোগ্য উপ: ৭।২৬।২)

The mind is made out of the subtle essence of food.

চাখ্রিব চিঞ্জাক্কী য়াম্ন কুপ্প মচিগী শরুক্তু পুক্নীং শেন্মী।
(স্বামী শিবানন্দ)

"চিঞ্জাক্তু লৌশিংগী মচু শংই। নমথি-হাথি, অপুম্-অশা চাব কাক্তু পঙই। হৈনৌ মপাল চুপ্প তশেংব উচৈ চাব কোকিল্ন শিংই। মরম অসিম অপঙব কাক্তু অশিংব কোকিলগী মচাবু অরেম্বদ য়োকই।" নমথি-হানৈব অমাং-অশোই, অপুম্-অরাক্তু চিঞ্জাক ওইব হয়িংবু কনানস্মু অগা-পোংত তোংহন্নীংদে। লায়না পোরকম ওইব মাবু কনানস্মু পায়দে। অহুপ লৈহি লৈরিক্তু, অথুম্-অহাওনচিংব অশেংব পোংব চিঞ্জাক ওইব হয়িংখোইশিংদি মখোয়গী মপুক মনুংদ য়োংশিল্লুবদগী ওথোরকপ খোইহিবু জগংন অমৃতনি হায়ন অশেংব ওইনা পায় শীজিন্নরি। মথী-ময়ুং, খোইক্তু-খোইরা

কাওব মীওইবগী দরকার ওইব হিদাকাচিংব থবক মরম কয়াদ শীজিন্নবি অমসুং পুজা তৌবগুম্ লুন য়ুমদ য়োক্লবি।

চিঞ্জাকী মতুং ইন্ন পৃথিবীগী মী অসি ক'ণ্ডলুপ অনি থোক্লু খাইদোকপ য়াই। নিরামিষ ( vegetarian ) মনা-মশিং উইহ-রাহৈন চিঞ্জাক ওইব। আমিষ ( Non vegetarian ) শা-ভাগী শদুম শদোং চব কাণ্ডলুপ।

## শা-ভুঁদি মীগী চিঞ্জাক নত্তে

শা-ভাগী শদোং রাজসিক অমসুং তামসিক আহাবনি। শা-ভাদি শাভাগী চিঞ্জাক্নি। মীওইব ঐখোয়গী চিঞ্জাক নত্তে। মীওইবন শা-ভাগী শদুম্ চাবদি, চিঞ্জাক পুক্নীং, হকচাং, রাখল শেমখিব মরম হকচাং অদু শা-ভাগী ঈচেল চেনগনি অমসুং পুক্নী', রাখলনচিংব শা-ভাগী গুণ চেনগনি। জগৎন পায়রব শান্তি অদু মীওইবন শা-ভা চাবীব মথৈ পুরকপ ভয়োই! ক্যংডমরব মীওইবগী মপোক পোক্লগ শা-ভাগী গুণদ অমুক হাইলবদি জীব পুম্নমক্কী নিংথোরেল ওইরিব মীওইবগী গুণ নত্তে। য়ু থক্লিবশিং অসি শা-ভা চাব মীগী মরক্তগী ভাক্ত ওই। শা-ভা চাব মীশিংতন অয়াম্ব অতোপ্প নেশাশিং শীজিন্নবমী। মীহাৎ-মীপুন, থৎনচৈনব মথোয়গী মবক্তন য়াম্ন হেন্ন থোকই। পৃথিবীগী শান্তি থুগাইব পুম্নমক মতম পুম্নমক্ত শা চাব, য়ু থকপ, নেশা য়াম্ন শীজিন্নব মীশিং, দেশশিংতন হৌরকখি। শ্রীএ,বি, ড্যাবিজ, গোসপেল, খৃষ্ট্যান্ এসোসিয়েসন্ ইন্সটিট্যুট হেমিলতোন হায় :–

"শদোং চাব নত্রগ শদূম চাব অসি কন্ট্রা বাইওলোজিকেল্ (চাওখংলব জীবগী) ডাইট্ নত্তে। থোইদোক্ল মীওইব জাতিগী লৈখা তাননব অচৌব ফেক্টর অমনি..." ইংলেণ্ডগী ফাওব্রব জর্জ বেনার্ড-শোনা হায়খি : As long as man torture and slay animals and eat their flesh, we shall have war' (মীওইবন শা-ডাশিংবু ওংপীব্রিব অমস্তুং হাত্তুব মখোয়গী শদোং চ'ব্রীব মথৈ ঐখোয়ম লাল তৌখিগনি) তশেংবমক শা-ঙা চাব হায়বসি থৌজালগী ব্রাংমদ ভম্থিবগী শাজেল অমনি। ভম্থিব হায়ব অসি পৃথিবীগী অকাওব অমস্তুং অচৌব মীশিংগী ওয়-তৈনব গুণনি। পাইঠাগোবাস্ন শা-ঙান চিঞ্জাক ওইব অসি পাপ্নি হায়ন খিংলমই। শা হাংপ হিংশাবাদীশিং অমস্তুং মগ্নাল লৈজত্রব জীবশিংগী শদোং চাব-শিংবু পৃথিবীগী ব্রাখল খস্থব অকব ঢুপা-ঢুপী পুম্নমক্ল তুক্কচৈ। সমাজদ শা চাব মরক্কুগী লমচৎ ফজব খক থোরক্তে। ঙসিগী চাওখংনীংলব জগৎত শারেনশঙ থমতুব শদূম য়োনব অসি চাওখংপা অমস্তুং কলচরদ ইকাই খুম্নদবগী ময়েক লাব্রব পুদম্লি।

## মরুম খুদিংযক্ল শা চাবন শোংথৈ

কমাণ্ডম্বন হায়নৈ, শা চাব হকচাং কৈ, পাঙ্গল কর্ল্লি, বুদ্ধি লৌশিং চাওখংলি। মসি অরাম্বব অমস্তুং খঙব ব্রাংপগী দোষনি। শা চাব জীবশিংন ভম্থিবনচিংব কত্তব গুণশিংদ হেন্ব মক্তন মমা-মশিং চাব জীবশিংদগী অকব গুণ পুম্নমক্ল

হেন্নবৰ মৰম কৰিস্তু লৈতে। শদোং চাব কৈ নোংশান হাজং চাব শামুদগী কন্‌ব চাউব অমস্তুং পুন্সিব কৰিস্তু হেন্দে। শাহিং চাব জীবশিংগী মৰক্তু উহৈ-ৰাহৈ চাব য়োংগুম্ন শিংব য়াওদে। অতোপ্প শা চাব জীব পুম্নমক্ক মাপী চাব যণগুম্ন অথাঙ কন্‌ব অমস্তুং মপুক তপ্প থক ঙমদে। শম্ন হায়ৰবদ শদোং চাবশিংদগী মিৰামিষ চাব পুম্নমক্ক মৰম খুদিংদ হেল্লি হায়বগী খুদম ৰাংকদব লৈতে। মীওইবদ য়েংলবস্তু মতু মঙাই ভাৰতকী মনুংদ কনব, চাউব পঞ্জাবীশিংন হেল্লি, লৌশিংদস্তু খা ভাৰতকী মাদ্ৰাজিশিংন ভাৰত পুম্নমক্কগী হেল্লি। দৰ্শন্দ, সাইন্সত, জ্ঞান্দ, পুম্নমক্ক শা-ঙা চাদবন হেল্লি। হকচাং শাজেল তৌবশিংগী মৰক্তস্তু হামেং, য়াও চাদুন হোংনবশিংন ৰাম মুৰ্ত্তিগুম্ন কন্‌ব কনাস্তু য়াওৱি। ডাঃ এমঃ ভিঃ সেল্‌মন্‌ন মাগী হেল্‌থ এণ্ড লোন্‌জেভিটি কৌব লাইব্ৰিক্ত পীৰি :— আমেৰীকাগী হকচাং শাজেল্‌গী স্কুল্‌দ শা-ঙা চাব ছাত্ৰশিংগ মৰা-মশিং চাব ছাত্ৰশিংগ, ( দণ্ড বৈথক ) হৌগৎ-ফম্‌থ অমস্তুং বুকুদন্‌ তৌতুন পাঙ্গল চাং য়েংনখি, অতুদ শা ঙা চাদব কাঙবুন শৰূক অনি অনি হেন্ন খাঙখি। পুম্নমক অসি খঙলবদ শা চাব থাদোকপ ঙমদবশিংন থাদোক্লব উপায়দি থিম্নতুন শা-ঙা চাবন হকচাং কৈ হায়ন প্ৰচাৰ তৌব অসিদি জাতিগী মথক্ত অচৌব মীনস্ব অমনি।

## চিঞ্জাক অমসুং পুক্নীং হকচাংগী মরী

চিঞ্জাক পুক্নীং-হকচাংগ য়াম্ন মক্কে অমসুং থাদোক্নব য়াদব অচেৎপ মরী লৈবৈ। উপনিষদন হায়রি—চিঞ্জাক্ন ওইরিব অহুমক পুক্নীংন ওই। 'অন্নময়ং হি সোম্য মনঃ।'
(ছান্দোগ্য— ৬।৫।৪)

চিঞ্জাক্কী প্রভাব্ পুক্নীংদ তাই। চাখ্রিব চিঞ্জাক্কী থ্বাইদগী য়াম্ন কুপ্প মচি ওইব শরূক্ন অন্তকরণ্ পুক্নীং শেম্মী। অনিশুব থাক্কী শরূক্ন বীর্য, অহুমশুব শরূক্ন ঈ-নচিংব অমসুং মরিশুব অপৌব শরূক্ন হকচাংগী মপান্দ পুথোকখিগদব অমোৎপশিং ওইখি। চিঞ্জাকশিং অহুম য়াওরিব মচি ওইব প্রাকৃতিক শক্তি অমসুং গুণশিং অহুন চারিব মী অহুগী হৌনশা শক্তম, স্বভাব্ শেম্মী।

চিঞ্জাক শেংলগ পুক্নীং হকচাং শেংই "আহার শুদ্ধৌ সত্ত্ব শুদ্ধি" (ছাঃ ৭। ২৬। ২)। মরম্ অসিন হকচাং অমসুং পুক্নীং বুদ্ধি অশেংব ওইননবগীদমক অশেংব চিঞ্জাক (সাত্ত্বিক ভোজন্) ওইগদ৯নি। চিঞ্জাক খন্বদ য়াম্ন চেকশিনগদবনি। মরমদি চিঞ্জাক অহুন ঐগী পুক্নীং হকচাং ওইরক্নদৌরিবনি। শিবানন্দন হায়— You are, what you eat নত্ত কনানো, মতুন চারিব চিঞ্জাক অহুনি।

য়াইফ গুণবু তান্দুন য়োইবু-য়োইহেল পাম্লিব মীওইবন অশেংব চিঞ্জাক সাত্ত্বিক ভোজনবু পাম্ন লৌগদবনি। মতুংদ পুকচেল ফজব, রাখল থৌব অমসুং হকচাং ফব ওইগদবনি।

## শা চাবন অনাব পোকহল্লি

পৃথিবীগী লায়না অয়াম্ব শা-ঙা চাবদগী পোকই। অনৌব সাইন্টিষ্টশিংন কুপ্ন থিবদগী অরোইবদ খঙনবে মতুদি শা-ঙাগী শদোংদ অঙকপ মখলগী হূশিংন শন্দোক্লুন লৈরি। পৃথিবীগী অফাওব ডাক্তরশিংন লাউথোক্লি:— শা-ঙা চাবন হকচাং মাংহল্লি। তাং তাংদ চৌকপ (rheumatism) নচিংব অনাব কয়া পোকহন্বত নত্তন ঙাকথোকপদ ব্রাব্রব লায়েংব ঙমদ্রব ঈশিং মরিগী লায়না (uric-acid। যক্ষ্মা (consumption), লাইরেল্ শজিক্ cancer) অমসুং থীবোং-থীরিন্ শোক্ল নাব· (appen-dicitis) নচিংব লায়না কয়া পোকহল্লি। হকচাং মসুংদ তৌল লৈব অমসুং ঈশিং য়াফম্নচিংব অনাবশিং শা-ঙা চাবগী ফলনি।

শিবানন্দ—"Meat eating is ruinous. Meat is not at all necessary for keeping up of good health. Meat is highly deleterious to health. It gives rise to tape-worm and disease of the kidneys, Killing of animals for food is a great sin.

Control of mind is very difficult for those who take meat etc.

Mark how the meat eating tiger is ferocious and the cow, elephant, that live on vegetable matter are mild and graceful."

"Beef, wine, garlic, onion etc. are Tamasic food stuffs. They fill the mind with anger, darkness and inertia."

শা চাব হায়বসি মাঙ-তাক্লবগী মশক্তি। হকচাং ফব অম ওইনব শেমগৎপদ শদোং চাবগী তঙ্গাইফদব করিস্মু লৈতে। শা চাবন শাকব health তা য়ায় য়ৈখায়ব ওই। মসিন টেপ্-রায়ম্ কৌব তীল পোকহল্লি অমস্তুং কিডনিগী লায়না পোকহল্লি। অতুগ চিঙ্গাক্কীদমক্ত শা হাৎপ অচৌব পাপ অমনি। অতুগ শা-ঙা চারিব মখোয় অতুন পুক্লীংবু লাকশিন্ন হায়বসি য়ায় রানা থোকই।

য়েংশিনব য়াই মতুদি, শা চাব কৈনা কয়াদ তমথিগ্নিব অতুগ মনা-মশিং চাদুন হিংব যগ-শামুন কয়াদ ঈংলিব অমস্তুং মপুক তপ্লিব।

শা-ঙা, যগগী শদুম, য়ু, তিহেল্লৌ-চনম্ অসিনচিংব ভামসিক ওইব কাঙলুপকী চিঙ্গাক চাবন পুক্লীংদ অশাউব অমস্ব অমস্তুং তন্থহনবন থলহল্লি।

## প্রক্লতিগী ঈঙ্গিৎ

মচৌশাগী ওইব প্রক্লতিগী ঈঙ্গিৎ য়েংলগস্তু মীওইব, ঙা-নচিংব শদোং চাও হায়ন তম্ব জীব নত্তে। শা চাদুন হিংব কৈ-নোংশানচিংব জীবশিংগীদমক্ত মখোয়ন শা চাবদ শীজিন্নব হুইয়া হায়ব অথৌব ময়া পাল্লী অতুগ নিয়ামীষ চাব যগ, ঈয়োই-নচিংবগীদি হুইয়া পান্দে, অতুগুম্ন মীওইবগীস্তু শা চানব হুইয়া পান্দে। করিগুম্ব মীওইববু শা চাও হায়ন তম্নবদি অথৌব হুইয়া শোয়দন পানবীরম্গদবনি।

শা চাব জীবশিংন ঈশিং থকপ মতমদ খজিক-খজিক মরৈন লেকু-লেক্কুন থকই। চিংশিল-চিংশিল্লগ য়োত্তুন থক্তে, অতুগ শা

চাদব জীবশিংন খোবুম্ থম চিংলগ পং-পং য়োন্তুন থকই। মীওইবম্ন লেক্লগ থক্তে, চিংলগ য়োন্তুব থকই। মরম অসিন মীওইব শা-চাবগী কাঙলুপ্ত চন্দুম প্রকৃতিন শা-ঙা চাও হায়না ভমদে হায়বসি থঙই।

হিংসাগী মিৎয়েংদম্ন পাম্বী অমস্তুং জীব য়াম্ন খেনৈ। মনা-মশিং অমস্তুং উহৈ ব্রাহৈনি, মনা-মতোন্ অমস্তুং মহৈ থদস্তুন হেক্তোকখ্রস্ন শিদে, হিংতুম নৈহোই। খুদম্ ওইন হুব্রাই মতোন্ থংপ অমস্তুং হঙ্গাম্ পেরে থংখ্রগ ভেম্ন মশা লোঙব অমস্তুং মহৈ য়ানব ওই। অতুগ শা-ঙা, য়েম্নচিংব জীবশিংদি শদোং লোখোকখ্রগ হিংব ঙমদে, মঙকু থদংখ্রগ চোংহনব ঙম্মোই। শদোং শদূম্ হিংসা য়াওদন থকু ফংব ঙমদে, মরম অসিন শা-ঙা চাব হিংসা ওইব মহা পাপ্নি।

মনা-মশিংমচিংবদি শেম্নগ সুমিৎ কয়ানিমক্তম থম্বদ পথ-পুমথদে, নম্থিদে অমস্তুং পুক্লীংদ হঙ্গোইব পোকহন্দে। অতুগ শদোংদি শেম্নগ মতম খরদং থম্বদ য়াম্ন থুন পথ-পুমথরক্কই। হুম্বিং রা-রা ইল্লি, হল্ চঙলকই, মনম্ মম্থি অমস্তুং পুক্লীংদ তুকচব-হঙ্গোইব পোকই। মরম অসিন শা-ঙাগী শদোং, অমোংপ অমস্তুং শেংদব চিঞ্জাক অশুদ্ধ ভোজনি।

## শা চাব অচোব পাপ্নি।

পুম্নমক অসিগী মথক্ত ধর্মগী মিংদ শা-ঙা হাত্তনে হিংসাগী থবক্ চথম্বিব অসিদগী হেম্ন তম্থিন লানব নৈতরে। মুসলমানশিংনা

চাকহেন্ থা, দুর্গা পূজা অমসুং বতদিন্নচিংবদ শা ঙা হাংপ অসি ধর্মগী মিংদ সমাজগী বিশ্বাসঘাতক্ তৌবনি। মসি লাইগী পূজা নত্তে, থিবোং-থাউগী পূজানি। দুর্গা পূজাদ কয়ি-গুম্ব মতমদ মী কাওব বলি তৌরম্মী। শ'-ঙা বলি তৌহন দুর্গা পূজা তৌব অসি আসাম পূম্নমক্তগী চৎনরম্মী। শ্রীশঙ্কর-দেবন বৈষ্ণব ধর্ম শন্দোক্লগ জীব হাংলগ লাইনীংব অন্ধবিশ্বাস অসি মুথৎখি। মহাক্ন হায়খি, "দেবী পূজাদ জীব হিংসাগী কয়িগুম্ব নিয়ম্ অমত্ত লৈত্তে। কয়িগুম্ব লৈরম্লবদি ঐ ইশামক দেবীদ বলি কখোক্কনি।" নোংম শ্রীরামকৃষ্ণপরমহংসদ মাগী মরূপশিংনা 'কুমসিদি দুর্গা পূজা তৌরবোইদ্রে হংলম্মী?' পরমহংসনা 'ঐদি য়া তেক্লে' হায়না খুম্লম্মী। ত শংবমক হায়েং, য়াও, ঙামু-খুমুনচিংব চ'ব থকনগী নত্তনা ভক্তি মুক্তিগীদমক্ত কনানম্ব দুর্গা পূজা তৌনদ্রে। শ্রীরামচন্দ্রন য়েক্নব জয় তৌনবগীদমক্ত দুর্গা পূজা হৌদোকখিবনি অদুদদি জীব হিংসা তৌদনা হৌজিক্ত হ'মেং, য়াও, ঈরোই বলি তৌনরিব অসি হিংচা-য়াইতম্ব কনান হৌদোকখ্ব ভূট প্রেতকী লাইনীংনো? বেদ পুরান্নচিংব শাস্ত্র ধর্মগ্রন্থশিংদা হিংসা তৌহনা ঈশ্বর নীংবগী পথাপ্ অমত্তম্ব থিব ফংলোই, খৃষ্টমাসকী মতমদ যন্দং, ঈরোই, ওক, যম্নচিংব হাত্তুনা পালন্ তৌব খৃষ্টান্ ধর্ম অমসুং বাইবলদ য়াওদব লমথাংদ হিসাবাদীশিংনা শেমজিনব নিয়মনি। মুসলমানশিংনা ইদ্নচিংবদ হামেং, য়াঁও, ঙামু-খুমু হাত্তুনা চাব কোরালদ থিব ফংদব ধর্মগী মিংদ অত্যাচার তৌবনি।

ধর্ম পুন্নমক অচুম্ব ফংনবা লম্বীশিংদা পৃথিবীগী ধর্ম অমত্তদম্ব শা-ঙা চাও হায়রব নিয়ম্ লৈতে, অচুম্ব হায়রদু করিনো ? ভগবান্ যীশুন হায়খি :—"ঐঙোন্দ তৌহন্নীংব অদু মীঙোন্দসু তৌ।" 'ঐঙোন্দ তৌহন্নীংদবা অদু অতোপ্পদসু তৌরুগনু' মুম্ন অমুক্তং থন্ব য়াই, ঐগী ইচা-ইশূ, ইচিল-ইনাও, ইমা-ইপা, অসি, কনাগুম্বনা হাংপ অসি য়ানীংব্রা ? মসি কনানসু তৌহন্নীং-দ্রব ব্রাফম্লি, অদু ওইরবদি ঐন মীগী মচা-মশূ হাত্তুন চাবা অসি করম্ন য়ানীংক্কম্ থোকপগে ? শা ঙা চাব অসি অতোনবা জীবশিংগী মফমদ থোজাল্ লৈতব ঈশ্বরগী মফমদ তৌবিমল্ খঙদব অকন্বনা অচুম্ব শকুপ মীওইবগী অচৌব দোষনি। জর্জ বেনার্ডশোন মীওইববু ফাগীন করেম্নরি করিগুম্ব কন মী শোক্লম্বদি হিংসানি কৈ হাংলু হায়নৈ। অদুগ মীন কৈ হাংপদি শিকারনি হায়নৈ, হিংসা ওইন লৌনদে। মসিনি মীওইবগী মশাগী ওইজবত্ত য়েংব। জীব পুন্নমক্কী ময়াম্ব ওইত্তুন অতোনব জীবশিংবু মনাও-শিংমক্কী মতৌগুম্ন ঙাকপী-শেন্বীননব ঈশ্বরগী থোজান্দগী অথোইব মপোক ফংলব মীওইবনা, লমহূইগী মচা কৈশালন লাইরিক তন্বীরগ অমমম্ চাখোক্লম্বগুম্ নাক্-য়েত্ত লৈরিব শা-ঙানচিংব মরাল্ লৈতব অতোন্ব জাবশিংবু ঙম্মী হায়দুন ওং-নৈবীব অমম্বং হাত্তুন চাথোকপ অসি মপোক কয়ারক মরক্ত তাননব শীংথাব শুমদ্রব অচৌব পাপ্ অমনি। অফাওব চানক্য পণ্ডিতন হায়রম্মী,— "মথন্-মথন্ত হৌজব্ মনা-মশিং খরতনম্ব পুন্সি লেন্ব য়াববু থিবোং-থাউগীদমক্ত শা-ঙা হাংপদি অচৌব

পাপ্ ভাৱবনি।" চাৱিব অহুম কান্নৱিবদি ওাইহাক্তং কাওব অহুনি অহুপ শিৱিব অহুদি থরায় হকচাং পুরুমক মাঙজরে।

ভারতকী ঋষি, যোগী পুরুমকু "অহিংসা পরম্ ধর্ম" অহিং-সাম অথোইব ধর্মনি হায়ন লাউরি। জাতিগী পল্ছৌ মহাত্মা গান্ধীগী অমত্ত ওায়রব অথোইব থুংলাইদি অহিংসানি। যোগী-শিংগী লৈবকম ঈশ্বরন অবতার ভৌহুম লাংওনকম্ গান্ধীজিগী পোক্লকম্ শেংলব ভারত মাতাগী মপারী মমোম্শিংন হিংসাবাদী ওইবদি মতিক্ শুক্চামক্ চাদবনি। শা-ঙা চাব কনা অমত্তনসু ভারতকী দর্শন অমসুং উপনিষদকী অর্থ খঙব ঙমদে অমসুং বেদান্তী ওইব ঙমদে। মসি ভারতকী মহাপুরুষশিংগী পাউতাক্নি। "Meat and fish can make you a scientist, but never a sage" ( শা অমসুং ঙাম নঙবু সাইন্টিষ্ট অম ওই-হনবদি য়াই, কৈদৌঙৈদসু সাধু ওইহনবদি ঙম্লোই )।

—স্বামী শিবানন্দ

নোংম জর্জ বেনার্ডশোন অচীকুপ বন্ অমদ কোয়থোক-লম্মী। অমুম চংলিঙৈদ মমাঙদ ফজরব উচেক অমা ফত্র-ফত্রং ভৌহুম তারক্লম্মী। মান উচেক অসি পায়খত্তুন নামবিরম্মী। থূদক্ অহুদ উচেক অহু শিরে। তাঙ অসিদ নিপা অমা চেনশিন্নকুম বেনার্ডশোদ হায়রকই,— সার। উচেক অহু ঐঙোন্দ পীবিরো মহু ঐগীনি। বেনার্ডশোন হংলম্মী,—"করিগী উচেক অসি নঙগী ওইরিব?" নিপা অসিন খুম্লম্মী, "মহু ঐন কাপ্তুন পানখিবনি।" বেনার্ডশোন হায়রম্মী, "উম্। অহু

ভুইরবদি, নত্তন কাপ্তুম ঐত্তোন্দ পাল্লবদি ঐস্মু নত্তগী ওইখিধ ভারি।"

ত্তাকপী-কন্থিনিত্তাই কমাস্মু লৈত্রব জীবশিংবু পত্তহাং-হাংপ, অত্তম-অত্তম্বন মপু ওইব অসি ঈশ্বরগী মিংয়েংতদ নত্তব শান্তি ওইন পুম্ন হিংমিন্নবগী দরকার ওইরব ত্তসিগী জগংত য়াম্ন থীন অকায়ব নিয়ম্নি। লৈবাক্কী ইকনমিক্ কন্দিসন্ খক্ত য়েংতুন, ওক্-য়েম, ত্তা-নচিংবগী কার্ম শেমতুন শা চাব অমস্তুং হিংসা শন্দোকপ অমদি মতুদ শেল্ থাধতুব সরকারন পূক্লোং থোগংপগী পোলিসি, মীওইব সমাজগী অশান্তিগী লম্বী শেম্বনি অমস্তুং পুম্ন হিংমিন্নবগী নিয়ম্ (লো) থুগাইবনি।

মণিপুরগী উমং লাইশিং হয়াওবনচিংব ঈরাং-থৌনি তৌবদ শা-য়ুনচিংব তামসিক্কী পোংচত্তশিংন, পূজা তৌনব লৌকিক ফাওব থাদোক্নি। য়েক্লম্নচিংব শীজিন্নতুন চবান্ থাব কয়িগুম্ব থৌ নচিংব তৌবদ শয়েন্ তুব, অতুগ অপোকপ পূজা তৌনবদ শন্থেং থোংব কত্তুন চানবগী চংনবী অম লৈবিব, ধর্মগী মিংদ পত্ততৌ তৌশিন্নব অসিগুম্ব অসিন ধর্ম অতুগী লৈখা তাননবগী মরম্ ওইরোইদ্রা? পৃথিবীগী ধর্ম পুম্নমক্কী ইতিহাসত, নাস্তিক্-শিংন ধর্মবু থুগাইবদগী ধর্ম অতুগী মন্নুংদ য়াওরিব মীশিংন চুমদব, নত্তব অত্যাচার তৌতুন ধর্মবু লাম-শীজিন্নবদগী মশাগী ধর্মবু লৈখা তাহত্তখিবন শরুক চাম হেল্লি। খুদম্ ওইন বেদ অমস্তুং হিন্দু ধর্মগী মিংদ হিন্দু ব্রাহ্মণশিংন অশ্বমেধ, গোমেধ, নরমেধ-নচিংব হিংসা অত্যাচারনচিংব লাম শীজিন্নরুবন, হিন্দু ধর্মগী

মায়োক্ত ভগবান্ বুদ্ধ অবতার তৌদুন চোংথোকখি। মরক্-মরক্ত মশা-মশাগী ওইজব থিব মী কয়ান শাস্ত্রদ য়াওদব সতী-দাহ, বর্ণ সংকর-নচিংবগী অর্থদ সমাজগী মাঙনবব মরম কয়া ওইহনখি। শয় হায়রবদ লাইগী পূজাদ শা-ঙা, য়েরুম, য়ু-মচিংবগী দরকার করি অমত্ত লৈতে। শ্রীভগবান্ কৃষ্ণন গীতাদ হায়রি :—

পত্রং পুষ্পং ফলং তোয়ং যঃ মে ভক্ত্যা প্রয়চ্ছতি।
তদহং ভক্ত্যাপহৃতমশ্নামি প্রযতাত্মনঃ॥ (৯/২৬)

পত্র (তুলসি পত্র), লৈ, উহৈ, ঈশিং, মসিদগী করিগুম্ব অমত্তংদ ভক্তিগ লোয়নন ঐঙোন্দ মাল কংলব, প্রেমগ লোয়নন ঐঙোন্দ পীরিব পোৎ অদু ঐন হবাওন লৌই।

## বেদ শাস্ত্রম শা-চাবা থিংই

"মাংস পাক প্রতিষেধ" (১২।২।২ মীমাংসা) শা থোংদুন চাব শ্রুতিন মুকয়া য়াদে, নিষিদ্ধ তৌই অমন্থুং আর্য্য-গ্রন্থশিংদ হিংসা তৌব য়াদে হায়ন থিংই। "মা হিংসা সর্ব-ভূতানি"। জীব অমত্তবুম্থু খক হিংসা তৌগনু।"

মহাভারত শান্তিপর্বদ হায়রি—

সুরা মৎস্যাঃ পশোর্মাংসং দ্বিজাতীনাং বলিস্তথা,
ধূর্তৈ প্রবর্তিতং যজ্ঞে নৈতদ্বেদেষু কথ্যতে॥

য়ু-নচিংব নিশা লৈব, মরাইকাব পোৎ, ঙা অমন্থুং শাশিংগী শদোং অমধি যজ্ঞদ দ্বিজাতি-নচিংবশিংগী বলিদান্ ধূর্তশিংন

যজ্ঞদ হাপচিন্‌খিবনি ; হায়বদি ফজুব হিংচাব শাজাবশিংন যজ্ঞদ য়াওশিন্‌খিবনি। বেদদ শদূম, শদোংগী বিধান্‌ অমত্ত য়াওদে।

সমাজ অমদি জগৎত শান্তি পুররুব হোৎনবদ মীওইবগী পুক্নীং হকচাং হুং-পান শেংদোকপদ য়াহীপ চাকচা চুম্ব, চিঞ্জাক শেংবগী অচৌব থৌদাং লৈ। পুক্সিদ দিব্য গুণ পুম্নমক হাপ্পুন ও'ন্থোকুহনব ওয়ব হোৎনরিব পাত্র অহু মীওইবগী হকচাং অসিখক্তনি। অতৈ হকচাংশিংদগী পুমথোই থোইন শেম্নব মীওইবগী "শরীব" হকচাং অসি অতৈ চিঞ্জাক য়াওদনা শা-ও'গী শদোংখক্ত চাদুন হিংব ওমদে। অহুগ নিরামিষনদি শদোং স্থকচা চাত্রবস্তু হেম্ন ফগৎলকপ নত্তুন হিংবদ অকায়ব করি অমত্ত লৈতে। মরম অসিন শা-ওা চাব, মীওইবগী হিংবদ চঙদব য়াদব চিঞ্জাক নত্তে। মসিন মীওইবদ লৈগদব অফব ওইব লাইগী গুণ পুম্নমক মাঙহন্নব অচৌব পাপনি।

শদোং চাবশিংগী অপৌব বুদ্ধিন ভৌতিকজ্ঞান ডাক্তর, সাইন্টিষ্ট ওইব ফাওবদং ওম্মী, অহুগ নিরামিষন চিঞ্জাক ওইবশিংগীদি ডাক্তর, সাইন্টিষ্টকী মথক্ত আধ্যাত্মিকী চরম্‌ সিমা আত্মজ্ঞানী ভক্ত, যোগী, মুনি, ঋষি অমদি মোক্ষ ফাওব ফংব ওম্মী। শা চাদব জগদিশচন্দ্র বোস, সি,বি, য়মমচিংব অফাওব সাইন্টিষ্টনি।

## চিঞ্জ'ক্কী মতুংইন্ন মীওইব

শ্রীকৃষ্ণন গীতাদ মী অহুম পাম্লিব চিঞ্জাকী মতুং ইম অমস্থং মহুবু চারিব মীশিংন ওইরকপ মশক অছম থোক্ল থায়দোক্তুন তাকপীরে—

চাব মখল মখিগী মমুংদ লৈব, শায়ত্নন চাব ( ভোজ্য ), থুক্তুন চাব ( পেয়), লেক্তুন চাব ( লেহ্য) অমসুং চুপ্তুন চাব (চোষ্য ) অদুগুম্ব চিঞ্জাক অহুন পুন্সি শাংহনব, মী অদুগী বুদ্ধি অমসুং গুণ সাত্বিক ওইহনব, পূক্নীং হকচাংমচিংবদ সাত্বিকী পাঙ্গল আমদি থৌনা পোকহনব লায়না-ভীলনা চেলহন্দব অমসুং শাকব ( health) ওইহনব, নুঙাইব অমসুং শান্তি ফংহনব, ঙেংবদ পূক্নীংদ হৰাওব, পামজব পোকহন্ব ওইব।

মহাও চঙখোম লৈব, ময়েক মহাও কান ( লেক্-লেক্ লাওন) ফজব, মদুগী মচি-ন মতম কুইন হকচাংদ পাঙ্গল্ পীত্নন লৈব, পূক্নীং পেন্ব, থম্মোয়দ শান্তি পীব অসিগুম্ব মখল্গী চিঞ্জাকশিং অদু চাব, মহৌশাগী অশেংব গুণ লৈব সাত্বিক ওইব মীশিংগী পাম্জবনি অমসুং অদুগুম্ব চিঞ্জাকশিং অদু শীজিন্নবদগীসু মী অদু সাত্বিক ওইহল্লি। (গীতা—১৭।৮)

য়াম্ন খাব, য়াম্ন শীন্ব, থুম য়াম্ন য়াকুপ, মৈশা লৈরিব য়াম্ন শাব পোং, মোরোক য়াম্ন শাব, য়াম্ন ফকুপ অমসুং শাগৎহন্ব, পুক চাকুহনব, শাউগৎহন্ব পোকপ অসিগুম্ব মখলগী চিঞ্জাকশিং অদুগী ফল্ন মতুংদ পূক্নীং হকচাং শোক্নকপ, অৱাব পীব অমদি অনাব পোকহন্ব মখোয় অদু রজো গুণ লৈব মীন চাব পাম্মী। রাজসিক অহারনি অমসুং মদু শীজিন্নবগ মী অদু রজো-গুণী ওইহল্লি। ( গীতা— ১৭/৯)

খোংব মুন্দব নত্রগ মতম হেন্মন্দুন মুন্মল্লব, নত্রগ থোংব লোইব কুইমন্দুন চাবগী মতম হেল্লব, নোংজু-মুংশানচিংবনি মগ্নগী

মরেক যহাও কম্থ্রব, অপুন্ন নত্রগ মশাগী মনম্ নম্থীব ( য়ু, ভিংফ্লী, চমন্নচিংশ) মোংলেন্নব চজিন্নচিংব, চাত্রব মতুংদ পাত্রদ লেম্হৌব লুথাক্চিংব অমসুং মজ-বীর্যদগী পোক্কপ শাংঙ্গা, য়েরুম্ অসিনচিংব অমদি লাইদ কংপ য়াদব, অমাংব শেংদব চিঞ্জাকুশিং অসি তমোগুণ চেন্‌ব মীশিংন চাব পাম্মী অমসুং মতু শীজিন্নব মী অদু তমোগুণী ওইহল্লি। ( গীতা ১৪/১০ )

মসিদগীসু ঐখোয়না খঙব য়ারে— মতুদি সত্ত্বগুণ চেন্‌ব অফব মী শেন্দ সাত্ত্বিক আহার, অফব চিঞ্জাক্ ওইগদবনি। শা, ঙা-নচিংব রাজসিক্ অমসুং তামসিক্ আহার শীজিন্নরোইদবনি।

অদুম অর্থ লাম্ লৌব নত্তন বেদ মরিমক্ত হিংসাগী রা য়াওদে। যজুর্বেদদ হায়রি :—"শা-ঙাশিংবু ঙাকপীয়ু, যগ হাংকনু, হামেং হাংকনু, য়াও হাংকনু, মখোঙ অনি পানব ( মী, উচেক্-মচিংব ) হাংকনু, লোঙখুম্ অমত্ত পান্‌ব ( শগোল, গধানচিংব ) হাংকনু, করিগুম্ব জীব অমত্তবুসু হিংসা তৌগনু।" "মীগী, শগোলগী অমসুং যগী শমুম চান্নিব, অমদি শজোম্ হুন্নাল্লিব, অদুগুম্ব হিংচাব অদুগী মকোক্ অদু নৈথেকদবনি।"

( ঋগ্ বেদ ১০-৮৭-১৬ ) অক্লিমচিংব।

মসিমসু য়াম্ন ইকায়নীঙাই ওইব বানি মতুদি মেদ ধর্মবু থাজরিব তুলসি মালা ওক্ত থোন্নিব অমদি খুত্ত লিক চংন্নিব বৈষ্ণব ধর্ম চংপ বৈষ্ণবশিংন শা নত্রগ ঙা চাব অসি মণিপুরদ মত্তন ভারতকী মকম্ অতৈদ থিব থক্ত ফংলোই। য়াকম্ অসি অতোপ্প ভারতকী বৈষ্ণবশিংন য়াম্ন হদোইদ অমসুং ঙক্ক খোকই।

মরুওইব বৈষ্ণব ধর্মবু মুংশিবিরিব অমসুং ঈশ্বরবু থাজ-'বিরিব ঐখোয়গী সমাজন জগৎকী মঙ্গল্‌গীদমক্‌ অতোন্‌ব জীব-শিংদ থৌজাল্‌গী মিৎয়েং থম্বীদুন অপণ্ডব, খণ্ডজদব জীবশিংন লাল্লরুবদসু খর হেন্ন জ্ঞান্‌ লৈব মীওইবন ঙাকুপীগনি। ঙাকুপী-হৈবন মীওইবগী অথোইব গুণনি। অদু নল্লবদি জগৎকী মঙ্গল্‌দ অপন্‌ব শোয়দন ওইগনি। ভগবান্‌ যীশুন বাইবল্‌দ হায়রি "If you donot forgive others than the wrongs you have done, will not be forgiven by your Father" [ নঙন অতোপ্পশিংবু ঙাকুপীদ্রবদি নঙগী অয়ান্‌বশিং অদু মপান (ঈশ্বরন) ঙাকুপীরোই।] ঈশ্বরগী মিৎয়েংদদি জীব পুম্নমক্‌ চপ্‌ মাম্নৈ।

Recognise the non-dual principles the immortal essence within all creatures. Protect animals, let all life be sacred. Then this world will be a paradise of beauty, a heaven of peace and Tranquility.

অনিশুব লৈত্রব, মুৎপ-শিব লৈত্রব, মচত্ত, মচি ওইব নিয়ম্‌ (আত্মা) অমত্তন জীব পান্‌ব পুম্নমক্ত লৈরি হায়বসি খঙগদবনি, শাণ্ডাশিংবু ঙাকুপী-কন্‌বীয়ু। পুন্সি পুম্নমক্‌ অশেংব ওইহল্লু। অদুতদ সংসার অসি লাইরৈবাকী লৈরোল্‌, চাউরক লৈতারব ঈংল্লব অমসুং শান্তিগী স্বর্গ ওইরক্লগনি। (শিবানন্দ)

লেখক্ক অরোইবদ, মীয়াম্‌গী মীহুৎ শিন্দুন, সমাজগী লাইবক্কী থুর্জি পায়বিরিব জীব জগৎকী সেবাগীদমক্ত, লৈবাক্কী সাসন্ কর্ত্তা ওইবিরিব, অতোন্‌বশিংগী চঙজফম্ মপী-মপা ওইবীরিব মহাত্মাশিংদ প্রার্থনা তৌজরি। খুৎকন্ পাঙ্গলগ, মীচঙ অমম্নুং হায়জফম্ লৈব মীওইবগী গুইহাক্নুং নুঙাইব য়েংহুন, চঙজফম্ অমম্নুং ওাকুপী-কনবীনিঙাই লৈজরব অতোন্‌ব জীবশিংগীস্নু য়াইফনব মিৎয়েং হায় থম্বীবগী মথক্ত অমুক্ চেৎশিন্‌ব নিয়ম্ শেম্বীরক্লবদি, হিংমিন্নবগী লম্বীদ মালেম্ অসি শেংলব শান্তিগী ভুমি ওইগনি হায়বদ চিংননীঙাই লৈতে।

## হরি ওঁ

অপুত্রাঃ পুত্রিণঃ সন্তু পুত্রিণঃ সন্তঃ পৌত্রিণঃ।
অধনাঃ সধনাঃ সন্তু জীবন্তু শরদাং শতম্॥

(মীওইব পুম্ব) মচা লৈতবশিং মচা লৈব ওইসনু। মচাশিংন মশূশিং পোকপ ওইসনু। লৈত লায়রবশিংস্নু রাঙ-পদব কংসনু। শরত ঋতু চাম হিংহুন লৈব ওইসনু।

দুর্জনঃ সজ্জনো ভুয়াত সজ্জনঃ শান্তি মাপ্নুয়াৎ।
শান্তো মুচ্যেত বন্ধেভ্যো মুক্তশ্চান্যানবিমোচয়েত্॥

ফত্তব মীশিং অফব মী ওইরসনু, অফব মীশিং শান্তি ফংথিব ওইরসনু। শান্তি ওইবশিং অরাব পুম্বদগী নাহ্নোকপ (মুক্ত) ওইরসনু। নাহ্নোরব মুক্তশিংন অতোপ্পশিংবু অমুক্ লাহ্নোকপীব ওইসনু।

সর্বেঽপি সুখিনঃ সন্তু সর্বে সন্তু নিরাময়ঃ।
সর্বে ভদ্রাণি পশ্যন্তু মা কশ্চিদ্দুঃখঃ ভাগভবেত॥

পুম্নমক্ন নুঙাইহুবমক ওইরসনু। পুম্নমক্ন তিঙ্জেল্-লাইচেন্দবা ওইরসনু। পুম্নমক্না মিত্ত য়াইফবত উবা ওইরসনু, কনাগীম্ব অরাব কৌবদ শরুক থুংত্রসনু।

ওঁ পূর্ণমদঃ পূর্ণমিদং পূর্ণাৎ পূর্ণমুদচ্যতে।
পূর্ণস্য পূর্ণমাদায় পূর্ণমেবাবশিষ্যতে॥

ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ

ওঁ পুম্নমক্না থোরকুফম্-ওইরকুফম্ পরব্রহ্ম-পরমাত্মা অদু মপুং ফাবনি অদুগ মডোন্দগী থোরকুপ জগৎ অসিসু মপুং ফাবনি। (থাউমৈ অমদগী থাউমৈ কয়ামরুম্গী মৈ হম-হম চম্থোকুপ্রবসু চামগী মৈ অদুম মপুং ফাদুন লৈহৌবগুম্) মপুং ফারব ব্রহ্মদগী মপুং ফাব জগৎ কয়ামরুম লৌথোকুপ্রবসু মপুং ফারব ব্রহ্ম অদুম লেম্লুমভ লৈহৌই।

— লোইরব —